# ঘৈব
# অনাল

আইঃ এসঃ অকোইজম




মণিপুর সাহিত্য সমিতি
থৌবাল, মণিপুর

**Anal**
Written by I.S. Akoijam
Published by Manipur Sahitya Samiti,
Thoubal - 795138, Manipur



অহানবা ফোঙবা : ২০০৪

কপী মশীং : ১০০০

মমল : লুপা ৯৫/-

লাইরিক ফংফম : মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুর।



---

নম্ফম : সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুর
✆ (03848) 222747 (O) 222549 (R)



লাইনিংথৌ ৱাংব্রেল অমসুং অনাল নিঙোল শঙনু লৈমা অনীগী মফমদা "অনাল" হায়বা লাইরিক অসি কচ্চরি।

- আইঃ এসঃ অকোইজম



মবাই বিঃ এসঃ লীবর্সন অমসুং ময়াম্বা এসঃটীঃ ঙমথুগী মমাংদা মতৈমা এসঃ টীঃ ডোলশুঙনা অইবা মনাওনুপাদা অনাল - ফি ইনবীবা।



অইবগা ময়াম্বা এসঃ টীঃ ঙমথু অনালগা মখোয অনীনা মখোয়গী য়াওশিংদা মচীঞ্জাক পীবা।

# মণিপুরগী ম্যেপ

অনালগী লৈফম তাকপা



# ৱাহৌদোক

তাং ১১/১০/১৯৭৫ ইংদগী তাং ০৯/১২/৮০ ইং ফাওবা ঐহাক্না অনাল নিঙোল জসা খীৱোলবু (খীনুবু) অনীশুবা নুপী অমা ওইনা লৌবগা চান্দেল হ্নাথমদা অনালগী চৎনবী চহী অহুমদগী হেন্না লৈখি। চান্দেলদা ঐখোয অনীগী ইচানুপী অনী পোকখি অদুগা অহুমশুবী ইচানুপীনা শূগু মনাক্তা লৈবা থুংচেং খুন্দা পোকখি। ঐখোয পূন্নমক থৌবালদা লৈমিন্নরবা মতুংদা ইচানুপা অমগা পোকখি। লৌথূপ-লৌকোয় লৈজদবা অনালশিংগা লোয়ননা ঐহাক্না অৱাৎ-অপা লৈত্রবা পূন্সি অমদা হিংবগী খুদোংচাবা ফংজখি। অনালশিংগা নুংঙাইনা লৈমিন্নরগা ঐহাক্না অঁকিবা লৈতবা পূন্সিগী পন্দুপ অমা চান্দেলদা লেনখি। ঐহাক্না চান্দেলদা লৈরিঙৈদা অনালগী নুংঙাই-নুংঙাইরবা ৱারীশিং তাখি অদুগা অনালগী মরমদা লাইবিক অমা ইনীংবগী ৱাখল অমা পোকখি, অদুবু যু-খকং মনুংদা ঈরাক্লদুনা লৈখিবদগী মপান্দা থোক্লক্তুনা কোলোম পাযবা ঙমখিদে। তাং ২৮/১২/১৯৮৯ ইংদদি ঐহাক্না ইখঙ-খঙহৌদনা খকং মনুংদগী মপান্দা থোরকখি, অদুগা ঐহাক্না ঐহাক্কী ইহান-হানবা লাইবিক **"ঐখোয় য়ু থকপা তোক্লসি"** হায়বা লাইরিক অদু ইখি।

মালেমদা লৈরিবা মী অতৈ কাঙলুপশিংগুম্না অনাল হায়বা কাঙলুপসিগীসু মশাগী তোঙানবা হৌরকফম, চৎনরোল, ৱাযেল-পথাপ, ৱারী, ধর্ম্ম অমদি থাজনবশিং, অথৌবশিং, লুচিংবশিং লৈজে। অনালগী মরমদা লাইরিক অমতা ইজগে হায়না মঙজখিবা মঙ অদু হৌজিক্তি **"অনাল"** হায়বা ঐগী তবামাপলশুবা লাইরিক অসি পুথোকচদুনা মঙফাওনরে। মসি অশাপাৱনগী (ঈশ্বরগী) থৌজাল ফংজবদগীনি। ঐহাক্না অনালগী খুল অয়াম্বা চৎচরুরে অদুগা য়েংবা য়াবা কয়াসু য়েংজরুরে। অনালশিংনা ঐহাকপু য়াম্না নুংশিবী অদুগা ঐহাক্সু মখোয়বু য়াম্না নুংশিজে। মখোয়না ঐহাকপু কয়ামুক নুংশিবীবগে হায়ববু ঐহাক্কী য়ুম্নাক

অকোইজম ওইজববসু মখোযনা ঐঙোন্দা সেলতুন (এসঃ টীঃ) হায়বা য়ুম্নাক পীবিদুনা অনাল নুপা অমা ওইহনখি। ঐহাক্না এসঃ টীঃ ৺ঙমথু অনাল অমসুং মহাক্কী লোয়নবী ইতৈমা ডোলশুঙ অনাল অনীবু ইয়াম্বা অমসুং ইতৈমা ওইনা ফংজখি। মখোয অনীনা অচা-অথক ময়াম অমা পুথোক্লগা অচৌবা থৌবম অমা মদুগীদমক্তা পাঙথোকখি। ঐগী লাইবক ফবদগী এসঃ টীঃ ৺ঙমথুগী মনাওনুপা অনাল কুমারগী মযাম্বা অমা ওইনা ঐহাকপু শক খঙবীখি।

ঐহাক্না লাইবিক অসি ইবা ঙমজখিবসি অনাল খুলশিংগী অখঙ-অহৈশিং, অঙম-অথৌশিং, অহল-লমনশিং, মব্দপ-মপাংশিং অমদি মকওইনা চান্দেল খৃষ্টিযান্দা লৈবা পণ্ডিত এলঃ থুমথুঙ অনালগী মতেঙদগীনি। শ্রী টীঃ এইচঃ লুখু অনাল (সেক্রেটবি, অনাল কসটর্মবি লো), হ্নাথম খুলগী খুল্লাকপা ওইবম্বা সমুযেল খুমলো অমসুং বিঃ ডীঃ থুমদাং অনাল (প্রসিডেন্ট, অনাল নাগা যুনিযন, চান্দেল) গা লোযননা অনাল খুল্লেননচিংবা অনাল খুলশিংদা চৎমিন্নখি অদুগা মখোযনা লাইবিক অসি ইবদা মচাক মযাম অমা পীবিদুনা অঙকপা ফংনা তেঙবাঙবিখি। মখোযমক যাওবমদ্রবদি ঐহাক্না লাইবিক অসি ইবা ঙম্লল্লোই। মখোযগী শিংবা ঙম্লবোইদবা লমন তোল্সিঞ্জবে।

অনালগী মবমদা থিবকপা কনাগুম্বা অমদা থাজিক্তা ওইববসু কান্নবা ফংহনবা ঙম্লা থোক্লবদি লাইনিক অসি ইভকুবগী মহয যাল্লে হাযনা লৌজগনি। লাইবিক অসিদা অশোয অঙাম যাওবল্লোই হাযবা ঙমজদে। অব্রাৎপা অর্মদি অশোযবা কযা তাকপীবক্লবদি মথংদা লাইবিক অসি অমুক হেন্না ফবা মওং অমদা ফোঙজবা ঙম্বগী আশা পীনবিবে হাযনা লৌজগনি। লাইবিক অসিবু মপূং ফাহনবগী থবক্তি খ্নাই মযামগীনি।

অবোইবদা লাইবিক অসিবু যোঙদোকপীবিবা মণিপুব সাহিত্য সমিতি, থৌবাল, মণিপুব, অদুগা মাসিবু অনম্মন লৌবিদনা নম্বীবিবা ডাঃ নিংঙোম্বম শবৎচন্দ্র সিংহ অমসুং মহাক্কী মনাওনুপা ঐগীদি ইযানুপা ইন্দ্রলাল, সিবোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল, মণিপুব অমসুং ৱাবীখিবা অমদি মতেঙ পাঙবিখিবা মীওই পুম্নমক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা উচ্চবি।

তাং ১১/১০/২০০৩ ইং

*আইঃ এসঃ অকোইজম*

## য়াওফম তাকপা

ঙমখৈ য়েকপা ম্যাপ

ব্রাহৌদোক

তাঙ্কক অমা



তাঙ্কক অনী

## তাঙ্কক অষ্টম

## তাঙ্কক মাপল

তাঙ্কক অমা

# অনালগী
# হৌরকফম অমসুং খুন্দাফমশিং

অনাল হায়বা কাঙলুপ অসি ইন্দো-মালায়ান মোঙ্গোলোইদ ফুরূপ্তা চল্লি। মরম অদুনা মখোয় অসি মঙ্গোলিয়াদগী চাইনা, টিবেট, অপর বর্মা ফাওরগা মণিপুরদা লাকখিবনি হায়না থাজনরি। হৌজিক হৌজিক অনালশিংনা কবোগা (ম্যানমারগা) থংনবা মণিপুরগী খা-নোংপোক চীদাইদা কাঙলুপ অমা ওইনা লৈরি। মখোয়না খুন্দাদুনা লৈরিবসি স্কায়র কিলোমিটর ৩৩৭৫ পাকচাউবা চান্দেল জিলাগী মনুংদনি। অনালগী খুল অহুমদি ম্যানমারদা লৈ। হৌজিক হৌজিক্কী অনালগী মীশীঙ অসি লীশিং কুন্নীপানরোমনি। অনালশিংনা লৈরিবা মফম অসিগী অৱাংদনা মরিং অমসুং তাঙখুল, মখারোমদনা চিন-হিলসগী কুকি-মিজো চিনশিং, নোংপোকলোমদনা কবো তম্পাক্কী মীশিং অদুগা নোংচুপলোমদনা মীতৈনা তাই। অনালশিংসি মমাংঙৈদগী হৌনা মীতৈগা মণিপুর লৈবাক অসিদা লৈমিন্নরক্লবনি। মীতৈগী মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, খা-ঙানবা অমসুং সরাং-লৈশাংথেম হায়বা সলাই তরেৎ লৈবগুম্না অনালশিংগীসু য়েক-সলাই লৈজে।

অনালশিংসু অতৈ অতোপ্পা ফুরূপশিংগুম্মা "খোল"দগী (লৈখুন্দগী) থোরকখি হায়না থাজনরি। হ্যালে তুরেলগী মরুদা লৈবা "থুরচা" হায়না খঙনবা লৈখুন অমদগী মখোয়না থোরকখিবনি হায়দুনা থায়নদগী মথং মথং ব্রারী লীনরক্লি। লৈনুং-হূত ওইনা লৈরিবা লৈখুন অদুগী থোরকফমদা "কোরকম" হায়না কৌবা হিংচাবা কৈজাও অমনা লৈখুন্দুদগী থোরকপা মী চাগদবগী ঙাইদুনা লৈরম্মী। লৈখুন অদুদগী থোরকপা মী খরদি হিংচাবা কৈজাও অদুনা হান্না চাখিরম্মী। কৈজাও অদুনা চাখিনি কিবদগী মখোয়না মপান্দা থোক্লকপা ঙমদবমখৈ লৈখুন্দুদা লৈরম্মী। অদুম অদুম ওইনমক হান্সু অমসুং হান্থা হায়না কৌবা অথৌবা (হীরো) অনীখক মখোয়গী মরক্তা য়াওরম্মী। মখোয় অনী অদুদি লাইগী ওইবা মতীক-মগুণ চেল্লম্মী। মখোয়দি শা-লান্দা শিবা কিদবদা নত্তনা বুদ্ধি লৌশিংসু য়াম্না লৈরম্মী। মখোয়না হিংচাবা কৈজাও অদু হাৎননবা থৌরাং তৌরকখি।

নোংমদি অথৌবা অনী অদুনা উচেক (উরীৎ) ময়াম অমা খোল্লম্মী অদুগা মখোয়দা হায়জরকখিঃ "নুংশিরবা উচেকশা! ঐখোয় অনীনা লৈখুন্দগী থোরক্লিবা অসি তাঞ্জা অমা য়েংলগা থোরকপনি। চানবীদুনা নখোয় ময়াম্না হিংচাবা কৈজাও অসিগী মমীৎ-মমায়নচিংবদা পাইশিন্দুনা পূময়োম য়োমশিনবীয়ু। নখোয়গা কৈজাওসিগা কন্না লাক্লরিঙৈদা ঐখোয়না অচেংবা তাঞ্জা অমা য়েংলগা কৈসে হ্যৎকে। ঐখোয়না লৌউ-শিংউবগী থবক তৌরক্লগা লৈমায়দা মহয়-মরোং ময়াম অমা হৌহনগনি, অদুগা মদুদগী নখোয়না চানীং-চানীংবশিংদু লেম্না চাজৌ। মদুদা ঐখোয়না অপনবা করিমতা পীরোই হায়না ব্রাশক্লিবসিনি।" মখোয় অথৌবা অনীগী ব্রাফম অদু তারবা মতুংদা উচেকশিং অদুনা মখোয়না হায়বদু হরাও-হরাওনা য়াখি।

য়ানখিবা অদুগী মতুংইন্না উচেকশিং অদুনা কৈজাও অদুদা মমীৎ-মমায় হেক খঙদবমখৈ য়োমশিল্লম্মী, অদুগা মতম খরগী ওইনা মমীৎ উহল্লমখিদে। কৈজাও অদুগা উচেক ময়াম অদুগা কন্না লাক্লরিঙৈ মতম অদুমক্তদা অথৌবা অনী অদুনা থাং অমদি "ফো" (চুংগোই) পায়দুনা

কৈজাও অদু তম্না চঙশিল্লম্মী, অদুগা কৈজাও অদুবু হাৎখি। কৈজাও অদু হাৎলবা মতুংদদি লৈখুন্দুদা লৈহৌবা মীশিং অদুনা মপান্দা নীংখাতম্না থোক্লকখি। মখোয় পূম্নমক কৈনা চারমগদবদগী নাম্থোকহৌই হায়দুনা মখোয়বু "অনাল" হায়না কৌখিসু হায়নৈ। অদুবু নিংথৌরোল লম্বুবগী মতুংইন্নদি মণিপুরগী নিংথৌ পোইরৈতোননা লৈশাবী অমা চেল্লকপা মতমদা চীংমী শারগা চীংশাং পরেং অমদা লাকখি অদুগা অনানবা মফম অমদা নাম্থুখি। নিংথৌ অদুগী নাম্থুফম অদুবু "অনাল" হায়না কৌখিবনি হায়রি। অতোপ্পা চীংমীশিংগা চাংদম্নবদা মখোয়না নানবা হেল্লি হায়দুনা মীতৈশিংনা মখোয়বু "অনাল" হায়না কৌখিবনি হায়নসু থাজনবা য়াওই। অনালশিংনা থাজনবা অতোপ্পা অমনা "অনাল" হায়বা মিং অসে অনাল খুল্লেনবু লিংখৎখিবা আর:ডি: অংনালগী মিংদগী লাকখিবনি হায়বসিনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে "অনাল" হায়বা ৱাহৈ অসি মীতৈলোলগী "নানবা" নত্রগা "নাম্থোকপা" হায়বদুগা মরী শোয়দনা লৈনরমগনি।

কোরকম হায়বা হিংচাবা কৈজাও অদুবু মঙক কক্লগা হাৎলবা মতুংদা কৈজাও অদুগী মকোক অদু লৈখুন্দগী থোরকপা অনালশিং অদুগী মমাংদা থল্লগা মখাগী লানঙম-ঈশৈ অসি শক্লুনা নুপা-নুপীশিংনা য়াম্না হরাও-নুংঙাইনা জগোই শাখি ঃ

"Ralkashung Ralkashung jah
Chimpho-le Ral-lo Kashungna,
Chimpho-le Ral-lo Kashungna,
Koral Shungna Kakang Kolreh rah."

"লাল-শোক্লবদা থাংগা চুংগোইগনা হিংচাবা কৈ অদুগী মঙক কক্লে। থাংকোকসু তত্তনা পায়মনবদগী পূমনাল নানব্রে।"

ঈশৈ অসি শক্লুনা জগোই শারবা মতুংদা কৈজাও অদুগী মকোক্লু পম্থোংগী মপান্দা ফুমখি, অদুগা কৈদুগী মোংফমদা লালঙম-ফীরাল অঙাংবা য়ুংলম্মী। মতম অদুদগী হৌদুনা অনালশিংগী চৎনবী অমা ওইনা থৌনাফবা

অমদি লাল-ঙম্বা মী অমনা শিরবদি মহাক্কী মোংফমদা ফীরাল অঙাংবা অদুগা ফমনাইবা মীগী মোংফমদনা ফীরাল অঙৌবা যুংনখি। অদুগা হৌজিকফাওবা অনালশিংগী চৎনবী অমা ওইনা কৈবু হাৎলবদি মথক্কী লালঙম-ঈশৈ অসি শক্লগা জগোই শাদুনা কুম্মৈ তৌনরি।

**কোরকম** কৌবা কৈ অদু হাৎখিবা মতম অদুদদি মীওইবগী পূন্সি অদু চহি লীশিং অমা ওইরম্মী। চহি লীশিং অমা পূন্সিনরম্মী হায়বসে থাজবা য়াই, মরমদি হিন্দুগী ধর্ম্মগ্রন্থনা হায়বা মতুংইন্না সত্য যুগতা মীগী পূন্সিসি চহি লীশিং চামা, ত্রেতা যুগতনা চহি লীশিং তরা, দ্বাপুর যুগতনা চহি লীশিং অমা অদুগা হৌজিক কলি যুগ অসিদনা চহি চামখক্তা ওই হায়রি। মরম অদুদগী হান্সু অমসুং হান্থা কৌবা অনালগী অথৌবা অনীদুগী মতম অদু দ্বাপুর যুগকী মতমদনি হায়বা তাকই।

মখোয়না লৈখুলদগী থোরক্লবা মতুং খর লৈরগা হ্নালে তুরেল মরীলদগী অসুম অসুম লাক্লগা পাকোকু য়ৌদ্রিঙৈদা লৈবা নিংথি তুরেলবু লাল্লগা কবো তম্পাক য়ৌরকখি। অদুদগীদি মখোয়বু (১) ফীউ, (২) কনজাম অমদি (৩) তেহ হায়দুনা কাঙলুপ মচা অহুম থোক্লা খায়দোকখি। ফীউ অমসুং কনজাম হায়বা কাঙলুপ মচা অনীদুদি মফম অদুদা খুন্দাদুনা অদুম লৈহৌখি। তেহনা মফম অদু থাদোক্তুনা লাকখি। তেহবু সুইটে, কাটে অমসুং পোইটে হায়দুনা কাঙলুপ্ মচা মচা অহুম থোক্লা অমুক খায়দোকখি। সুইটে অমসুং কাটেনা লৈহৌবগা পোইটেনা অন্নাংপাংনা লাক্লম্মী অদুগা অসুম অসুম মমৈথংদা কবোগী চিন-হিলস হায়বা মফম অদুদা লাক্লগা খুন্দাখি। অদুদগীদি পোইটে হায়বা কাঙলুপ মচা অদুবু অমুক (১) ফালম, (২) হালকা, (৩) কমপাল্লে, (৪) লুশাই অমসুং (৫) পকন হায়না ফুরূপ মচা মচা মঙা থোক্লা অমুক পীক্লা পীক্লা খায়দোকখি। পকন হায়বা ফুরূপ অদুনা হ্নালেরাল হায়বা মফম অদুদা লাক্লম্মী অদুগা সিমজোল অমসুং তেজোলদা চহি অমরোম খুন্দাদুনা লৈখি। মখোয়না মফম অদুদা লৈরম্বা মতমদা মীশি-মীনা ময়াম অমা থোকখি। অদুদগীদি মখোয়না অতুমজোল,



*মথক:* অনাল খুল্লেনদা লৈবম্বা শব্দ-শযাংদগী শেম্বা "আকাহূ" হাযবা থাযনগী অতাঙবা লীকশিং অমসুং অতৈ নাৎকী ওইবা পোৎলমশিং।



*নাকল:* লম্বুং খুলগী ঈশৈ শকপী অনী (ওযবোমদগী): ১. এলঃ নীংজহ্লিং অনাল অমসুং ২. এলঃ কেঃ শুমীলব অনাল



হন্দক্তা ফোটো নম্লকপা অনাল খুল্লেনগী অবিবা য়ুম অমা



হন্দক্তা ফোটো নম্লকপা লমফৌ চরূগী ফৌগৈ অমা

ইজোল, রাবজোল, অঙৃথিলি, পীরঙ, ঠানলোন, কাংপিলোন হায়বা মফমশিংদুদা খুন্দা খুন্দাদুনা মথং মথং লাকখি।

মখোয়না অসুম অসুম লাক্লগা লৈঙোইনা হাজিন্দুনা ওইখিবা ব-দ্বীপ 'ডিউটীওল'' দা য়ৌখি। মফম অদুদা মখোয়না শরূ-শয়াংশিং য়াম্না থেংনখি, মখোয় অদুবু লীক ওইনা শীজিন্নরকখি। লীক অদুগী মমিং ''আকাহূ'' হায়না কৌখি। লীকশিং অদু য়াম্না তাওনা কুম্মেশিংদা নুপীশিংগী লৈতেং ওইনা শীজিন্নখি। মখোয়না হৌজিকফাওবা লীকশিং অদু য়াম্না ফজনা অমদি থোইদোক-হেন্দোক্লা অফবা মওং অমদা শীজিন্নরি (অনাল খুল্লেনদা হন্দক্তা নম্লকপা ফোটো হাপচবি)। মখোয়না ডিউটীওল হায়বা মফম অদুদা খুন্দাদুনা লৈখি। য়ুমশিংসু ঈশিং ঈচাউনা থুমগনি হায়দুনা ৱাংনা ৱাংনা কাংথক হাদুনা শাখি। অনালশিংনা হৌজিকফাওবা চীংথক্তা য়ুম শারবফাওবদা উপাক্লা কাংথক হাদুনা ৱাংনা ৱাংনা অদুম শানরি। তাং ১৩/০৪/২০০৩ ইংদা লমফৌচরূ অমসুং অনাল খুল্লেন্দা চৎলুবদা মহৌশাগী য়ুমশা-কৈশাগী মওংদা শাবা য়ুম অমসুং ফৌগৈশিং থেংনজরকখি (মদুদা নম্লকপা ফোটোশিং হাপচর্বি)।

ডিউটীওলদা লৈরিঙৈদা অনালশিংনা য়ুম-শঙ্গাবগী থৌরম হেক পাঙথোকপা খুদিংগী মখাগী ঈশৈ অসি শরুম্মী ঃ

"Vangvel oh Vangvel oh
Kasezam oh Vangvel oh
Kasezam oh Vangvel oh
Hezula bowngtho kena thakan..."

"চওলসি চওলসি শাখিবা য়ুমসিদা,
ইমুং-মনুংগী ফক্লাংদা ফি, লীক-কোণশিং
য়ানবা উবদা পূক্লিংহ্না ফজৈদা!
ফজবা য়ুম অসিদা তূম্বদা
নোংঙাল্লকপগী য়েন খোংবা তাহৌদে।"

মফম অদুদা শেৎন-ইন্নবা ফিরোল শাবসু অনালশিংনা হৌদোকখি। হিথা কৌবী নুপী অমনা ফি শাখি, মহাক্না শাখিবা ফি অদুনা অনালগী ফিরোল ফজনা শাবা অহানবনি। কনটাং কৌবা ঈশৈ-হনবা নুপা অমনা মবেন হিথানা শাখিবা ফি অদুগী মগুণ অদু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা মখাগী ঈশৈ অসি শকখিঃ

"Kapi-bukhong oh kapi Hnitha bukhong oh
Mente menhlung Kasuthin kabulen ha kabangde!"

"ইবেন হিথানা শাবা ফি ফজবা অসিবু
হরাও কুম্মৈ খুদিংদা মী পূম্নমক্না য়েংনৈ।
ফজবা ফি অসি শেত্ত্রিঙৈদা
ইরেংবান্দা অমুক্তুং য়ান্দুনা ফমজহৌগে।"

মতম খর মফম অদুদা লৈরম্লগা ৱাগী পোঙ শাবগা তুরেল লান্দুনা কলেম্লুং য়ৌনবা চৎলম্মী। মখোয়না কলেম্লুংদা মতম কুইনা লৈখি। মফম অদুদা য়ুম-কৈ শাবা, জগোই- শাবনচিংবগী লমদা য়াম্না চাওখৎলকখি। মফম অদুদা লুহোং-কৈহোংবগী থৌবমসু পাঙথোকপা হৌখি। মফম অদুদা ফৌ-চেং অমদি অতোপ-অতোপ্পা মহয়-মরোং ময়াম অমা লোকপদগী মখোয় অদু ঈনাক-কৈরাক খুল্লক্লম্মী। মরম অদুদগী মখোয়না "তোতঙ্-কম" হায়বা হরাও-নুংঙাইবগী কুম্মৈ "য়ুহোংবা" হায়বদু পাঙথোকপা হৌখি। "য়ু-হোংবা" হায়বা কুম্মৈ অদুদা নুপা-নুপী পূম্নমক্না য়াম্না হরাও-নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লগা জগোই শারম্মী। কনটাংনা ঈশৈ হন্দুনা নুমিৎকী মগুণবু অসুম্না শৈথাখি ঃ

"Chungni oh Hangthute Som Eh Za
Chungni oh Chum Thar Bangte Pangnu
Pani oh Nange Pukhe Homo Eh."

"নুমিৎনা থোরক্লগা অয়ুক-নুংথিল ওইরি,
মহাক্কী মঙাল য়ৌদবা লৈতে,
মহাক্কা চাংদম্নগদবা মপু অমা লৈতে।"

কলেম্বুংদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরিবঙে মতমদা "পোই" হায়না কৌবা মিজো কাঙবু অমনা অনালশিং অদুগী য়ুম-কৈ, লল-থুম, সম্পত্তি পূম্নমক মুনবা হৌরকখি। মখোয়না অনাল খরসু হাৎপীখি। মদুদা খাঙবা ঙম্লক্তদুনা মখোয়না কলেম্বুং থাদোকরকখি। মখোয়না কলেম্বুংদগী চেল্লক্লগা তাঙসিউং চীংদা খুন্দাখি। মফম অদুদা লৈবদা অনাল য়াম্না শিখি। মরম অদুদগী মফম অদুবু তাঙ্সিউং হায়বদি অশি-চীং হায়না খঙনখি। মদুগা মরী লৈনবদা শক্লম্বা ঈশৈঃ

"Tangsuwng Bungki Hmikhu khu
Visa Varo Mang Moze
Vasa Varo Mang Ze."

"তাঙসিউং চীংদোম্দা মৈখুনা কারিবসে
মী শিবগী হূই, ওক্লচিংবা শাশিং লৌবগী মৈখুরা?"

মদুদগী হৌদুনা ঈশৈ অসি অনালগী মী শিবা মতম মতমদা শক্লে।

তাঙ্সিউংদগী খুপিবুং/পুখুবুংদা চৎলগা মখোয়না খুন্দাবা হৌখি। মফম অদুদা লৈরিবঙৈদা পকন হায়বা ফুরূপ অদুবু ফুরূপ মচা-মচা অহুম থোক্লা অমুক খায়দোকখি। অসুম্না খায়দোকখিবা ফুরূপ অহুমদুগী মনুংদগী অহানবা ফুরূপ অদুনা অব্রাং-নোংপোক পাংনা লাকখি। মখোয়না লাকপা মতমদা লম্বীদা হৌরম্বা উপাম্বীশিংদা থাংনা য়াল্ল-য়াল্লগা খুদম থম্লমদুনা মখোয়না চৎখিবা লম্বী অদু তাক্লম্মী। অদুবু অকোনবদা আহ্নোবুথীং হায়না কৌবা লম্মুক্লম্বা উপাম্বী অমদা থাংনা য়াল্লগা থাংফম থম্লম্মী। অদুবু লাইবকথীবনি আহ্নোবুথীং কৌবা উপাম্বী অদুদা য়াল্লম্বা থাংফম অদুদি ঙসি থাংনা য়াল্লম্লগা হয়েংদি থাংফম অদু পূম্মু-মুশিনখিদুনা হাকুম য়াল্লম্বগুম তৌখি। মরম অদুদগী অকোনবা লাকপা ফুরূপ অদুনা অহানবা ফুরূপ অদুনা চৎখিবা লম্বী অদু খঙবা ঙমখিদ্রে। অহানবা ফুরূপ অদুনা "অরুউন"গী (শূগু তাংজেংদা চেল্লিবা ইম্ফাল তুরেলগী) কামতুশুল হায়না কৌবা নুঙশিং অদুগী মথক্তা নেৎলগা তুরেল অদু লাল্লম্মী। হৌজিকফাওবা নুঙশিং অদু লৈরি। শিগদবা

মীশিংগী খোঙগুনশিং নুঙশিং অদুগী মথক্তা হান্না তাই হায়নরি। করিগুম্বা নুঙশিং অদুগী মথক্তা মীগী খোঙ্গুলশিং তারম্লবদি মী শোয়দনা শিগনি হায়না থাজনরি। অহানবা ফুরূপ অদুনা ইম্ফাল তুরেল লাল্লগা লিমখু হায়বদি অনাল খুল্লেন য়ৌখি। অনাল খুল্লেন হায়বা খুল অসি অহানবা ফুরূপ অদুনা লিংখৎখিবনি।

পকনদগী খায়দোকখিবা অহুমগুবা ফুরূপ অদুদি ডুটেজোল (হাইকা) ফাওবতমক অনীশুবা ফুরূপ অদুগী মতুং ইল্লকখি, অদুগা ল্লুংপুনরাঙদা লাকখি। অদুগী মতুংদা ফুরূপ অদুনা মমাংঙৈদা কোল্লাম হায়না কৌরম্বা হৌজিক্লা মোম্বী কৌরিবা মফম অদুফাওবা লাকখি। মথংদা অমুক ঠোরচাম অমসুং গোরোক কৌবা খুল অনীদুগী মরক্তা লৈবা লমফৌদা য়ৌরকখি। অদুদগী মখোয়না অবুঙ্ য়ৌরকপা মতমদদি কামহো হাওশিংনা লান্দারক্লুনা মখোয়বু ফুবা অমদি চৈবা তৌবিখি। মখোয়না টুয়াং তুরেল লাল্লগা ব্বালপা তান্না চৎখি, অদুগা ব্বালপাদগী রংসোম হায়না খঙনরম্বা হৌজিক্লা লমফৌ চরূ হায়না খঙনরিবা মফম অদুদা য়ৌরকখি। অতোপ্পা লেমহৌরিবা ফুরূপ মচা অদুনা অসুম অসুম লাকখিবদুদা থাংলোন্দা নুঙশিং য়ুংলম্মী। নুঙশিং অদু হৌজিকফাওবা লৈরি। মফম অদুদা খোংজাইশিংগা লাল কন্না শোক্লখি, অদুদগীদি মফম অদুদা লৈবা ঙম্লক্তদুনা মখোয়না মোইরাং খুংথুমদা লাক্লগা খুন্দাখি, অদুদগীদি মালাংহ্বাদা অমুক খুন্দাখি, অদুগা মথংদনা অমুক উৎকাদা খুন্দাদুনা লৈখি। উৎকাদগী অমুক শন্দংখোং লাল্লগা খুবুংচীংদা হায়বদি খুবুং খুল্লেন্দা খুন্দাখি।

অনালশিংনা মফম অমদগী মফম অমদা চৎলগা খুলশিং শেম্লকখি। মদুদা মখোয়গা খোংজাইশিংগা নুংশি-চান্নরা লৈমিন্নরকপগী খুদম অমতা ফংদে। খোংজাইশিংনা অনালশিংগী মথক্তা লান্দারকপগী থৌদোকশিংদি থেংনৈ। অনালশিংসি অরিবা কুকিশিংনি (খোংজাইশিংনি) হায়নবা য়াওই। কাঙলুপ অনীসিগী হৌরকফম, চৎনরোল, নাৎকী ওইবা থৌরমশিং, ব্বায়েল-পথাপশিং অমদি লৈনরকপা মরীদু য়েংলুরগা অনালবু অরিবা কুকিনি

হায়বদা ৱানা থোকই। অনালশিংগীদি মশাগী তোঙানবা মশক লৈজে। অদুবু মোয়োন, মোনশাং অমদি লমগাং অহুম অসিদি পকন ফুরূপ্তা চল্লি হায়নরি। মদুগীদমক্তদি মরম মুন্না থিজিনবা অমা দরকার ওইরি।

অনালশিংনা মফম অমদা খুল অমা শেমলগা খুন্দাবা তারবদি মফম অদুদা য়েরূম অমা মচিন খর হোহল্লগা মৈ মথক্তা থল্লম্মী অদুগা মাইবা অমনা মন্ত্র শোন্দুনা ঈশ্বরদা অসুম্না হায়জনরম্মীঃ "হে ঈশ্বর ইবুংঙো! মফম অসিদা খুন্দারগা নুংঙাই-য়াইফনা পানগদবা ওইরবদি য়েরূম অসিদগী মহী মপান্দা কাপথোকহনবীরকউ।" মখোয়না অনাল খুল্লেনদদি য়েরূম ফংদদুনা উমাইবীগী মরূম্না খুদম-চাংদম য়েংবদা মফম অদু খুন্দানবগীদমক্তা য়াম্না ফরম্মী। শাহিং-ঙাহিং চাবা উমাইবীগী মরূম্না খুদম-চাংদম য়েংখিবা মরমনা খুল অদুদা শা-লান্দা কিবা লৈতবা মী কয়া পোকখি, অদুবু মরক-মরক্তা মখোয় মশেল ফুন-চৈনবা অমদি হাৎন-শুনবা কয়া থোকখি।

অনাল খুল্লেন, লমফৌ চরূ অমদি খুবুং খুল্লেন হায়বা খুল অহুমসিদগী হৌরগা অতোপ-অতোপ্পা অনালশিংগী খুলশিং লিংখৎখি। হৌজিক হৌজিক্তি অনালশিংগী খুল মশীঙ ১১৬নি। অনাল খুল খবদি নাগা-কূকি ঈরাংদগী অমদি অতোপ-অতোপ্পা মরম কয়াদগী লৈখিদ্রে। অনাল খুল ১১৬কী মমিংশিং ঃ

**চান্দেল সব-ডিবিজনদা লৈবা অনাল খুলশিং ঃ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অনাল খুল্লেন | ৭। | বোলনিদাম |
| ২। | আবানা | ৮। | চান্দেল খৃষ্টিয়ান |
| ৩। | অবুংখু | ৯। | হ্যাথম |
| ৪। | বেরু অনথি | ১০। | চান্দেল খুবুল |
| ৫। | বেরু খুদাম | ১১। | চান্দেল খুল্লেন |
| ৬। | বেরু ৱাংখেরা | ১২। | ডারচিন |

১৩। দুথাং
১৪। হ্যাঙ্গিংখু
১৫। হোংবীবন
১৬। য়ুলবংচীং
১৭। কানানখু
১৮। খম্বথেল
১৯। লমবুং
২০। লমফৌ চরুু
২১। লমফৌপাম্না
২২। লিবুং
২৩। এলঃ থাংকাম
২৪। লারোং খুল্লেন
২৫। মহামণি
২৬। মরিবুং
২৭। মোড়ি
২৮। ঙমখু
২৯। নুঙফুরা
৩০। ঔক্লু
৩১। পনচাই
৩২। ফীরান খুল্লেন
৩৩। • ফীরান লৈহাও
৩৪। রিভরলেন
৩৫। শিনাদাম
৩৬। থাবুং মিনৌ
৩৭। তোকপচীং
৩৮। উনোপাৎ
৩৯। ব্রোমকু
৪০। ফুনচোং
৪১। জাফৌ বজার
৪২। পাপম

**চকপীকারোং সব-ডিবিজনদা লৈবা অনাল খুলশিংঃ**

৪৩। শেলফা
৪৪। থুংচেং
৪৫। তৌপোকপী
৪৬। খুংজাং
৪৭। থাংহিংলোন
৪৮। কানখু
৪৯। থিতোলোন
৫০। নুঙপান
৫১। ডাংখু
৫২। তম্পী
৫৩। খুংজোল
৫৪। চরোংচীং
৫৫। থম্সন
৫৬। চকপীখুশি

৫৭। ডুটেজোল
৫৮। অনাল খুনৌ
৫৯। খুশিফে
৬০। পীস আইলণ্ড
৬১। ব্রাইঃ খুথা
৬২। চকপীকাবোং খুপি
৬৩। চকপীখুমসা
৬৪। খুসিতমপাক
৬৫। লিমখুহ্নিন
৬৬। শোথুম
৬৭। হ্নিংফে
৬৮। হ্নালেরাল
৬৯। বেউলা
৭০। রুচাং
৭১। পামতুজাং
৭২। আকাফে
৭৩। শল্লুক
৭৪। রাভালোন
৭৫। খুহ্নিন
৭৬। এনঃ আংবুং
৭৭। পীঃ খুদাম
৭৮। খোলপি
৭৯। শরংতমপাক
৮০। এইচঃএলঃবীমুং
৮১। হ্নিংখু 'এ'
৮২। হ্নিংখু 'বী'
৮৩। পীঃ থুমফেজোল
৮৪। টীঃ বেথেল
৮৫। টীজোল তম্পাক
৮৬। কানন্
৮৭। কাংবুং
৮৮। বুংখু
৮৯। মিসু
৯০। কনাখুদাম
৯১। যামখু
৯২। কনামচিন
৯৩। গেলঙাই
৯৪। বিংখু
৯৫। বোল্লোক
৯৬। কনারালভেন
৯৭। খুবুং খুনৌ
৯৮। নোভোকোম
৯৯। পারাংদাম
১০০। জোল্হলু
১০১। ব্রালখু
১০২। ব্রালসিন

১০৩। বেথলেম

১০৪। থোরচাম

১০৫। শারা

১০৬। খুবুং খুল্লেন

১০৭। থালটে

১০৮। খুল্লোনখুহ্নিন

১০৯। বুরুন

১১০। ফীরান মচেৎ

১১১। হ্মারোল

১১২। কোজাং

১১৩। লোনখু

**কবোদা (ম্যানমারদা) লৈবা অনাল খুলশিং ঃ**

১১৪। ঙা-কালা

১১৫। নাপালুম

১১৬। হাইকা।

# চৎনরোল অমসুং অতৈ-অতৈ খর

অনাল হায়বা ট্রাইব অসিসু মণিপুরগী শকখণ্ডলবা সেদ্যূল ট্রাইবশিংগী মনুংদা অমনি। অনালশিংগী সমাজদি কোকহল-নাইহল নাইবা সমাজগী মওংনি। মপানা ইমুংগী মকোক্নি অমসুং লুচিংবনি। নুপীনা মপুরোইবগী মিং পল্লগা কৌবা চৎনদে। নুপানদি মহাক্কী নুপীগী মিং পল্লগা য়াম্না নুংশিনা কৌনৈ। মপাগী সম্পত্তি পূম্নমক মচানুপাগী নত্রগা মচানুপাশিংগী ওইগনি। মপানা করিগুম্বা শিবা তারবদি মহাক্কী লৈহৌরিবা লল-থুম অমদি সম্পত্তি পূম্নমক উত্তরাধিকারীশিংদা য়েন্থোক্কনি অদুগা লুখ্রাবী ওইহৌবিবী মমা অদুবুনা মচানুপা অতোনবনা য়েংশিনগনি।

## য়ুম্বানবগী চৎনরোল ঃ

অনালশিংগী নাৎকী চৎনবী কাংলোনশিংগী মনুংদা য়ুম্বানবা নত্রগা নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী চৎনরোল অসিসু মরুওইবনি। অনালশিংগী চৎনবীদা মচানুপী অহল অহলনা হান্না মযুম পানগদবনি। করিগুম্বা মনাওনুপীনা মচে কাল্লগা মযুম পানখিবা তারবদি ব্রাকোংশেল পীবা তারম্মী। মসিগী চৎনবী অসি নুপা মচিম্নাওশিংগী মফমদদি চৎনদে। নুপীনা মব্রা

অনী লৈবা য়াদবগী চৎনবী অমদি অনালগী সমাজদা মতম কুইনদগী লৈরকখি। অদুবু অনাল নুপাশিংনা নুপী অনী লোনবদি য়ানরম্মী।

অনালগী পাখঙ-লৈশাশিংনা ইচম-চম্না চৎমিন্নে, ৱারী শামিন্নে অমসুং থবক শুমিন্নে। মখোয়না পূন্না পূন্না তূমিন্নরবফাওবদা নত্তবা লমচৎ-শাজৎ করিমতা চৎনরমখিদে। পাখঙশিংনা লৈশাশিংগী ময়ুমশিংদা চৎলগা লৈশাশিংবু থেম্মি অদুগা লৈশাশিংনসু মখোয়বু মোমোন-মোমোন নোক্লগা তরাম-তরাম্না ওকই। মখোয়না মনীংমখা তম্না তিন্নদুনা লৈমিন্নরবসু মমা মপাগী চৈরাক্ অমদি নাৎকী চৎনবী কিবদগী ফত্তবা শাজৎ অমতা চৎনখিদে। নহাশিংনা মথক্কী অহলশিংবু মমিং পল্লগা কৌনদে, "ঙ" হায়না য়াম্না ঈকাইখুম্নবগা লোয়ননা কৌনৈ। অনালশিংগী চৎনরোলদি য়াম্না শীংথানঙাই ওই।

অনালশিংগী নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী মওংশিং অসি মরুওইনা অহুমথোক্না খায়দোকই। মখোয় অদুদি ঃ (১) **ৱানু ৱাপা ৱাপাঠুমপা** (নুপী হায়ন-শীংনরগা লুহোংবা), (২) **ৱাদা নরেল এদ্যেউ** (পাখঙ-লৈশা মশেল নুংশিনরগা লুহোংবা অমসুং (৩) **পোম লুহোং** (লোন্না লুহোংবা)।

নুপী হায়ন-শীংনবগী থবক অসিদি অহানবদা মী অতৈ অতোপ্পা অমতা খঙহন্দনা অয়ুক অঙনবদা (পৃং ৩ রোম তাবা মতমদা) লোন্না লোন্না তৌনৈ। নুপাগী মমা-মপা নত্রগা মরী-মতাশিংনা নুপীগী মমা-মপাগী য়ুমদা চৎলগা নুপী হায়ন-শীংনবগী থবক চৎথনৈ। নুপীগী মমা-মপানা য়ারক্লবদি নুপা ময়ুমনা মখোয়দা মুময়ুনচিংবা পীনৈ। নুপা-ময়ুম অমদি নুপী ময়ুম অনী য়ানবগী "**জুহা**" হায়বা থৌরম অদুদা নুপা অদুবু নুপী ময়ুমদা করম্বা নুমিৎতগী পুরক্কদগে হায়বদুফাওবা লেপ্পবা য়াওই।

অনালশিংগী নুপা-নুপী লৌন-লৈনবগী চৎনরোলদা খ্বাইদগী মরুওইনা য়েংনরিবদি নুপী অমসুং নুপাগী য়েক-সলাইনি। য়েক-সলাই তিন্নবা নুপা-নুপীশিং লৌন-লৈনবা য়াদবগী অহকপা চৈরাক লৈ। মুশুম মশেল মুচল মশেল লৌন-লৈনবা য়াদে। শাগৈ পুকোক মান্নবা নত্রগা য়ুম্নাক

তিন্নবা মশেল লৌন-লৈনবা য়াদে। লৈখুন্দগী থোরকখিবা হান্সু অমসুং হান্থা হায়বা অনালগী অথৌবা অনীদু অনালশিংগী পুকোকশিংনি। হান্সুগী হেক থংনবা শূথাঙদি চনংনি, অদুগা চনংগী মখাতাবা শূথাঙনা মুশুমনি। মুশুম শাগৈগী য়ুম্নাক ৪১ লৈ। অমরোমদনা অমুক হান্থাগী হেক থংনবা শূথাঙনা কোরিনি, অদুগা কোরিগী মখাতাবা শূথাঙনা মূচলনি। মূচল শাগৈগী য়ুম্নাক্তি ৪০ লৈ। মুশুম অমসুং মূচল শাগৈ অনীসিগী য়ুম্নাকশিং মখাদা পীরি ঃ

**মুশুমগী য়ুম্নাকশিং**

১। অংপতে (AT)
২। বুংদোন (BD)
৩। চলকম (CK)
৪। চলখম (CKH)
৫। চলখুম (CKM)
৬। দারপসুর (DP)
৭। হাঅন্থা (HTH)
৮। হ্রাংবুং (HB)
৯। হ্রাংবল (HV)
১০। খারহ্লিহ (KH)
১১। খারপোহ (KP)
১২। খুলার (KHL)
১৩। কেঠূন (KN)
১৪। লাংহ্ (L)
১৫। লিহিং (LH)
১৬। লেন্নিং (LN)
১৭। লুখু (LK)
১৮। নংশেল (NS)

**মূচলগী য়ুম্নাকশিং**

১। বুংহ্রাং (BH)
২। বুংলেল্ (BLL)
৩। বুংলহে (BL)
৪। বুংশোং (BS)
৫। বুংতোন (BT)
৬। কোলচোর (KCR)
৭। চালতুং (CH)
৮। দারয়ল (DV)
৯। হাঅন্সু (HS)
১০। হ্রাঅংলীইম (HL)
১১। হুলং (HUL)
১২। হুতেন (HT)
১৩। ইনবুং (IB)
১৪। কন্থুবন (KT)
১৫। কন্থুর (KTR)
১৬। খাঅরতোল (KTL)
১৭। খুহ্নিং (KHR)
১৮। খুমলো (KL)

১৯। পাখীহ (PK)
২০। পাহরং (PH)
২১। পান (P)
২২। পশেল (PS)
২৩। পারি (PR)
২৪। রঙাং (RNG)
২৫। রিলাং (RL)
২৬। তুরন্ (RT)
২৭। রুরনদার (RD)
২৮। সেল্লাহ (SL)
২৯। সেলতোল (STL)
৩০। সেলতোহ (STH)
৩১। সিনতে (STE)
৩২। সেলতুন (ST)
৩৩। শিনরুরং (SR)
৩৪। সুম্পী (SP)
৩৫। থুমহ্লিহ (THL)
৩৬। ৱাংলার (WLR)
৩৭। ৱাংলুম (WL)
৩৮। ৱাংমথুম (WTM)
৩৯। ৱাংমথুং (WMT)
৪০। থুপনিং (TN)
৪১। কোলচুং (KCNG)

১৯। খুরংহি (KHE)
২০। কোলচল (KCL)
২১। কোল্লাহ (KOL)
২২। কোলঙোহ (KNG)
২৩। কোলতুং (KTG)
২৪। কোল্লুম (KM)
২৫। কোলজোহ (KZ)
২৬। জসা (JS)
২৭। নুলাহ (NL)
২৮। পয়া (PY)
২৯। ফাংশোং (PH)
৩০। রুউনলেল (RL)
৩১। রুরংলাল (RLL)
৩২। রুরংতোল (RTL)
৩৩। শীইংগুর (SNG)
৩৪। থুলশুং (THS)
৩৫। তোংফুং (TPH)
৩৬। তোংসিন (TS)
৩৭। ৱাঙো (WNG)
৩৮। ৱাংশোল (WS)
৩৯। জোংরুং (JV)
৪০। লেনশুং (LS)

মুশুমগী নুপাশিংনা মুচলগী নিঙোলশিং লৌবা য়াই, অদুগা মুচলগী নুপাশিংনা মুশুমগী নিঙোলশিং লৌবা য়াই। মসিগী চৎনরোল অসিবু

থুগায়দুনা লমহেন-তুহেনবা নুপা-নুপীনা লৌন-লৈনরবদি মখোয়বু অহক্পা চৈরাক পীরম্মী। নুপা অদুবু অনাল সমাজদগী নাইতোম তাহল্লম্মী নত্রগা অরাপ্পা লমদা তাম্থোকখি। পুকোক অমদগী থোকখিবা শাগেগী মরক্তা যুম্নাক মান্নদ্রবসু লৌন-লৈনবা য়াবমখিদে। মরম অদুনা মৌ অমা য়েংলকপা মতমদা য়েক-সল্লাই তিন্নবা যুম্নাক্কী নুপীবু হায়ন-শীংনবা তৌনদে।

নুপী হায়ন-শীংনবদা নুপী ময়ুমনা য়াররক্লবদি নুপা ময়ুমনা নুপী ময়ুমদা য়ুনচিংবা লান্দুনা ‘‘জুহা’’ তৌনৈ। মদুগী মতুংদা ‘‘জুপুম’’ গী থৌরম অমুক পাঙথোক্লে। থৌরম অসি পাঙথোকপদা চাক, মনম নুংশিবা চাকহাও অমদি শা-ঙানচিংবা কয়া নুপীগী মমা-মপা, মরী-মতাশিং, মরূপ-মপাংশিং অমদি য়ুম্লোন্নবা মীশিংদা পীজনৈ। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা লুহোংলিবা নুপা অদু নুপী ময়ুমদা চহি অহুম য়াওং ইন্দুনা লৈগনি। মসি মীতৈগী লাই হাংব্রেলনা অনাল নিঙোল শঙনু লৌখিবা মতম অদুদগী হৌদোকখিবনি হায়নৈ। চহি অহুম নুপী ময়ুমদা লৈরিঙৈ মতমদা নুপা অদুনা তাল্লকপা মখল খুদিংগী চাগা খুদিংমক মকুবোক্তা পীগনি। মদুনা নুপীগী মমল ওইগনি। নুপী ময়ুমদা চহি অহুম লৈরবা মতুংদা ‘‘ঝালসা’’ হায়বা থৌরম অদু নুপাগী মমা-মপানা নীংতম্বগী খুদম অমা ওইনা পাঙথোক্লে। মসিগী থৌরম অসিদা ময়ানুপা অদুনা মকুবোক্তা শন্দং অমগা কাংথে (অচৌবা থাং) অমগা পীগনি। মকুবোক্লা মঙোন্দা অমুক মহাক্লা পীবা ওন্বা লন্থুম, পোংচৈ অমদি সম্পত্তি খর পীগনি। ঝালসাগী থৌরম পাঙথোক্লবা মতুংদা ‘‘চাজ্‌হা’’ হায়বা থৌরম অমমুক পাঙথোক্লে। থৌবম অসিদদি নুপী ময়ুমনা চাক্লেন অমা শীল্লি, অদুগা ঈমুং-মনুং অনীমক্লা হবাও হবাও চামিন্নে, থক্মিন্নে।



পাখঙ অমগা লৈশাবী অমগনা মমা-মপাশিং খঙহন্দনা লোন্না চেন্নগা নুপা-নুপী ওইবগী মরীদু লৈনদুনা তৃম্মিন্নখ্রবদি, নুপাগী মমা-মপানা নুপীগী মমা-মপাদা নুপী অদু মমৌ ওইজরগে হায়দুনা হায়জগনি। মদুদা নুপীগী মমা-মপানা য়াদ্রবদি মখোয়না মচানুপীবু মৌগী ফীভমদা লৈত্রবর্গা ওবদা ময়ুমদা নমদুনা পুরক্কনি, অদুগা করিগুম্বা নুপীগী মমা-মপানা য়ারকপা থোক্লবদি

মখোয় অনীবু অনালগী চৎনবী মতুংইন্না লুহোংবীগনি। পোকপদগী শিবফাওবদা মতাং মতাংগী মতুংইন্না অনালশিংনা থৌরম কয়ামুক পাঙথোক্লে।

## অঙাং পোকপা অমসুং অঙাং পোকপগী থৌরমঃ

অনাল নুপী অমনা মীরোল্লক্লবদি অহিংদা মহাকপু মপান্দা থোকহন্দে। মীরোল্লিঙৈ মতমদা নুপীবু কৈ, য়োং, হঙোই, লমখুনু, লফোই ফাইবোক, খামেন ফাইবোক, শাহিং-ঙাহিং চাবা শাশিং চাহন্দে। মহাকপু লিল হাৎহন্দে। মীরোল্লিঙৈ মতম অদুদা মতৈ-মনাওমক শা-তানবা চৎপা য়াদে। মীরোলবী অমগী মব্রাবু (নুপাবু) অশিবা মীগী হকচাঙ লৈরোল-চনবগী মোংফম তৌবা অমদি শিবগী সভাযাত্রা চৎপা য়াওহন্দে। মীরোলবী নুপীবু লফু, ব্রানচিংবা থাবা অমদি অশিবা মীগী হকচাঙ লৈরোন-চনবগী থবকশিংদা য়াওহন্দে, অদুবু হৌজিক্তি ধর্ম্মগী অথিংবশিং অসি খরগীমখৈদি কোমথোক্লরক্লে। অঙাং পোকপগী থবক্তি খুলগী হৈশিংলবী মায়য়োক্লবীশিংনা তৌনরম্মী। মখোয়দা অঙাং পোকপগী থবক তৌবীবগী পৈশা অমতা পীনরমখিদে, অদুবু পুকয়ুগা চানবা খরগা পীরগা লোইনরম্মী। অঙাং পোক্কদৌরিবা ইমুং অদুদা হুরানবা, মীহাৎপা, য়ুম্বাল-চৎনরোল থুগায়বা মীওই অমতা চঙহল্লমদে। মদুগী মরমদি মখোয়না অঙাং পোকফম অদুদা চঙলবদি মখোয়গী ফত্তবা লীচৎ-শাজৎ অদুগী মমি অদু অঙাংদুদা তাখিনি হায়বনি।

অঙাংবু পোক্লবদি অঙাং অদুগী খোইরী অদুবু "ব্লাপিকান" হায়না কৌবা য়াম্না থৌরবা ব্রাদগী শীথরগা শেম্বা অখন্নবা ব্রাথৌ অমনা ককনরম্মী অদুগা ব্রাথৌ অদু য়ুমদা নীংথিনা অমাঙ-অতা করিমতা থোক্তনবা থম্নরম্মী। অঙাং পোকপা খুদিংগী ব্রাথৌ অমমম নীংথিনা থমখিবা অদুনা ইমুং অদুদা অঙাং মশীঙ কয়া পোকপ্লবগে হায়বদু খঙহল্লম্মী। মীতৈগীসু অঙাংগী খোইরী ককপদা ব্রাথৌ শীজিন্নরম্মী। হৌজিক্কী চাওখৎলবা মফমশিংদদি ব্রাথৌ

শীজিন্নবা তোকখ্রে। অদুমকপু অরাপ্পা মনুং-চঙশিন্না লৈবা খুলশিংদদি হৌজিফাওবা অঙাংগী খোইরীশিংবু ব্রাথৌনা ককনরি।

খুল অমদা অঙাং পোক্লে খঙহন্নবা অঙাং পোকপগী থৌরমশিংসু পাঙথোক্লরম্মী। অঙাং পোকপা নুমিৎ অদুমক্তদা **"খিউংহিং"** হায়না খঙনবা থৌরম অমা য়েন অমা হাৎলগা অমদি য়ু খরুং অমা পুথোক্লগা পাঙথোক্লরম্মী। থা অনীগী মতুংদা **"রিতুন"** (মণা হূৎপা) হায়না কৌবা অঙাং মণা হূৎপগী থৌরম অমসু পাঙথোক্লরম্মী। মদুদা ওক অমা নত্রগা হূই অমা হাৎকনি অদুগা য়ু খরুং অমা থক্লগা মদু চাগনি। খুদোংচাবা নুমিৎ অমা য়েংলগা অরোইবা ওইনা অঙাং পোকপগী থৌরম **"পাথাকোল"** হায়বদুসু য়াম্না হরাও-তয়াম্না পাঙথোক্কনি। লায়রবা মীনদি ওক অমরা নত্রগা য়েনবী অমরা য়ু খরুং অমগা পুথোক্কনি, অদুগা ঈনাকখুনবা মীনদি শন্দং অমনে য়ু খরুং অনীনে পুথোক্কনি। মদুগী থৌরম অদুদা মরী-মতা অমদি মরূপ-মপাং ময়াম অমা য়াওগনি।

## অঙাংগী মমিং থোনবা ঃ

অঙাং অমবু পোক্লবদি অঙাংগী মিংসু নুমিৎ তরেৎনিগী মতুংদা হেক্তা থোন্নে। করিগুম্বা অঙাংগী মিং থোনবগী থৌরম অদু থেংনা পাঙথোক্লবদি ফত্তবা লাইশিংনা অঙাংদুগী মিংদু হান্না থোন্দোকখিদুনা অঙাং অদু মনুং-মতম চাদনা থুনা শিখিগনি হায়বগী থাজনবা অমসু লৈরম্মী। খুলগী পুরোহিত অমনা মিং থোনবগী থৌরম অদু পাঙথোক্লরম্মী। খুলগী অহলশিং অমদি মমা-মপাগী মরী-মতাশিংবু থৌরম অদুদা য়াওবিনবা বার্তোন তৌনরম্মী। অঙাংশিংগী মিং থোনবদি মমা-মপাশিংনা অয়াম্বা তৌনরম্মী। অঙাংশিংগী মিং থোন্নবগী অকক্লবা পথাপ অমা লৈ। মচাশিংগী মিং থোনবদা অহানবা, অনীশুবা, অহুমশুবা, মরিশুবা অমদি মঙাশুবা পোকপা অঙাংশিংবু মখাগী মথং মনাও পীরিবা মিংশিং অসিগী মতুংইন্না থোন্নে ঃ

| মচানুপাশিংগী মমিংশিং | | মচানুপীশিংগী মমিংশিং |
|---|---|---|
| ১। অহানবা - | মোতে | খিনু |
| ২। অনীশুবা - | কোপু | তোনু |
| ৩। অহুমশুবা - | বেপু | শঙনু |
| ৪। মরিশুবা - | অংপু | পেনু |
| ৫। মঙাশুবা - | থুম্পা | থুমনু |

মচানুপা মঙাদগী হেন্না পোক্লকগনা মোনো, কোনো, বেনো, অংনো অমসুং থুমনো হায়না অদুগা মচানুপী মঙাদগী হেন্না পোক্লকগনা খিনো, তোনো, শঙনো, পেনো অমদি থুমনোহিং হায়না মথং-মথং অহল অমসুং নহা নাইনা মিং অমুক থোল্লকই। হৌজিক্তি অনালশিংনা মচাশিংবু থোন্নীং-থোন্নীংবা মিংশিং থোন্নখিবা য়াওরে।

## মী শিবা অমসুং শিবগী থৌরমশিং ঃ

ইমুং অমগী মনুংদা মী অমা শিরবদি ইমুংদুগী মীনা কপকনি, লাউগনি, অদুগা খুদক্তা মী শিবগী মরোল হাপ্পুনা খুলগী কাংসি তপ্না তপ্না য়ৈগনি অমসুং নোংমৈ লৈরগনা নোংমৈ কাপকনি। অনালশিংগী য়াম্না মরুওইনা লৌনবা থৌরমশিংগী মনুংদা মী অমা শিরবা মতুংদা শিরিবা মী অদুগীদমক্তা পাঙথোক্লিবা মথৌ-মঙমশিং অদুসু অমনি। খুঞ্জাশিংনা শিবগী কাংসি নত্রগা নোংমৈ মখোল তাবগা অশিফম য়ুম অদুদা লাক্লগা অৱাবা ফোঙদোক্লরগনি। অশিবা মী অদুগী হকচাঙ অদু ফজনা ঈরুজথোকপীরগা অফবা ফিজোল শেৎচিনবী। খুঞ্জাশিংনা অশিবা হকচাঙ অদু ফুমদ্রিঙৈগী মমাংদা "ঙসিদি ঐখোয় কায়নবগী মতম হায়বদু ওইরেদো, নহাক্কী ইমুং-মনুং অমদি ঐখোয়বু নুংশিবিরনু, ঈশ্বরগী নাক্তা শান্তি ওইনা চৎলো!" হায়রগা অশিবা মী অদুগী আত্মাদা বিদায় পীনৈ।

অনালশিংগী শিবগী মশি মখল অনী লৈ ঃ মখোয় অদুদি (১) "**তাপুর**" (নাদুনা নত্রগা অহল ওইরক্লুনা মহৌশাগী মহৌশা ওইনা শিবা) অমসুং (২)"**আশার**" (আত্মাঘাট তৌরগা নত্রগা মীনা হাৎলগা নত্রগা লাইগী নোংদমদগী খুদোংথীবা থোক্লগা শিবা)। শিবগী থৌরমশিং অসি "**অথিমপু**" হায়না খঙনবা খুলগী পুরোহিত অমনা পাঙথোক্লে। খুল খুদিংগী য়ুম্নাক-শাগৈ অমগী ওইনা অশিবা হকচাঙশিং ফুম্নবা অপূনবা মোংফম লৈনৈ। মোংফম অদুদা অতোপ-অতোপ্পা য়ুম্নাক-শাগৈগী অশিবা হকচাঙশিং ফুম্বা য়ানদে। মহৌশাগী মহৌশা ওইনা শিদবা হায়বদি মীনা হাৎলগা শিবা নত্রগা আত্মাঘাট তৌরগা শিবা মীগী হকচাঙ অদুদি খুলগী লম মনুংদা লৈবা ময়ামগী ফুম্ফমদা ফুমহন্দে। নাদুনা নত্রগা অহল ওইরক্লুনা শিবগী থৌরম অদুদি জগোই-ঈশৈগা লোয়ননা নীংথিনা পাঙথোক্লরম্মী। অঙকপা চৎনবী অমনা মমাংঙৈদদি ইমুং অমগী অশিবা হকচাঙ অদু ফুম্বা মতমদা য়ু পীকথন্না য়াওবা চফুগা লোয়ননা ফুম্নরম্মী, অদুগা মথংগী অশিবা হকচাঙ অমমুক মোংফমদুমক্তদা ফুম্লকপা মতমদা হান্নগী য়ুশিং অদু লৌথোক্লগা মং-কুন্লিবা মীশিং অদুনা থক্লরম্মী। য়ুদি লৈবাক মনুংদা কুইনা ফুম্দুনা থম্লবা মতুংদা থকপদি য়াম্না হেন্না হাওবনিনা মখোয়না য়ু অদু য়াম্না হাওনা থক্লরম্মী, অদুগা অনৌবা য়ুশিং অমুক অনৌবা অশিবা হকচাঙ অদুগা লোয়ননা ফুম্নরম্মী। মদুবুসু অমুক অতোপ্পা অনৌবা অশিবা হকচাঙ ফুম্লবা মীশিং অদুনা থক্লরম্মী।

## অথোতোন (ফিরোই) ঃ

মী অমনা শিখিবগী চহি অমা ফারক্লবা মতমদা অশিবা মী অদুগী ইমুং-মনুংনা নত্রগা মরী-মতাশিংনা "**অথোতোন**" (ফিরোই) পাঙথোক্লে। অশিবা মীগী আত্মানা "**অথোতোন**" হায়বা থৌরম অদু পাঙথোক্ত্রিবমখৈদি মহাক্কী ইমুং - মনুংগী মীশিংগা অদুম লৈমিন্নে হায়না থাজনৈ। থৌরম অসি পাঙথোকপা মতমদা ফজ-ফজরবা ফিশিং, অনৌ-অনৌবা মহয়-মরোংশিং অমদি উচেকশিংগী ফজ-ফজরবা মতুশিং অদু অশিবা মীদুগী য়ুংলিবা নীংশিং-নুঙ

অদুদা কৎনৈ। মদুনা অশিবা মীদুগী অবোইবা ধর্ম্ম-কর্ম্ম ওইনা পাঙথোকপনি। মদুদা কৎলিবা পোৎশিং অদু অশিবা মী অদুনা অশি-লমদা পুরগা চৎখিনি হায়না অনালশিংনা থাজনবম্মী। ঈনাকখুনবা মীনদি শন্দং অমসুং ওক হাৎনৈ অদুগা যু খকুংসু কৎনবম্মী। নুমিদাংৱাইবমদা মখোয়না চাবা-থকপা তৌরগা অহিংদদি থৌরম অদুগী অখন্নবা ঈশৈ অদু শক্লগা জগোই শানবম্মী।

## নুপীগী ফীভম ঃ

নুপানা মকোক ওইনা পানবা অনালগী সমাজ অসিদদি নুপীগী থাক অসি যাম্না হন্থনা লৈ। খুলগী নুপী অমতবু মতীক চাজনবসু খুলগী অঙম-অথৌশিং মবক্তা যাওহন্দে। নুপীনা মপাগী নত্রগা মপুবোইবগী মখা পোন্না লৈ। মমাংঙৈদদি অনালগী নুপীশিং অসি ইমুং মনুংদা নমশিন্দনা থন্নগা ইমুং-মনুংগী থবক্তমক তৌহল্লম্মী। নুপীনা থবক কন্না শুদুনা ইমুংগী বাক্তনবা শীল্লম্মী। মখোযনা সমাজগী ওইবা থবক্তা যাওবগী খুদোংচাবা ফংলমখদে। নুপীশিংনা পামলৌ উবগী থবক্তা যাম্না বানা যাওজবনবসু ইমুংগী থবক্ত পুদবা যাদদুনা পুই। মচানুপা পোক্তবা মপা অমগী মচানুপী ওইদ্রবদি অনাল নুপী অমনা মপাগী সম্পত্তি ফংবগী হক লৈতে। অনালগী লুখ্রাবী অমনা নত্রগা নুপানা খাযনবিববী নুপী অমনা অমুক হন্না লুহোংবা যাই। মহাক্লা লুখ্রাবী নত্রগা নুপানা খাযনবাববী নুপী অমা ওইবিবমখেদি খুলগী পীফম থোকপা খাজনা নত্রগা ট্যেক্সসু চুম্নগী ওইর্নদ পীদবা যাই। মচা পোক্লগা মযুম অমুক হন্না পান্দনা লৈবী লুখ্রাবীনা মপুবোইবগী লন্থুম, সম্পত্তি ফংবা য়াই, অদুগা মহাক্লা শিবগা মহাক্কী অশিবা হকচাঙ অদুবু মহাক্কী মপুবোইবগী ইমুংগী মোংফম অদুদা ফুম্বা য়াই।

## শেনমীৎলোন ঃ

মমাংঙৈদগী হৌনা অনালশিংনা মফম হোংল-হোংলগা মখোয় মখোয়গী তোঙান-তোঙান্না ঙমখৈ লেপ্পুনা লৈববা লমশিংদা চীংলৌ উনৈ। অহল্লম্মনগী হাক্তক্তগী হৌদুনা অনালশিংগী যুম্নাক নত্রগা ইমুং অমদা লৈরিবা

মীশিংগী মশা মশাগী চীংদা চীংলৌ উনবা লম লৈজে। মরম অদুনা মখোয়গী মবক্তা লমগী মরমদা খৎন-চৈনবগী থ্রাথোক-লাম্থোক ইবৈ লৈনদে। অনালগী মী খবগীদি তম্পাক্তা মশা মশাগী লন্নাইগী ওইবা লৌ লৈনৈ। মখোযনা তম্পাক্কী লৌ অদু শাল্লগা লৌশাল লৌই নত্রগা তংখাযচাবী তৌই। মমাংঙৈদদি অনালশিংনা চীংদা পুথোকপা পোত্থোকশিংগা তমগী পোত্থোকশিংগা ওন্নবগী থবক কযা তৌনবমখিদে। মখোযগী শেল-থুমগী ফীভম য়াম্না ফংলমখিদে। অদুবু মখোযনা মশা মশাগী লৈজবিবা অদুখক্তদা পেন্থোক্তুনা লৈজবম্মী। অফংবা খবদা পেন্থোকপমুক নুংঙাইবা অমা লৈতে হায়বদুনি। মখোযনা পোইদোক্না অপাম্বা লৈতনা যাম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। অদুবু হৌজিক খব খব চাওখৎলক্লবা মতম অসিদদি অনালশিংনা ককচিং, শূগ্নু, চকপীকাবোং, চান্দেল কৈথেলশিংদা পোৎচৈশিং যোল্লে, অদুগা অতোপ্পা মফমশিংদগী পুশিল্লকপা পোৎশিংস লৈবে মখোযনা মক ওইনা ককচিং, শূগ্নু, চকপীকাবোং, চান্দেল কৈথেলশিংদগী তগনা পোৎচৈ লৈননে।

চান্দেল কৈথেলদাদি ককচিং নুপীশিংনা অযাম্বা মনা-মশীং, ঙানচিংবা পুবক্তুনা যোল্লি। অনালশিংগী চাগাদি মকওহনা লৌউ শিংউ অমদি উমংগী পোত্থোকশিংদগী লাকই। লৌউ শিংউগী পোত্থোকশিংদি চীংফৌ, চুজাক, নুঙহব্রাই, শিং, মোবোক, থোইদিং, খামেন, হঙ্গাম, মাইবেল, মুমনচিংবনি। মখোয মখোযগী চানীংঙাই কোন্নদবনা চুজাক, নুঙহবাই, শিং, মাইবেলনচিংবা খব নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মহয-মবোংশিংদি অতোপ্পা মফমশিংদা থাদোকখিদে। ফৌদি মখোযগী লৌফমশিংদগী লোক্লকপা অদুনা মখোযগী চাবা কোন্নদে। পোৎশিংগী মমলদি খুল-খুলগী মতুংইন্না খেন্নে। মপানলোমদগী পুশিল্লকপা পোৎশিংদি থুম, চিনি অঙৌবা, কেবোশিন, চুরুট, মৈখেৎ, সাপোননচিংবনি। মপানগী পোৎশিং অসি মখোয়না নক্লবা ককচিংনচিংবগী কৈথেলশিংদা ফংদ্রবদি ইম্ফালদা চুমদ্রিং লৈবা চৎলি। চাগা লাকপগা চাদিং তৌখিবগা অনী অসি য়েংনকবদা অনালশিংগী শেল-থুমগী ফীভম অসি হৌজিকফাওবা যাম্না শোত্থনা লৈবি হাযবদা হায়মনবা থোক্লোই।

## শিক্ষা ঃ

শিক্ষাগী লমদদি অনালশিং অসি য়াম্না হন্থনা লৈরি। সরকারগী মতেং ফংদ্রিঙৈদা খুঞ্জাশিংনা কন্না হোৎনবদগী অহানবা মপী তম্নবা স্কুল খর লিংখৎনখি। খৃঃ ১৯২২ দা এলঃ পীঃ স্কুল অমা চান্দেল খৃষ্টিয়ানদা লিংখৎখি। অহানবা স্কুল অদুগী ওজাদি য়াংপোক কোমনা ওইখি। ওজা ওইবীবগী মঙোন্দা ফৌ টিন ৬০/৭০ মুক চহিগী ওইনা পীরম্মী, পৈশাদি পীরমখিদে। খৃঃ ১৯২৮-১৯৩০ দা স্কুল অদুদা অহুমশুবা ক্লাস ফাওবা লৈখি। তোংখোশৈ থাদৌনা ওজা মকোক অদুগা জসা থুমদিল অনালনা মহাক্কী ঙমথং ওজা অদুগা অহুমশুবা ওজা নুপী অদুনা এইচঃ টীঃ পেবিং অনালনা ওইখি। খৃঃ ১৯৪৫ দদি স্কুল অসিদা মরিশুবা ক্লাস ফাওবা লৈরকখি। মতম অদুদা চান্দেল হ্যাথমগী চাংহীং খুল্লোনা ওজা মকোক, মহাক্কী ঙমথংদা চান্দেল খৃষ্টিয়ানগী এলঃ থুমথুং অনাল, অদুগা মহাক্কী মথংদনা টীঃ এসঃ কোল্হুং অনালনা অহুমশুবা ওজা ওইনা অমুক লৈখি। ওজাশিং অদুগী পৈশা পীনবা উপায় লৈতবদগী থা খুদিংগী খুঞ্জাশিংদগী চান্দা ওইনা খায়রম্মী। খুঞ্জাশিংনা পৈশা পুথোকপা ঙম্লক্তবা মতমদনা গীর্জ্জাদগী (চর্চতগী) পীরম্মী। স্কুল অদু খৃঃ ১৯৫২ দা সরকারনা শকখঙবীখি, অদুগা খৃঃ ১৯৫৬ তা ইউঃ জেঃ বিঃ স্কুল ওইখি।

লমফৌ পাম্নাদসু খৃঃ ১৯৫৪ দা এলঃ পীঃ স্কুল অমা শিক্ষাগী লমদা অনালগী ওইনা ইহান-হানবী লৈশাবী জোলনুংগী মখাদা লিংখৎলম্মী। খৃঃ ১৯৬৪ দা স্কুল অদু ছাত্র/ছাত্রী ৭৫ লৈবা অদুগা ওজা মঙা লৈবা ইউঃজেঃবিঃ স্কুল অমা ওইখি। খা-ভারততগী লাকপা কেঃএলঃ জোশেপ্পা ওজা মকোক ওইখি। খৃঃ ১৯৭৩ দা স্কুল অদুবু সরকারনা শকখঙবীখি। অদুবু ওজাশিংগী পীগদবা পৈশাদি খুলদুদা লৈরিবা য়ুমশিংদগী খায়রগা পীরম্মী। করিগুম্বা মতমদা পৈশা লৈরক্রবদি ওজাশিংদুদা ফৌ ওইনসু পীরম্মী, নত্রগা খুল অদুদা হৌবা উপাম্বী অমগী মমল লুপা অহুমদা (মতম অদুগী মমল) উপাম্বীশিং য়োম্থোক্লগা মদুদগী ফংলকপা পৈশানসু ওজাশিংগী পৈশা পীনরম্মী। অদুম

হায়না খুঙ্গাশিংনা মরন্নাইগী ওইনা স্কুলশিং য়াম্না ৱানা ৱানা লিংখৎনখি। হৌজিক্তি অনালগী লমদা হায় স্কুলশিং অমদি কোলেজ লৈরে। অদুবু শিক্ষাগী মগুণদি য়াম্না হন্থনা লৈরি।

## শা-ষণ য়োকপা ঃ

অনালশিংনা শন্দং, ইরোই, ষণ, ওক, হুই, য়েন অমদি হৌদোংনচিংবা য়োক্লে। ইরোইদি মখোয়না য়াম্না মরুওইনা লৌরগা য়োক্লে, মরমদি লৌখোইবদা ইরোই শীজিন্নবতা নত্তনা হৱাগাড়ী চঙবা য়াদবা উমংদগী উ চিংথোকপদসু ইরোই শীজিন্নে। ইরোইগী কান্নবদু হেন্না মরুওইনা খল্লগা ইরোইবু অনালশিংনা পাম্লে। সরকারনা অনালশিংদা য়োক্লনবা পীরকপা য়েন্নচিংবা উচেকশিংদি ঙাকথোকপা ঙমদবা লাইচৎ লাক্লুনা য়াম্না তোইনা তোইনা শিনৈ। মরম অদুনা তম্পাক্তা য়েন য়োক্লবগুম চীংদা অনালশিংনা য়েনশিং য়োক্লদে।

## খুলশিংগী শাসন ঃ

অনাল হায়বা ফুরূপ অসিবু মণিপুরগী মীতৈ নিংথৌশিংনা জয় তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা নত্রগা ব্রিটিশশিংনা লৌশিন্দ্রিঙৈগী মমাংদা অনালগী খুল খুদিংমক মনীংতম্বা লৈবাক অমমম ওইনা লৈনরম্মী। অনালগী খুল খুদিংমক মশানা মশাবু শাসন তৌজবা ঙাক্তা ওইরম্মী। খুল অমনা অতোপ্পা খুল অমদা খুৎ কয়া থীংজিন্নরমখিদে। মখোয়না মপা-মপু হাক্তক্তগী লৈরক্লবা চৎনবী রুহী, ধর্ম্মগী ৱাশিং অমদি অনালগী প্রতিভা-লৈবা মীশিংনা হায়রম্বা ৱাফমশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা খুল-খুলগী শাসন তৌনরম্মী। মখোয়না মণিপুরদা লাক্লুনা খুন্দারবগী খ্বাইদগী ঙল্লিঙৈ মতম অদুদদি **ফেঠাশিংনা** (অনালগী অথৌবশিং) লৈবাক শাসন তৌনরম্মী। **ফেঠাশিং** অদুদি মীওইবগী শক্তিগী ৱাংমদা মপাঙ্গল কল্লম্মী, শা-লান্দা য়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা হৈথোই-শিংথোইরম্মী অদুগা অচুম্বসু চৎলম্মী। থুউমখেল, ৱোহুং অমসুং তেশুংগুম্বা

অনালগী ফেঠাশিংনা অনালগী লমশিংবু ঙাক্লম্মী, অদুগা কবোগী অমসুং মোইরাং লমদমগী রাষ্ট্র-মরূপ-মকোকথোংবা ওইখি। ইতিহাসকী খোঙচৎকী মতুংইন্না কোন্নথংদদি অনাল খুল অমগী নিংথৌ ওইবগী থবক অদু কোলাপাদা শীন্নখি। মতুংদদি কোলাপাবু খুল্লাকপা হায়না খঙনখি।

"**খুল্লাকপা**" হায়বা ৱাহে অসিদি মীতৈগী ৱাহৈনি। মতম অমদা অনাল খুল্লেনদা হুংখেল কৌবা অনাল নুপা অমগা চামতোং কৌবা অনাল নুপা অমগা খুলগী খুল্লাকপা ওইবা তান্নরম্মী। মখোয় অনী য়াম্না শাথীনা য়েৎনরকপদগী ৱাফম অদু মীতৈ নিংথৌদা শীন্নথোরকখি। মীতৈ নিংথৌনা মখোয় অনীবু শান্নবা মশান্না মখল কয়াদা কনানা ঙম্বগে হায়দুনা চাং য়েংনহল্লম্মী। অঙম্বা মীদুদা অনাল খুল্লেনগী খুল্লাকপগী ফম পীগনি হায়দুনা নিংথৌনা হায়রকখি। অদুবু মখোয় অনী অমনা অমবু মায়থীবা পীবা ঙম্মখিদে। মমৈথংদা মীতৈ নিংথৌগী মহারাণীনা মখোয় অনীনা চাব-থকপা মতমদা মখোয়গী হৌন-লীচৎ কমদৌই হায়না মুন্না য়েংলম্মী। হুংখেলদি মীতৈগী চাব-থকপগী হৌন-লীচৎ খঙদবদগী মহাক্কী চাবগী মওং-মতৌদু উবদা মবি-মরাংবা ওইনা থোকখি। চামতোংবুদি মীতৈগী হৌন-লীচৎ খঙই হায়দুনা মহাকপু অনাল খুল্লেনগী খুল্লাকপা খনখি। হুংখেলনা নুপী-অঙাংশিং য়েংশিনবগী থবক পুনবা লুলাকপা ওইহনখি। মদুবু মহাক্না য়াখিদে। মতম অদুদগী হৌরদুনা খুল্লাকপগী মথৌ অমসুং শক্তি হন্থহনখি। মন্ত্রি, সেনাপতি অমসুং মীতৈ লম্মু হায়বা মীতৈনা মমিং থোনবা ফমশিংবুসু মতুংদা হৌদোকখি। মদুগী মথং মনাও নাইবা ফমশিং অদুবু তাংখুলশিং, মাওশিং অমদি কবুইনচিংবশিংগীসু ওইনা হৌদোকখি।

অনালগী খুল্লাকপগী ফম অসি হান্না ওইরম্বা খুল্লাকপগী মচা-মশুনা ফংগনি হায়বা লৈতে। খুঞ্জাশিংনা অপাম্বা মীবু খুল্লাকপা ওইনা খন্নে। হান্না ওইরম্বা খুল্লাকপগী মচাসু মতীক্লবু চারবদি খুঞ্জাশিংনা য়ারগা খুল্লাকপা ওইবা য়াই। খুল্লাকপা অমদি অতোপ্পা ফম্নাইবশিংনা খুলগী থবক তৌবগীদমক্তা অৱামল করিমতা লৌনদে। শেল ওইনা নত্রগা পোৎ ওইনা অৱামল লৌবদি

হায়রুনু খুঞ্জাশিংবু সেবা তৌজবগী খুদোংচাবা ফংজরবনি হায়দুনা অনৌ-অনৌবা খল্লকপা খুল্লাকপা অমদি অতোপ্পা ফমনাইবশিংনা খুঞ্জাশিংবু য়াম্না হরাও-হরাওনা পীজ-পীথক তৌনৈ। মসিগী চৎনবী অসি য়াম্না ফজবা অমদি থাগৎনঙাই ওইবা অমনি। খুল্লাকপবু নত্রগা অতোপ্পা ফম্নাইবশিংবু খুঞ্জাশিংনা য়ারক্রবদি মখোয়বু হেক্তা লৌথোকপা য়ারম্মী।

## উমং-ব্রামংগী পোত্থোকশিং ঃ

অনালগী লমশিংদা হৌরিবা উপাম্বীশিংদি চীংশু, উনিংথৌ, উচাল, সহি-কুহি, উয়ুং, তাইরেল, লৈহাও, টোলহাও, খঙ্গ্রা-য়াংঙৌ, উইন, থাংসি অমসুং অতোপ-অতোপ্পা উচম ময়াম অমনি। ব্রা, লী, য়ুম কুপ্লবা ইনচিংবা ময়াম অমসু হৌই। অতোপ্পা উমংগী পোত্থোকশিংদি দালচিনি, আগর, খোইহি, খোইরুনচিংবনি। অহানবদদি উচানপাম্বীশিং অসি মখাথংবা লমশিংদা য়াম্না হৌরম্বনি, অদুবু হৌজিক্তি অৱাংলোমদা অসুম অসুম হৌবা হেনগৎখ্রে। অনালশিংগী চাগা লাকফমদি মরুওইনা উমংগী পোত্থোকশিংদগী ওইরি।

## লমলক্কী শাশিং ঃ

কৈ, শওম, শজি, লমহূই, কৈশাল, লমওক, তোকপা, য়োং, লময়েননচিংবা অনালগী উমংশিংদা লৈ। মমাংঙৈদদি শামুসু য়াম্না লৈরম্মী হায়। কবোগা থংনবা নোংপোকচীদাইদা অশোংবা উমং য়াম্না লৈ। মফম অদুদা লৈবা শাশিংনা কবোগী উমংদা চৎলি, অদুগা কবোগী উমংদগীসু কবোগী শাশিংনা মফম অদুদা লাকই। অসুম্না লম অনীমক্কী শাশিংনা লম অমদসু অমদসু নীংখাতম্না চত্থোক চৎশিন তৌদুনা লৈ। মখোয়দি লম খায়দে। মখোয় মশেল লৈবাক অমতগী শাশিংদৌনা য়াম্না নুংশিননা লৈবাক অমদসু অমদসু অথিংবা মখল অমতা লৈতবমখে লৈমিন্নে। মখোয়গী মতৌসে মীওইবনা তমজনীংঙাইনি।

## লম্বী - থোং ঃ

চান্দেল-শুগ্নু লম্বী অমসুং শুগ্নু-মোম্বী লম্বী হায়বা চান্দেল জিলাগী ওইবা লম্বী অচৌবা অনীখক লৈ। মোরেরোমদা চৎলিবা ন্যেশনেল হায়রে নংঃ ৩৯ দি অনালগী লমশিং শোক্তনা টেংনৌপল ফাওরগা চৎখি। ডিবেলোপমেন্ট ব্লোক্লা শুগ্নু-থুংচেং লম্বী, লারোং-ঔকলু লম্বী, শুগ্নু-উনাপাল লম্বী, চান্দেল-লারোং লম্বীনচিংবা লম্বীশিং অসি শেম্মী। চকপীকারোংগী চকপী তুরেল মথক্তা থোং শাবসু লোইশিনখ্রে অদুগা কোমলাথাবীগা চান্দেলগা শম্নহনবা মহা-তুরেল মথক্তা থোং শাবদুসু লোইশিনখ্রে। খুল অমগা খুল অমগা চখোক-চৎশিন তৌবা য়ানবা থোং মচা মচা খরসু শাখ্রে, খরনা হৌজিক শারি। লম্বীশিংদু শেম্মে হায়বদু মঙাই অফবা লম্বীশিংদি ওইদ্রি, অদুগা শেমগদবা লম্বীসু য়াম্না লৈরি। অনালগী খুলশিং অসিবু চাওখৎহনগে হায়রবদি লম্বী-থোংগী ফীভম অসি হেন্না ফগৎহনবা চুম্মি। অনালগী খুলশিং অসি কবোগা তাইনবা মণিপুরগী চীদাইদা লৈবা মরমনা মখোযগী লম্বী-থোং চাওখৎহনবা হায়বা অসিনা মণিপুর পূম্বগী অফবা অমদি চাওখৎপা ওইগনি।

## অনালগী মী মশীঙ ঃ

১৯৭১ গী মীকোক থীবগী মতুংইন্নদি মণিপুরদা লৈবা অনালগী মী মশীঙ অদু পূন্না ৬৬৭০ খক্তা ঙাইখি। নুপাগী মশীঙনা ৩২৯১ ওইবা মতমদা নুপীনা ৩৩৭৯ ওইখি। হৌজিক্তি অনালগী মী মশীঙ অসি ২৮,০০০ বোম ওইখ্রে।

## নাৎকী থৌরমশিং ঃ

"**হরুংথা**" হায়না খঙনবা চহি অমগী য়াম্না মরুওইবা হরাও-কুম্মে অমা অনালশিংনা পাঙথোক্লরম্মী। অহানবা নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা খুল অদুগী মনুংদা লৈরম্বা ফত্তবা পোৎ পূম্নমক শেংদোক্লগা মপান্দা হুন্দোকখি, অদুগা খুলগী পম্থোং অদু থিংজিল্লম্মী। মদুগী মতুংদা হরাও-কুম্মেগী থৌরম অদু পাঙথোক্লম্মী। চহিগী থৌরম "**কুমহিন**" হায়বদুসু য়াম্না নীংথিনা



অনালগী নাৎকী ওইবা ঈশৈগী যন্ত্রশিং অমদি খুৎলায় খবা



*আবফুবুল* কৌবা হূ পাম্বী অমসুং মদুদগী লৌবকপা হূ মতূম মতূম (ইনসেট)

পাঙথোক্লরম্মী। থৌরম অদুদা খুঞ্জাশিংনা অনৌ-অনৌবা নাৎকী ওইবা ফিজোলশিং শেৎলি, অদুগা তেল-কাপ্পগী মশান্না "বাল-লে"গুম্বা কয়ামুকসু শান্নরম্মী। মদুগী হৱাও-কুম্মৈ মখল অদু ফেব্রুআরিগী অরোইবা চয়োলদগী হৌই। অনালশিংগী অসিগুম্বা সংস্কৃতিগী ওইবা থৌরম কয়ামুক পাঙথোক্লরম্মী। মখোয়গী নুংঙাইবা, অৱাবা, লান্দা মায়পাকপা অমদি মায়থীবা উৎপগী তোঙান-তোঙানবা ঈশৈশিং লৈ। মখোয়গী মখল-মখাগী কুম্মৈশিং অমদি মতম মতমগী ঈশৈ-নোংমাইশিং অসি মখোয়গী সংস্কৃতিগী, ধর্ম্মগী, লৈঙাকলোনগী অমদি লৌউ-শিংউগী থবকশিংগা মরী য়াম্না লৈনহল্লি।

য়ুম-শঙগাবগী থৌরমদা "ইন-দাম" হায়না খঙনবা জগোই অদু শাই। "লু-দাম" হায়বা জগোই অদুনা শা-লালগা মরী লৈনবা জগোইনি, অদুগা "জকা-দাম" হায়বা জগোই মখল অদুনা অনাল খ্বাই ময়ামগী ওইবা মহৌশাদগী চৎনরক্লবা জগোইনি। অয়াম্বা মতমদা অনালশিংগীদি পূন্না পূন্না জগোই শামিন্নে। মখোয়গী নাৎকী ওইবা ঈশৈগী যন্ত্রশিংদিঃ (১) দালখুউং, (২) খুউং, (৩) ৱোহ্নু, (৪) ৱোপুম-কাং টুং, (৫) কাম্বে, (৬) পেংকুল (বেঙ্গুল), (৭) রসেম (উতোংগী ঈশৈ-যন্ত্র), (৮) তুমলা, (৯) তিল্লি (বাঁশীগুম্বা ঈশৈগী যন্ত্র মখল অমা), (১০) থেংফু, (১১) শনমতা (মরী অহুম তিংবা যন্ত্র মখল অমা) (১২) অহরুপুম, (১৩) অহা, (১৪) শে, (১৫) অদো-কারুং, (১৬) ফো, (১৭) তাঅমপু (ৱানা শেম্বা চীন্দা খোংনবা ঈশৈগী যন্ত্র অমা), (১৮) শালকি, (১৯) লাবু, (২০) পি পিনচিংবনি (যন্ত্র অমদি খুৎলায় খরগী ফোটো হাপচরি)।

"খুথো" হায়বা অসিনা জ্যানিউয়ারি থাদা অনৌবা চহিগী কুম্মৈ ওইনা পাঙথোকই। "চারহোথো" হায়বা মহয়-মরোংশিংদা তীল তারগা মাঙহন্দনবা কুম্মৈ অদুনা জুলাই থাদা পাঙথোকই, অদুগা "কুসুও" হায়বা অৱা-পোত্থাবগী কুম্মৈ অদুনা নোবেম্বর থাদা পাঙথোকই। ধর্ম্মগী ওইবা কুম্মৈশিংদা অমদি লৌউ-শিংউবগী থবকশিংদা শক্লবা ঈশৈ মখল কয়ামুকসু লৈ। অনালশিংগী নুংশি-নুংওনগী ঈশৈশিংবু "টুনা" হায়না কৌই।

## লীরুং-তেল শীজিন্নবা ঃ

অনালশিংনা মরুওইনা শা-তান্নবগীদমক্তা লীরুং-তেল য়াম্না শীজিন্নৈ। অচৌবা শাশিং হাৎনবগীদমক্তদি মখোয়না "**অর্ফুবুল**" হায়বা হূ পান্বী অদুদগী হূ লৌরগা তেল মতোন্দা তৈশিল্লি অদুগা অচৌবা শাশিংবু তেলনা কাপ্লগা হাৎলি। হূ অদুনা শা অদু হাৎলবসু শা অদুগী শাদূম অদু চাবদা করিসু কায়দে, চানৈ। "**অর্ফুবুল**" হায়বা হূ পান্বী অদুগী মহযশিং অদুবু করিগুম্বা উচেকশিংনা চারুরবদি উচেকশিংদু শি হায়নৈ। হৌজিক্তি অদুগুম্বা হূ পান্বীদু য়াম্না হৌখিদ্রে (অর্ফুবুল অমসুং মদুদগী শেন্নবা তেল মচিন্দা হাপ্পনবা হূ মতূম মতূমশিংগী ফোটোশিং হাপচবি)।

## ঋতু মরিগী মমিংশিং ঃ

| অনাল | মীতৈলোল | ইংরেজী |
|---|---|---|
| ১। অনিপি | বসন্ত-ঋতু | স্প্রিং |
| ২। কোলুম | কালেন-ঋতু | সমর |
| ৩। চাব্রান-পাং | শরৎ-ঋতু | ওটম |
| ৪। ফালবি | নীংথম-ঋতু | উইন্টর |

## থা তরানিথোইগী মমিংশিং ঃ

| অনাল | মীতৈলোল | ইংরেজী |
|---|---|---|
| ১। ফালব্রা | ৱাকচিং | জ্যেন্যুআরি |
| ২। অওন | ফাইরেন | ফেব্রুআরি |
| ৩। অনি | লমতা | মার্চ |
| ৪। পটৈ | শজিবু | এপ্রিল |
| ৫। পদ্যুম | কালেন | মে |

| | | |
|---|---|---|
| ৬। চাফোল | ইঙা | জুন |
| ৭। অমুর | ইঙেন | জুলাই |
| ৮। য়ুউংখা | থৌৱান | ওগষ্ট |
| ৯। য়ুউংপি | লাংবন | সেপ্তেম্বর |
| ১০। অরাম | মেরা | ওক্টোবর |
| ১১। পতং | হিয়াংগৈ | নোবেম্বর |
| ১২। টবোল | পোইনু | ডিসেম্বর |

## মায়কৈ মরিগী মমিংশিং ঃ

| অনাল | মীতৈলোল | ইংরেজী |
|---|---|---|
| ১। থাতুং | অৱাং | নোর্থ |
| ২। টাতুং | মখা | সাউথ্ |
| ৩। অনিথুনা | নোংপোক | ঈষ্ট |
| ৪। অনিতানা | নোংচুপ | ৱেষ্ট |

## নুমিৎ তরেৎকী মমিংশিং ঃ

| অনাল | মীতৈলোল | ইংরেজী |
|---|---|---|
| ১। নুংপিথুন-নি | নিংথৌকাবা | মন্‌ডে |
| ২। দোলশেম-নি | লৈবাকপোকপা | ট্যুজ্‌ডে |
| ৩। ইৱার-নি | য়ুমশকৈশা | ৱেনজ্‌ডে |
| ৪। ফোরপে-নি | শগোলশেল | ঠঅজ্‌ডে |
| ৫। সাশেম-নি | ইরাই | ফ্রাইডে |
| ৬। মিসেম-নি | থাংজ | স্যেটর্ডে |
| ৭। ইওলনা-নি | নোংমাইজিং | সনডে |

## মশীঙ তরাফাওবগী মমিংশিং ঃ

| অনাল | মীতৈলোল | ইংরেজী |
| --- | --- | --- |
| ১। অখে | অমা | ৱান |
| ২। অহ্নো | অনী | টু |
| ৩। অথুম | অহুম | থ্রী |
| ৪। পলি | মরি | ফোর |
| ৫। পঙা | মঙা | ফাইব |
| ৬। তরু | তরুক | সিক্স |
| ৭। তখ্নো | তরেৎ | সেবেন |
| ৮। তরি | নীপান | এইট |
| ৯। তাকু | মাপল | নাইন |
| ১০। শোম | তরা | টেন |

তাঙ্কক অহুম

# চৎনরকপা ব্রায়েল-পথাপশিং

মীওইবগী চৎনবী অসিনা মীবু শাদগী তোঙান্না খন্দোক্লগা অৱাংবা খাক অমদা লৈহনবনি। মী অমনা মহাক মশামক্কী সমাজগী চৎনবীবু ইন্দ্রবদি মহাকপু মী অমনি হায়গদ্রা? ঈশ্বরদি মখল মথেল ময়াম অমা পাম্বনিনা ইবুংঙো মহাক্লা তোঙান-তোঙানবা জাৎশিং, ধর্ম্মশিং, লোলশিং, চৎনবীশিং, ব্রায়েল-পথাপশিংনচিংবা ময়াম অমা লৈহল্লি। অনালশিংবু মখোয়গী মীরোল মথং মথং চৎনরক্লবা ব্রায়েল-পথাপশিংনা পুল্লি, অদুগা মখোয়গী ধর্ম্মসু ব্রায়েল-পথাপশিং অদুদগী লাকখি। কনাগুম্বা অমনা মখোয়গী ব্রায়েল-পথাপ অদুবু থুগায়রবদি মহাক্লা ফংফম থোকপা চৈরাক ফংগনি। মরম অদুনা অনালগী সমাজদা লৈবা মীশিংদি পূকচেল শেংনৈ অমদি লমচৎ ফজনৈ। মখোয়গী চৎনরক্লবা আইনশিং অসিবু ইদুনদি থল্লমখিদে, অদুবু থায়না মমাংঙৈদগী লৈরক্লবা ৱারীশিং, জগোই-ঈশৈশিং, লাইশোল-ঈশৈনচিংবশিংদগী খঙবা ঙমখি।

অনাল খুল্লাকপশিংনা খৃঃ ১৯৭৬ কী ওক্টোবর থাগী তাং ২০ অমসুং ২১ দা লমফৌ চরুদা মীফম অমা ফমদুনা অনালগী চৎনরক্লবা আইনশিংবু

পুথোক্তুনা নৈনখি। মদুগী মীফম অদু শ্রী এল, থুমথুং অনাললনা শীনখিবনি। তাং ০৪/০১/১৯৭৭ ইংদনা লমবুং খুলদা অমুক অনাল খুলশিংগী খুল্লাকপশিং, অতোপ্পা অঙম-অথৌশিং, খুঞ্জাশিংগী লুচিংবশিং অমসুং নহারোল লুচিংবশিংগী মীফম অমা ফমদুনা আইনশিং অদুবু অমুক হন্না কূপ্না খন্নদুনা অশোয়-অঙাম পূম্নমক য়েংশিনখি। অকোনবদা তাং ০৯/০১/১৯৭৭ ইংদা অখন্নবা মীফম অমা বেরু খুদামদা ফন্নগা ময়াম্না অশোয়-অঙাম য়েংশিল্লগা পুথোকখ্রবা অনালগী ব্রায়েল-পথাপশিং অদুবু চৎনরসি হায়দুনা য়ানখি। হৌজিক্তি "অনাল নো" হায়বা অনালগী চৎনরক্লবা আইনগী লাইরিক অমা খৃ: ২০০০ দা অনাল কস্টমরি লোগী সেক্রেটরি ওইরিবা শ্রী টীঃ এইচঃ লুখু অনাললনা (জেডঃ ইঃ ওঃ ওইরম্বদগী পোথাপ্রবা) সম্পাদক ওইদুনা পুথোকখ্রে। মসি ঐখোয় পূম্নমক্কী কান্নবনি।

## খুন্দাবগী থৌওং অমসুং থৌশিল ঃ

মফম অমদা নৌনা খুন্দারগা য়ুম শাবা তাববদি য়ুমদুগী অহানবা যাত্রা হুন্ননবা মতীক চাবা মী অমা খল্লম্মী অদুগা মহাকপু খুল অদুগী নিংথৌ নত্রগা খুল্লাকপা ওইহল্লম্মী। কনাগুম্বা শাগৈ অমগী মীনা নৌনা খুন্দাগদৌরিবা লম অদুবু পৈশা পীরগা লৈরবদি মহাকপু খুল অদুগী অঙম্বা ওইহল্লম্মী। লম অদু লৈবদা চঙখিবা পৈশা অদু খুঞ্জাশিংনা মঙোন্দা হুন্নদে। অদুমকপু লম অদুগী মমল অদু খুঞ্জাশিংনা মঙোন্দা হন্দোকখ্রবদি মহাক্কী মহুত্তা খুলদুগী অনৌবা অঙম্বা অমা খনবগী থবক চৎথবা য়াই।

কনাগুম্বা অমনা খুলগী থবক তৌবা নোংমগা য়াওহৌদ্রবদি, মঙোন্দগী ব্রাকোংশেল ওইনা নোংমগী অশুমল অদু লৌনৈ, অদুগা থবক অদু তৌরিবা খুঞ্জাশিংদুনা ব্রাকোংশেল অদু থবক শুবদুদা শীজিন্নৈ। ব্রাকোংশেল পীদবা মীনা য়ু খরুং অমগা য়েনবা অমগা অমুক ব্রাকোংনৈ। খুল অমগী থবক্তি চহি অমগী মনুংদা অমুক্তা ওইরবসু খুলদুগী মনুংদা লৈরিবা অপূনবা লম অদুবু মৈহৌ-লাংহৌদগী কনবা ঙম্নবা শেংদোকপা তারম্মী।

খুল অদুগী লম অদুদি খুলগী অপূনবা লম ওইনা লৈবনিনা মদুদা হৌরিবা উপাম্বীশিং, ইনচিংবশিং অমদি মদুদা লৈরিবা নুঙ, লৈঙোই, তুরেল, লোকনচিংবা পূম্নমকপু খুলগী অঙম্বশিংগী অয়াবা য়াওদনা লন্নাইগী ওইনা শীজিন্নবা য়াদে। কনাগুম্বা অমনা মদুগী আইন অদুবু থুগায়রবদি লুপা ৫০/- জরিমানা তৌগনি। উমংদগী অকংবা শীংনচিংবা থিবদি খুলগী অঙম্বশিংগী অয়াবা য়াওদ্রবসু য়াই।

খুল অমগী ঙমখৈদি ইরায়-লায়না মুথৎপা ঙল্লরোইদবা চীংশাংশিং, তুরেলশিং, লোকশিংনা য়াৎলি। মদুগী ঙমখৈ য়াৎপা মওং অদুবু মণিপুর সরকারনসু য়াবিখি। অপাকপা লম অমগী মনুংদা খুল অমদগী হেনবা খুলশিং লৈরবদি খুলশিংদুগী ঙমখৈশিং য়াৎনদে। খুলশিং অদুগী খুঞ্জাশিংগী হক খুলশিংদুদা চপ মান্ননা লৈ। অদুবু মফম হোংল-হোংলগা চীংলৌ উনবা লমদি ইমুং-মনুং মনুংগী তোঙান-তোঙানবা ওইনা লৈনৈ, হেঞ্জিন্নবা য়ানদে। অদুগুম্বা লম অদুদা মশা মথন্তা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজবগুম্বা মহৌশাগী ওইবা মীশি নত্তবা খুৎশিমক থোক্তুবদি লম অদু য়োম্বোকপা য়াদে।

কনাগুম্বা য়ুম্বু অমগী মচা-মশু অমতা লৈত্রবদি মহাক্না শিরবা মতুংদা মহাক্কী লম অদু মহাক্কী খ্বাইদগী নক্লবা মরী মতানা ফংগনি। চীংলৌ উখিদ্রবা মফম অমদা হৌরকপা ইগুম্বা পাম্বী মচাশিং অদু চহি অহুমগী ওইনা চীংলৌ অদুবু হান্না উরম্বা ইমুং অদুগী ওইগনি। কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমনগা মফম অদুদা ই ফাল্লুরবদি মহাকপু লুপা ১০/- গা য়ু খরুং অমগা কোংহনগনি। চীংলৌ অদু চহি অহুমদগী হেন্না শীজিন্নদনা লম্বাং ওইনা লৈরবদি মশাগী অতাবী ওইনা খুলগী ওইরগনি।

## খুলগী মনুংদা লৈবা তুরেল, উমংনচিংবশিং ঃ

অনালগী খুল অমগী মনুংদা লৈরিবা তুরেল, লোক, লমশা, উচেক, উমংগী উপাম্বী, ই, নাপী-শীংনাশিং, লৈঙোই, নুঙনচিংবা পূম্নমক খুলদুগীনি।

১) কনাগুম্বা খুঞ্জা অমনা মশাগী খুলগী তুরেলদা ঙা ফাবা, অদুগা মশাগী খুলগী উমংদগী শা ফাবা য়াই, অদুগা শা অমবু খুল অমগী মফমদা কাপ্পগা অতোপ্পা খুল অমদা চেনশিনখিদুনা শিন্নবদি শাদুগী ফৈগলগী শরুক অদু শানা চেনশিনখিবা খুল অদুদা পীনৈ।

২) তুবেল অমগী শরুক অমতবু কনাগুম্বা মীশক অমখক্তীদা ওইনদে। তুবেল অদুনা কনাগুম্বা মী অমগী লম শোল্লবসু লম অদুদা চেল্লিবা তুরেলদুগী শরুক অদুবু খুঞ্জা অমনা হেক্তা শীজিন্নবদা অয়েৎপা পীনদে।

৩) খুলগী ওইনা লৈরিবা উমংগী উপাম্বীশিং, নুঙ, লৈঙোইবু খুলগী অঙম্বশিংগী অয়াবা য়াওদনা কনামতনা য়োল্লগা করবার তৌবা য়াদে, অদুবু খুঞ্জা মশাগী নত্রগা খুলগী ওইনা লেম্মা শীজিন্নবদি য়াই।

## খুলগী চঙফম অমসুং থোকফম পম্বোংশিং ঃ

কবিগুম্বা লাইচৎ নত্রগা শাথীরবা লায়না অমা হেক খুল অমদা লাকপা মতমদা খুদোংথীবা অমা লাক্লে হায়দুনা খুল-অদুগী অঙম্বশিংনা খুঞ্জাশিংদা হান্না খঙহল্লি। খুল অদুগী অঙম্বশিং, অহল্লম্মনশিং অমদি মাইবা-মাইবীশিংনা খুলদুগী মী অমবু য়ু অমসুং পৈশা খুল অদুগী যুমশিংদগী খাইবকউ হায়না থৌদানৈ, অদুগা মখোয়না হই নত্রগা ওক হাত্তুনা খুলগী চঙফম পম্বোংদা পূল্লপ তিন্নৈ, অদুগা মখোযগী খুঞ্জাশিংনা না-য়েক্তনা, তেক্ত-কায়দনা অমদি হকচাঙফনা লৈনবগীদমক্তা ঈশ্বরদা নোল্লক্লা হায়জরগা পম্বোং অনীমক কনামতা চঙবা অমদি থোকপা য়াদে হায়দুনা অশংবা উশা-ব্রাশাশিংনা কুপশিল্লগা থিংর্জিল্লি। পম্বোংশিং থিংলিঙৈ মতমদা কনামতা মখোয়গী খুলদুগী মীমক্লফাওবা মখুন্দা থুংলরবসু মনুংদা চঙবা য়াদে। কনাগুম্বা অমনা মদুগী অথিংবা অদুবু থুগায়বা তারবদি মহাক্লা ধম্মগী থৌ পাঙথোকখিবদা চঙখিবা খরচ (শেঞ্জং) পূম্নমক ব্রাকোংশেল ওইনা পীবা তাই, অদুগা মদুতা নত্তনা অথিংবা অদু কোমথোক্ত্রিবফাওবদি মহাকপু মফম অমদা করিমতা

হেন্দোকহন্দনা থম্মি। জরিমানা অমুক লৌখ্রগা লোইবা নত্তে। মী খুদিংবু, মরাল অদু হেক তৌরকপা মতমদা, শেল কোংহল্লি।

## খুলগী থবক তৌবা ঃ

যুম অমা লিংদুনা লৈরবা নুপী থিরবা নুপা অমনা খুলগী থবক তৌবদগী নাম্থোকপা য়াদে। মমা-মপা নত্রগা মরী-মতাশিংদগী খায়দোক্তুনা তোঙানবা চাকখুম লিংলবা মীশিংসু খুলগী থবক তৌবা য়াওগদবনি। সিপাই খনবা মীশিংবুদি য়ুমগী টেক্স থীহন্দে, অদুগা মখোয়বু অমদি সরকারগী থবক্তগী পোত্থারবা মীশিংবু পোৎলূম পুথোক-পুশিনগী থবক তৌহন্দে। খুলগী অঙম্বশিংবুসু পোৎলূম পুহন্দে।

## খুলগী অঙম্বশিং ঃ

খুলগী অঙম্বা মী অমা ওইরে হায়বা ব্রাফম অদুবু য়াবীনবা ষণ, শন্দং, ওক অমদি য়ু পুথোক্তুনা খুঞ্জাশিংদা পীজ-পীথক তৌবগী ধর্ম্মগী ওইবা উৎসব অমা তৌনৈ। মদুগী অকক্লবা থৌরম অদুদা অঙম্বা ওইগদৌরিবা মীশক অদুনা হান্নগী ওইরম্বা অঙম্বদুদা অখন্নবা ফি-শাল অমা পীনৈ। থৌরম অদু হেক পাঙথোকখিবদগী অনৌবা নুপা অদুবু খুলগী অশেঙবা অঙম্বা ওইরে হায়না য়াবী, অদুগা মঙোন্দা হান্নগী খুলগী অঙম্বগী চে-চাংশিং অদু ব্রাশক্ লৌবগী থৌরম পাঙথোকপগা লোয়ননা শীন্নে। চহি অনীগী মতুংদা ফমকাবগী থৌরম পাঙথোক্লে। খুল্লাকপা অমনা ফমকাবগী থৌরমদা শন্দং, ইরোই, ষণ, ওক অমদি য়ু পিপা মঙা পুথোক্তুনা মহাক্কী খুঞ্জাশিংদা অমদি নুংশিরবা মরূপ মপাংশিংদা পীজ-পীথক তৌনরম্মী। খুল্লাকপগী ফমদগী হন্থবা অতোপ-অতোপ্পা ফমশিং পায়বা অঙম্বশিংদি শা অনীখক্তা হাৎলগা মাগী মাগী থৌরম পাঙথোক্লে। থৌরম অদুগী মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা খুল্লাকপা অদুনা য়ু পিপা অনী পুথোক্তুনা মহাক্কী থৌরম অদু পাঙথোকপদা ব্রাবীখিবা মরূপ-মপাংশিংদা পীথক্লরম্মী। থৌরমশিং অদুবু পাঙথোক্লবদি অঙম্বা অমা ওইবগী

মথৌ মপূংফানা পাঙথোক্লে হায়না লৌনবন্মী। মখোয়না শিরগা অঙৌবা ফীবালশিং মখোযগী মোংফমশিংদা পাইহল্লি। মথৌ মপূংফানা পাঙথোকখিদবা অঙম্বা অমনা শিরগনা মহাক্কী মোংফম মনুংদা মহাকপু ঈশ্বরনা অহকপা চৈবাক পীজসনু হায়দুনা থৌডী অমগা ষণগী পোৎপু (জুব্রান) অমগা থম্লবন্মী।

## অঙম্বশিংগী হক অমসুং খুদোংচাবা ঃ

খুলগী খুল্লাকপা অমদি মহাক্কী মখাদা লৈবা অঙম্বশিংনা ব্রাথোক অমা লোইশিন্নবা খুঞ্জা অমবু হেক্তা লাকউ হায়দুনা কৌবা ঙম্মি। মখোয়না লমগী খৎনবা, হুবান-চীন্থী তৌবা, নুপা-নুপী খায়নবা, মী হাৎপা, ফুন-চৈনবা অর্মদি অতোপ-অতোপ্পা আইন-থুগাযবগী ব্রাথোক-লাম্হোকশিংবু বিচাব তৌবা ঙম্মি। মখোযগী খুদোংচাবা অমনা খুনগী থৌবম অমা নত্রগা চাকচা-হৈজানবা অমা থোক্লকপা মতমদা মখোযনা অখন্নবা অশেঙবা যু অর্মদি অথোংবা শা পীক থন্না যাঙবা পুখম অমমম্ ফংনবন্মী।

## য়ুমদা য়োকপা শাশিংগী মরাল ঃ

যুমদা য়োকপা শা অমনা মবাল অমা তৌরবদি শা অদুগী মপু অদু চেন্নে। কবিগুম্বা মতমদা মপু তোঙান-তোঙানবা শা অনীনা কনানা ইম্সিল্লুবা নত্রগা থৌজিল্লুবা তৌদনা ব্রাইনবদা শা অমা শোকপা নত্রগা শিবা তাববদি শা অনীদুগী মপু অনীমক অদু থৌদোক অদুগী ব্রাফমদু লোইশিনবদা চপ-মান্নবা দায পুমিন্নে। অদুবু কনাগুম্বা অমনা শাশিংদা থৌজিল্লগা ব্রাইনহনবদা লাইবকথীবদগী শা অমা শোক্লবদি নত্রগা শিরবদি থৌজিল্লিবা মীশক অদুনা শোক্লিবা নত্রগা শিবিবা শা অদুগীদমক্তা ব্রাকোংশেল পীগনি, অদুগা শোক্লিবা নত্রগা শিরিবা শাগী মপু অদুদি অনালগী আইন মতুংইন্না দায়ীত্ব পুরোই।

হূইগুম্বা শা অমনা কনাগুম্বা মী অমগী য়ুমথক্তা কাক্ববদি য়ুম্বু অদুদা শাপ তৌরবনি, অদুগা য়ুম অদুদা অমাঙ-অতা থোকহল্লগনি হায়না লৌনৈ।

মরম অদুনা শা অদু নুমিৎ তাদ্রিঙৈগী মমাংদা হাৎহৌবদা করিমতা অকায়বা লৈতে। শা অদু য়োম্বোক-য়োনশিন তৌবা য়াদে। শা অদু হাৎলবা মতুংদসু মীগী ময়ুম মথক্তা কারুবগী মরাল লৈরবা শা অদুগী মপুনা যুম্বু অদুদা য়েন অমগা য়ু খরুং অমগা শাপ অদু কোক্লবা খুদম অমা ওইনা পীনৈ।

করিগুম্বা হূইগুম্বা শা অমনা কনাগুম্বা মী অমবু চীক্লুরবদি অশোকপা মী অদুবু শাগী মপুনা অশোকপদু ফত্ত্রিবফাওবা পৈশা পুথোক্লগা লায়যেংবীগনি। অশোকপা মীদুগী অনাবদু ফরবফাওবদা শাগী মরালগী চাং মতুংইন্না শা-মপুদা দণ্ডি পীগনি। অপীকপা মরালগীদমক্তদি য়েন অমগা য়ু খরগা পুথোক্লগা লোইশিন্নবসু য়াওই, অদুগা অচৌবা মরালগীনা লুপা লীশিং অমা, অনাল জাতিগী শাল অমা, হূই অমা, য়ু-খরুং অমা অদুগা অতোপ-অতোপ্পা চান-থক্লবা খবগা পীনবা য়াওই। শা অমনা চীকপদগী মী অমা শিববদি শা-মপু অদুনা শিবিবা মী অদুগী ইমুং-মনুংদা লুপা ৫০,০০০/- পীগনি। লুপা ৫০,০০০/- অদুগী মনুংদগী লুপা লীশিং অমদি শিবিবা মী অদুগী মমাগা পোকমিন্নবা মামদা নুংশিবগী অমদি ঈকাইখুম্নবা উৎপগী খুদম অমা ওইনা পীনৈ। কবিগুম্বা শা অমনা মীগী লমদা হেঞ্জিল্লুবা মতমদা লম মপু অদুনা ফুরকপদগী শা অদু শিখিবা তারবদি লম মপু অদুনা শাদুগী মমল পীগনি, অদুগা মদুগী মথক্তসু য়ু-খরুং অমগা য়েনগসু কোংগনি। মসি অনালশিংগী চৎনরকপা আইননি।

## থাজদবা থৌদোক্তা মী শিবা ঃ

খুদোংথীবা থৌদোক অমদা কনাগুম্বা মী অমনা হাৎকে য়াওনা হাৎপা নত্তবীদা মী অমবু হাৎলবদি, মীহাৎপা মী অদুনা শিরিবা মী অদুগী ইমুং-মনুংদা লুপা ৫০,০০০/- পীগনি। অদুবু কনাগুম্বা অমনা মশানা চ্যেকশিনহৌদবদগী গাড়ীদগী তাদুনা শিরবদি গাড়ী মপুনা অৱাবা তারবা ইমুং-মনুং অদুদা লুপা ২৫,০০০ এক্সগ্রেশিয়া ওইনা পীগনি। মী অমবু হাৎকে য়াওনা হাৎলবদি মীহাৎপা মী অদুনা লুপা ১,০০,০০০ ৱাকোংশেল ওইনা

পীবা তাই। মীহাৎপগী মবাল লৈববা ইমুং মনুং অদুবুনা খুলদগী তাঙ্খোকনৈ অদুগা অতোপ্পা খুল অমদা হোংহনখি।

**হুরানবগী চৈরাক ঃ**

হুবানবা মীশিংবু মখোয় মখোয়গী মবালগী মতুংইন্না চৈবাক পী। হুবানবা মী অমবু ফাববদি মহাক্না হুবানপোৎশিং অদু মপুদা হনবা তাই, নত্রগা হুবানপোৎশিং অদুগী মমল অদু পীবা তাই। মদুগী মথক্তসু খুলগী অঙম-অথৌশিংনা হুবানবা মীদুবু অচৌবা ওক অমগা যু-খবুং অমগা কোংহল্লি। শা-হুবানবা মীনা হুবাল্লুবিবা শা অদু মপুদা হনবা নত্রগা শাদুগী মমল মপুদা পীবা তাই। মদুগী মথক্তসু খুলগী অঙম-অথৌশিংনা মহাকপু কোংবা যাবা কয়াসু মবালগী মতুংইন্না কোংহল্লি।

**মরম চাদনা পাদোংনবা অমসুং মচা পোকপা ঃ**

নুপী অমবু মবম চাদনা ফাবগা পাদোংলিবা নুপা অদু মবাল লৈবে। মঙোন্দগী লুপা ২,০০০/- জরিমনা ওইনা লৌগনি অদুগা মদুগী মথক্তসু অচৌবা ওক অমগা যু খবু^ং অমগসু কোংহনগনি। মহাকপু কৈশুমশঙদা থম্বীনবা সবকাবদা শীন্নবসু যাই। পাখঙ অমগা লৈশাবী অমগা মশা মশা মতৈ-মনাও ওইনসি হায়না যানবগা লুহোংদ্রিঙৈদা পাদোংনথোক্লবা মতুংদা মখোয অনীগী মবক্তগী অমনা লুহোংসি যাবক্রুবদি যাবক্রিবা মীশক অদুবু লুপা ৩,০০০/- ব্রাকোংশেল ওইনা পীহল্লি, অদুগা অচৌবা ওক অমগা যু-খবুং অমগসু কোংহনগনি। মহাকপু কৈশুমশঙদা থম্বীনবা সবকাবদা শীন্নবসু য়াই। লৈশাবী অমগা পাখঙ অমগা মতৈ-মনাও ওইবগী শাজত্তা লৈমিন্নকবদগী অঙাং (মচা) অমা পোকথোক্লবা মতুংদা, মখোয অনীগী মবক্তগী অমনা মখোয় অনী মতৈ মনাও ওইনা লৈমিন্নবোই হায়বক্লবদি হাযরক্লিবা মীশক অদুনা লুপা ৬,০০০/- ব্রাকোংশেল ওইনা পীগনি। মদুগী মথক্তসু অচৌবা ওক অমগা যু-খবুং অমগা খুলগী অঙম-অথৌশিংনা নত্রগা

বিচারপতিশিংনা মঙোন্দা কোংহল্লি। মখোয় অনী খায়নজরবসু অঙাংদুদি মপাগী ওইগনি। অদুবু অঙাং অদু য়োক্লনবগীদমক্তা চহি অহুম মমাগী মনাক্তা থম্বদি য়াই। মদুগীদমক্তা নুপা অদুনা আইনগী মতুংইন্না লুপা ১,৫০০/- অঙাংগী চাকথাকমল ওইনা খায়নরবা নুপী অদুদা পীগনি। অঙাং অদুনা নুপামচা ওইরবদি মপাগী শাগৈদা লৈগনি অদুগা মপাগী লম্ভুম ফংহৌগনি।

## নুপা নত্রগা নুপী অনী লোনবগী জরিমানা ঃ

অনালগী চৎনবী মতুংইন্না পাখঙ অমনা চহি ১৮ শুরবা অদুগা লৈশাবী অমনা চহি ১৬শুরবা মতমদা মখোয় অনী যেক-সলাই তিন্নদ্রবদি লুহোংবা য়ারে। লুহোংলবা মতুংদা নুপা অদুনা মকুবোক্কী য়ুমদা চহি অহুম য়াওং ইন্দুনা লৈগনি। য়াওং ইল্লরোই হায়রগনা মহাক্না মকুবোক্তা লুপা ৫,০০০/- পীগনি। নুপা অমনা নুপী অনী লোল্লবদি মহাক্কী নুপী অহলগী মবুং-মৌপ্বাশিংনা মহাকপু ওক অমগা য়ু খরুং অমগা কোংহনগনি। মহাক্না অহুমশুবা নুপী অমমুক লৌরক্লগসু মহাক্কী অহানবা নুপী অদুগী মবুং-মৌপ্বাশিংনা ওক অমগা য়ু-খরুং অমগা অমুক খুলগী অহলশিংগী মমাংদা কোংহল্লি। কনাগুম্বা নুপী লৈবা নুপা অমনা শিরগা মহাক্কী নুপী লুখ্রাবী অদুনা অতোপ্পা শাগৈগী নুপা অমদা অমুক ময়ুম পানখ্রবদি অনীশুবা মপুরোইবা অদুনা লুপা লীশিং অমগা য়ু-খরুং অমগা শিখ্রবা অহানবা মপুরোইবা অদুগী অশেঙবা ইমুং-মনুংদা পীগনি।

## নুপা-নুপী খায়নবা ঃ

অনালগী চৎনবী মতুংইন্না লুহোংখ্রবা নুপা অমসুং নুপী অনীগী মবক্তা অমনা অমবু পামদ্রে হায়দুনা হেক্তা খায়নবা য়াদে। মখোয় অনী খায়নরগে হায়রবদি খায়নরগে হায়রক্লিবা নত্রগা হায়রক্লিবী মীশক অদুনা লুপা লীশিং তরা জারিমানা ওইনা নুপী নত্রগা নুপা অদুদা পীগনি। মদুগী মথক্তসু অচৌবা ওক অমগা য়ু-খরুং অমগা খুলগী অঙম-অথৌশিংনা মঙোন্দা কোংহনগনি।

## মন্না লৈবা নুপী লৌবা ঃ

নুপা অমনা মন্না লৈবা নুপী অমা ঙাংনরগা লৌরুরবদি মহাক্না নুপী অদুগী অহানবা মন্না অদুদা লুপা ২০,০০০/- জরিমানা ওইনা পীগনি। জরিমানা অদু পীরবা মতুংদদি নুপী অদুবু মহাক্না মহাক্কী নুপী (মতু) ওইনা লৌবা য়ারে। নুপী অদুনা মন্না লৈন-লৈনা অতোপ্পা নুপা অমদা লমচৎ-নাইদনা লৈরুবগীদি লুপা লীশিং অমখক খুলগী অঙম-অথৌশিংদা ন্নাকোংশেল ওইনা পীগনি।

## মচা য়েথবা ঃ

অনালগী চৎনরকপা আইনগী মতুংইন্না কন্নামতনা মচা য়েথবা য়াদে। মচা য়েথবা হায়বা অসি মী হাৎপগা চপ মান্নে হায়না অনালশিংনা লৌই। নুপা অমসুং নুপী অনীমক্না য়ানদুনা মখোয়গী মচা অদু য়েথরবফাওবদা মখোয়বু খুলগী অঙম-অথৌশিংগী মমাংদা পুথোক্লগা লুপা লীশিং অহুম ন্নাকোংশেল ওইনা থীহনগনি। মদুগী মথক্তসু অচৌবা ওক অমগা য়ু-খরুং অমগা কোংহনর্গনি।

## শাগৈ মশেল লৌন-লৈনবা ঃ

মুশুমগী য়ুম্নাক ৪১ অদুগা মুচলগী য়ুম্নাক ৪০ লৈ। মুশুমগা মুচলগা লৌনবা য়াই। মুশুম মশেল অমদি মুচল মশেল হায়বদি পু-তিন্নবা মশেল লৌন-লৈনবা য়াদে। মপা-মপু তিন্নবা শাগৈ মশেলগী পাখঙ অমগা লৈশাবী অমগা নুংশিনদুনা লোন্না নুপা-নুপীগী শাজৎ চৎনরবদি মখোয়বু খুলগী অঙম-অথৌশিংনা ফাগনি অদুগা পাখঙদুগী ফৈগল অনীদা অকনবা শূক অনীনা কন্না চপ্লগা মখোয়গী অরোনবা মরী অদু খঙদোক্লবা ন্নাহং-পাওহংগনি। মখোয়না মরাল লৈরম্লবদি মখোয়বু অনাল খুলশিংদগী তাম্থোক্কনি। করিগুম্বা নুপী অদুনা মবুক-কংলমদুনা মচা পোকপা তারবদি মহাকপু য়ুমদগী লাপ্না পুথোক্লগা খুলগী

চীদাইদা লৈবা মফম অমদা মচা অদু পোকহনগনি অদুগা পোল্লকপদা ঙাইহিবা অঙাং অদুবু নাউফমনা মচীন অমসুং মনাতোন্দা খুমজিন্দুনা সোর ফুলহল্লগা হাত্তোক্কনি। তৌরিবা পূন্নমক অদুদি অদুগুম্বা থৌদোক অদু অমুক হন্না অনাল সমাজদা থোরক্কনবা তৌবনি।

## সম্পত্তি ফংগদবা উত্তরাধিকারী ঃ

মচানুপানা মপাগী লম্ভুম ফংহৌগনি। মচানুপা পোক্তবা অদুগা মচানুপীদি পোকপা মপা অমনা শিরগা মহাক্কী লম্ভুম অদু মচানুপীদুগী ওইহৌগনি। মচানুপী অমদগী হেন্না পোক্লল্লগনা মচানুপীশিংদুনা মপানা থল্লম্বা লম্ভুম পূন্নমক অদু চপ-মান্ননা য়েন্নরগা লৌগনি। তৌবতদি মখোয়না মপাবু শিদ্রিবফাওবা য়েংশিনবীগদবনি। করিগুম্বা মতৈ-মনাও অনীনা মচা অমতা থল্লমদনা শিথ্রবদি মখোয়না শিরগা নুপাদুগী খ্বাইদগী নক্লবা মরী মতানা মহাক্কী লম্ভুম অমদি সম্পত্তি পূন্নমক লৌগনি। লম্ভুম অমদি সম্পত্তি অদু ফংগদবা মরী-মতা অদুনা মখোয়বু মখোযনা শিদ্রিবফাওবা সেবা তৌবীগদবনি অদুগা শিরগনা মখোয়গী অশিবা হকচাঙশিংবু লৈরোল চনবগী থৌরমদা চঙগদবা খরচ পূন্নমক উত্তরাধিকারী ওইরিবা মরী-মতাদুনা পুথোক্কনি। মচা পোক্তবা নুপা অদুনা শিথ্রগা মচা পোক্তবী নুপী অদুনা হিংদুনা লৈহৌবা তারবদি হিংদুনা লৈহৌরিবা লুখ্রাবী অদুনা মহাক্কী শিথ্রবা নুপা অদুগী লম্ভুম, সম্পত্তি পূন্নমক ফংহৌগনি, কনামতনা লৌবা য়ারোই। লুখ্রাবী অদুনা শিরগা উত্তরাধিকারীগী হক লৈরকই। তৌবতদি শিথ্রবা মতৈ-মনাও অদুগী শিরগা পাঙথোকফম থোকপা থৌরম পূন্নমক উত্তরাধিকারীদুনা পাঙথোকফম থোকই।

## খুলগী অঙম্বশিংগী ফমশিং ঃ

অনালগী খুল অমগী শাসন তৌনবগীদমক্তা মখাগী ফম তরেৎ অসিদগী মশীঙ হম্ভনা লৈবসু য়াওই। অদুগা অমুকসু খুল্লাকপা, মন্ত্রি, লুলাকপা, মীতৈ লম্বু অমসুং সেনাপতি হায়দুনা ফম মঙাখক্তং লৈনবা খুলশিংসু য়াওনরি।

১) খুরুউং (নিংথৌ নত্রগা খুল্লাকপা নত্রগা প্রেসিডেন্ট),

২) মীরুউং (খুরুউংগী মতেং পাংবা ঙমথং),

৩) তাংশেল (সেক্রেটরি),

৪) পামরুউং (ফোরেষ্ট মন্ত্রি),

৫) মিনরুউং (ফাইন্যান্স মন্ত্রি),

৬) দোনকউং (শাশিংগী মন্ত্রি)

৭) খোলপুউ (পুরোহিত)

মথক্কী ফম্‌শিং অসিবু পুনবা মীশিং খনবদা মখোয়না মখাগী গুণশিং অসি চেনগদবনি ঃ

১) অনালগী অশেঙবা ঈ ওইগদবনি।

২) সবকাবদা যুমগী খাজনা থীববা ইমুং অমগী মী ওইগদবনি।

৩) চহি ২৫ নত্রগা মদুগী মথক্তা ওইগদবনি।

৪) অনালশিংগী চৎনবক্লবা আইনর্শিংবু থুগাযদনা লুহোংখিবা ওইগদবনি( লুহোংলবা মী ওইবর্বাদ)।

৫) মীহাৎপা নত্রগা অতোপ্পা আইন-কায়বা থবকশিং তৌদবা মী ওইগদবনি।

৬) যুবাই হৌদবা মী অমা ওইগদবনি।

৭) লমচৎ-শাজৎ ফজগদবনি।

## খুরুউংগী মথৌ অমসুং মশিল ঃ

খুলগী উৎসব, কুম্মৈনচিংবা থবক-থৌরম খুদিংদা খুরুউংনা সভাপতি ওইগনি। মহাক্লা মঙোন্দগী হন্থবা পুরোহিত নত্তবা অঙম-অথৌশিংবু য়েংশিনগনি, পাওমেনগনি অমসুং লমজিংগনি। খৎন-চৈনবনচিংবগী ব্রায়েল-বিচার-কোপিশিং (নকলশিং) অদুগা অতোপ্পা খুলগী মরুওইবা রেকোর্ডশিং অমদি পোৎশিং মঙোন্দা থমগনি; অদুগা মহাক্লা ফম থাদোক্লবা

মতুংদদি নকলনচিংবা পোৎশিং অদু পীথোরক্কনি। করিগুম্বা মরুওইবা পোৎ অমা মাঙখিবা তারবদি মহাক্কী দায়ীত্বনি।

## মীরুউংগী মথৌ অমসুং মশিল ঃ

খুলগী খুঞ্জাশিংগী য়াইফনবগীদমক্তা মীরুউংনা থৱায়-হকচাঙ য়াওনা খুল অদুগী অফ-ফত্ত নীংথিনা য়েংশিনগনি। মহাক্না মহাক্কী খুল অদুদা মখাগী ফত্তবা থৌদোকশিং অসি থোরক্তনবা য়েংশিনগনিঃ

১) তোকঙা শন্দোরকপদগী খৎনরকপা,
২) ফুনবা অমদি য়ৈনবা,
৩) হুরানবগী থৌদোক অমসুং অরানবা পাউ শন্দোকপা,
৪) জুৱার শান্নবা, য়ু ঙাওবা, ময়াই-কাবা নিশা চাবা অমদি থকপনচিংবা,
৫) মী হাৎপা অমদি অতোপ্পা আইন-কায়বা থবকশিং তৌবা।

## তাংশেলগী মথৌ অমসুং মশিল ঃ

অঙম্বশিংগী ৱায়েল-বিচারশিং, মীফমশিংগী ৱারেপশিং, ৱায়েল-লোয়শঙগী রায়শিং ইবগী থবক তাংশেলনা তৌই। আইনগী মতুংইন্না পীবা ৱাখৈশিং ইশিন্নবগীদমক্তা খুলগী অঙম-অথৌশিংগী মীফমশিংদা মহাক য়াওদবা য়াদে। মহাক্না খুলগী অঙম্বশিংগী য়েৎথংবা পাম্বোমনি। খুলগী চাওখৎ-থৌরাংশিংগী ৱাফমশিং খন্নবদা অমদি পায়খৎপদা মহাক্না মতম লৈবা খিবিক্তা য়াওগদবনি।

## পামরুউংগী মথৌ অমসুং মশিল ঃ

পামরুউংগী মথৌদি উমং-ৱামংগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মহাক্না উমং, হোংল-হোংলগা চীংলৌ উফমশিং, লম অমদি ঙমখৈগী মরমদা খৎনবনাচিংববু য়েংশিনগনি। ঙমখৈদা লৈরিবা ঈশিংগী হৌরকফম, তুরেল,

লোক, অমদি উমংদা লৈরিবা উ-ৱা, ই, নাপীনচিংবগী মরমদা পূক্লিং চঙবনা মহাক্কী মথৌ ওইগনি। লম্বী শেম্বগী নক্সা য়েকথোকপা, থোং-শাবা, পূখ্রি তৌবা, খুলগী লম শেংদোকপনচিংবসি মহাক্না পুবা থবকশিংনি। খুলগী ঙমখৈ য়াৎপগী থবকসু মহাক্কীনি। ঙমখৈগী মরমদা থংনবা খুল অমগা খৎনববদি মহাক্না অহানবদা ৱায়েনগনি। মহাক্না কবিগুম্বা ৱাথোক অদু খুলগী ৱায়েল-লোয়শঙ য়ৌদনা লোইশিনবা ঙমখ্রবদি ফবে, মদু নত্রবদি, ৱাথোক অদু খুলগী ৱায়েল-লোয়শঙদা বিচাব তৌনবা লানখৎকনি।

## মিনরুউংগী মথৌ অমসুং মশিল ঃ

মিনরুউংনা খুলগী খুরুউংগী অয়াবা য়াওদনা মীয়ামগী পৈশা শীজিন্নথোকপা য়াদে। মহাক্না মখাগী মথৌশিং অমদি মশিলশিং অসি তৌগনিঃ

১) নক্লবা খুলশিংগী অঙম্বশিংদগী লাকপা খুলগী পৈশা অদু নীংথিনা থমগনি।

২) খুলগী ওইবা পোৎশিং অমদি পোথোকশিং যোম্থোকখিবনচিংবদগী লাকপা শেনফমশিং অদুবু য়াম্না নীংথিনা শেল্লাক-শেলচৎ ইবা হিসাব লাইবিক (ক্যেশ-বুক) অমদা ইশিনগনি।

৩) খুলগী ওইবা পোৎশিং অমদি মকুওইবা বেকোর্ড ওইনা থম্লিবা দলিলশিংবু নীংথিনা থম্নবগীদমক্তা খুলগী-অঙম্বা খুদিংমক্তা মতেং পাংগনি।

## দোনরুউংগী মথৌ অমসুং মশিল ঃ

দোনরুউংনা যুমদা য়োকপা শাশিংগী মরমদা খৎনরকপা, শাশিংদুদা অকায়বা তৌরকপা, শাশিং হুরানবনচিংবগী ৱাথোকশিং থোক্লকপবু শন্তাইনবা লাকনৈ। যুমদা যোকপা শাবু য়োম্থোক-য়োম্সিন তৌনবগী দলিল

ইনবা মতমদা মহাক্না সাক্ষী ওই। য়ুমদা য়োকপা শাশিংগী য়াইফনবগীদমক্তা মহাক্না তৌবা য়াবা থবকমখে তৌগনি। মহাক্না লম্লক্কী শাশিংগী মরমদসু দায়ীত্ব পুই।

## খোলপুউগী মথৌ অমসুং মশিল ঃ

খোলপুউগী ফম অসিদি অনালগী সংস্কৃতি অমদি চৎনরক্লবা ৱায়েল-পথাপশিংবু চীত্থ-নাম্বদবমখে খঙবা খুলগী অহল অমদা পীনৈ। মহাক্কী মথৌ অমসুং মশিলশিং মখাদা পীরি ঃ

১) নৌনা খল্লকপা খুলগী অঙম্বা অমগী ৱাশক লৌবগী থৌরম অসি খোলপুউনা তৌই।

২) খুরুউংনা মশানা থবক তোক্লীংনা নত্রগা তোক্তবা য়াদদুনা থবক তোক্কে হাযববদি মহাক্কী থবক তোকচগে হায়বগী চে অদু খোলপুউদা পীশিনগনি।

৩) খুলগী মীয়াম্না অঙম্বশিং অদুবু পামলক্ত্রবদি অদুগা অঙম্বশিং অদুনদি মীয়াম্না মখোয়বু পামদ্রবসু খুলদুগী লৈঙাক-শাসন অদু অদুম তৌথনীংদুনা লৈববদি খোলপুউনা মদুগী অচুম্বা ৱারেপ অমা তাবগী মরুওইবা থৌদাং লৌই।

৪) ইডাৎ-থৌনি অমদি অতোপ্পা ধর্ম্ম-কম্মগী থৌরমশিং পাঙথোকপদসু মহাক্না মকওইবা থৌদাং লৌই।

## লম লৈরগা খুন্দাবা ঃ

লম অমা পৈশা পীদুনা লৈরগা লম অদুদা নৌনা খুন্দারবদি লম অদুবু লৈরিবা মীশিং অদুদা খুল অদুগী অঙম্বশিংগী ফম লাম্হোক্কনি। মখোয়না অঙম্বশিংগী ফমশিং অদু শিদ্রিফাওবা পায়গনি। অদুবু লম অদু লৈবদা নত্রগা লম অদুদা খুন্দাবদা চঙখিবা পৈশাশিং অদু মখোয়দা হন্দোকপীগ্রবদি খুঞ্জাশিংনা মখোয়গী অপাম-অপাম্বা অঙম্বশিং মতম মতমগী ওইনা খনবা য়ারে।

## খুলগী অঙম্বশিংনা ফম পায়বগী মতম ঃ

অনাল সমাজদা খুলগী অঙম্বশিংনা ফমশিং পায়বগী অকক্পবা মতম লৈরমদে। খুঞ্জা মীয়াম্না মখোয়বু থাজরিবমখৈদি অদুগা মখোয়না আইন-কায়দনা খুঞ্জাশিংগী অপাম্বা থবকশিং তৌরিবমখৈদি মখোয়গী ফমশিং অদু সত্বদা ফংলকপা ওইদ্রবফাওদসু মখোয়না খুলগী অঙম্বশিং ওইনা থবক তৌথদুনা লৈনৈ।

## খুলগী অঙম্বশিং লৌথোকপা ঃ

খুলগী অঙম্বা অমনা মখাগী নিয়ম-কায়বা থবকশিং অসিগী মনুংদগী অমা হেক তৌবদা মহাকপু খুদক্তা লৌথোক্কনি ঃ

১) খুলগী পৈশা নত্রগা পূর্কে লান্না শীজিন্নবা,
২) ফমকাবা নুমিৎতগী হৌবগা চহি অনীগী মনুংদা ফমকাবগী নাৎকী হৌনবী থৌবমশিং পাঙথোক্তবা,
৩) খুলগী লম, উপাম্বীশিং, অদুগা খুলগী ওইবা পোৎশিংবু মীয়ামগী অয়াবা যাওদনা যোন্থোকপা,
৪) অতোপ-অতোপ্পা শত্থীববা আইন-কাযবা থবকশিং তৌবা।

## খুলগী ব্রায়েল-লোয়শঙদা ব্রাকৎপা ঃ

কনাগুম্বা বাদী (ব্রাকৎলিবা মী) অমনা খুলগী ব্রায়েল-লোয়শঙদা ব্রাকৎপা মতমদা যেনবা নত্রগা য়েনবী অমগা মুময়ু নত্রগা ব্রায়ু খরুং অমগা (খৃষ্টিয়ানগীনা চা) পুথোক্কনি। ব্রাকৎ অদুবু বাদীনা দরখাস্ত ওইনা পীদনা চীনতনা হায়রগা ব্রাকৎলবদি মহাক্কী ব্রাকৎকী মরোলশিং অদু ব্রায়েল-লোয়শঙদা বেকোর্ড ওইনা থম্নবা চেদা ইশিনগনি। খুলগী অঙম্বশিং অদুনা বাদী অমসুং বিবাদী অনীমক কৌবগা বিচার তৌনবা নুমিৎ অমা লেপকনি। মখোয়না কৌবদা বাদী নত্রগা বিবাদীনা মরম চাদনা হেক লাক্তবদা লাক্লিবা মী

অদুদগী লুপা ৫০/- জরিমানা ওইনা লৌগনি। কনাগুম্বা ঙক-কনবা মী অমনা থৌওইদবগী মওংদা ব্রায়েল-লোয়শঙদা তশেংনা হেকমক মরাক্তবদি মহাক্কী ব্রাথোক অদুগী মরমশিং অদু মরী লৈনবা এসঃ ডীঃ ওঃ দা খঙহন্নগনি। এসঃ ডীঃ ওঃনা অমুক পুলিস ষ্টেসনগী ওঃ সিঃ দা তাক্লগা ঙক-কনবা মী নত্রগা মীশিং অদুবু ফাহনগনি অদুগা খুলগী ব্রায়েল-লোয়শঙ অদুদা শিন্নহন্নগনি।

কনাগুম্বা বাদী নত্রগা বিবাদীনা নাদুনা নত্রগা খুদোংথীবা অমা থোক্লুনা ব্রায়েল-লোয়শঙদা তশেংনমক লাকপা ঙমখিদ্রবদি মখোয়গী বিচার অদু নুমিৎ অমদা য়েথোকখিবা য়াই। অদুগা করিগুম্বা মখোয়গী বিচার অদু লোইদ্রিঙৈদা বাদী অমসুং বিবাদী অনীগী মরক্তগী অমা শিত্নবদি অশিবা মীগা অহিংবা মীগগী বিচার তৌবা য়াদ্রে।

## নক্ল-নক্লবা খুলশিংগী অপূনবা ব্রায়েল-লোয়শঙ ঃ

করিগুম্বা খুল অমগী অঙম্বশিংনা ব্রাথোক অমবু ব্রাখৈবা ঙমদ্রবদি ব্রাথোক অদু নক্ল-নক্লবা খুলশিংগী অপূনবা ব্রায়েল-লোয়শঙ অদুদা শিন্নথোকখিনি। মদুগী পথাপ অদু হৌজিকফাওবা চৎনবা য়াওরি। অদুগুম্বা অপূনবা ব্রায়েল-লোয়শঙ অদুদি য়ামদ্রবদা খুল মঙানা নত্রগা য়াল্লবদা খুল কুন্না পূল্লগা শাগনি। অহল ওইরবা থবক্তগী পোত্থারবা খুলগী খুল্লাকপা "খুরুউং" অমনা ব্রায়েল-লোয়শঙ অদুগী বিচারপতি পুম্বগী মকোক ওইগনি। মরীলৈনবা খুলশিং অদুগী খুরুউং অমসুং মীরুউংমখৈ অপূনবা ব্রায়েল-লোয়শঙ অদুগী মেম্বরশিং ওই। মরম অদুনা মখোয়না ব্রায়েল-লোয়শঙ অদুদা ব্রা-ঙাঙবা ঙম্মি। অপূনবা ব্রায়েল-লোয়শঙ অদুদা তাবা রায় পূম্নমক মীতৈলোলদা নত্রগা ইংরেজী লোলদা ইনৈ। লোয়শঙ অদুগী শাসন পুরিবা মেম্বরশিংগী থবক পুবা মতমদি চহি অহুমখক্তনি। চহি অহুম হেক লোইরগা অনৌবা মেম্বরশিং অমুক খনগনি। ▤

তাঙ্কক মরি

## ধর্ম্ম অমসুং মীচম ময়াম্না থাজনবশিং

য়েলহৌঙৈদগী হৌদুনা ইপা ঈশ্বরনা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈফম অমদি চান-থক্লবনচিংবা পোৎ মখল ময়াম অমা পীবিদুনা জীবশিংবু য়োকপীবনি, অদুগা শিরবা মতুংদসু অফবা থবক তৌরম্বা মীদি ইবুংঙো মহাক্লা তরাম-তরাম লৌশিনবীবনি হায়বা ধর্ম্মগী মরুওইবা ৱাফম অদুবু অনালশিংনা থাজৈ। অফবা থবক তৌবগনা স্বর্গ কাবা অদুগা পাপকী থবক তৌরগনা নরক্তা তাবা হায়বসি শোয়দ্রবনি হায়না মখোয়না লৌই। মরম অদুনা মখোয়না অশেঙবা অমদি অচুম্বা পুন্সি মখল অমা লেনবা ঙম্নবা হোৎনৈ। মখোয়দি ঈশ্বরবু কিবদগী হুরান-চীনথী তৌনদে অদুগা মীয়ামগী য়াইফনবা ওইবা থবকশিংদা থৱায় য়াম্না য়াওনা শরূক য়াই।

লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা ঈশ্বর অমা লৈ হায়না অনালশিংনা য়াম্না কন্না থাজনৈ। মখোয়না ঈশ্বরবু "অশাপাৱন" হায়না কৌই। অশাপাৱনদি স্বর্গদা লৈ অদুগা মালেমসিদা লৈরিবা খুদিংমকপু মনুং-মপান ফাওনা উবা অমসুং খঙবা ঙম্মি হায়না মখোয়না লৌই। মসি ধর্ম্মগী অৱাংবা থাক্কী ৱাফমনি। কনাগুম্বা অমবু কনাগুম্বা অমনা হৌনদবা মওংদা

শাথীনা তৌবিরক্লবা মতমদা অৱাবা তারবা মী অদুনা "ওঃ কপা অশাপাৱন!" (ওঃ ইপা ঈশ্বর!") হায়না ঈশ্বরনা তানবা লাউই, অদুগা মহাক্কী অৱাবা থম্মোয়বু থেমজিল্লি। অশাপাৱনবু তশেংনা হেকমক থাজবা ঙল্লবদি তাইবংগী অৱা-অনানা মখোয়বু শোকপা ঙল্লোই হায়বসি মখোয়গী অচেৎপা থাজবনি। কনাগুম্বা অমনা অরানবা থবক অমা তৌরক্লবসু "অশাপাৱননা অচুম-অরান বিচার তৌজসনু" হায়দুনা ঈশ্বরদা হেক হেক শিন্নথোকই। ঈশ্বরবু থাজবা মীশিংগী মফমদদি হিংগনি হায়রগা হরাওবা শিগনি হায়রগনা কিবা তৌদে হায়বসি অচুম্বনি। অনালশিংদি ঈশ্বরগা য়াম্না নক্লনা লৈবনিনা ফীভম পূম্নমক্তা নুংঙাইনা অদুম লৈথোক্লে।

মখোয়গী অহল্লম্মনগী হাক্তক্তগী লৈরক্লবা ধর্ম্মগী রুহী মতুংইন্না জগৎ অসিবু চুৱা অমসুং খাৱা কৌবা লাই অনীখক্তা শেমখিবনি হায়না থাজনৈ। চুৱানা মালেমসিবু শেমখি অদুগা খাৱানা অতিয়া নত্রগা স্বর্গবু শেমখিবনি হায়নৈ। অনালশিংনা অতিয়াগী লাইশিংনি হায়দুনা লাই মচা মচা কয়ামুক লাৎনরম্মী। মখোয়না নুমিৎ অমসুং থাবু য়েরূম, ষণ, ওক, য়েনবী-য়েনবা, য়ুনচিংবা কৎলগা ঈরাৎ পূজা তৌনরম্মী। **অঠোলে** হায়বা নুংশিৎকী লাই, **মিহলে** হায়বা মৈগী লাই অমসুং **ভুলে** হায়বা ঈশিংগী লাইবু অনালশিংনা লাৎনরম্মী। মপা-মপু শক্কুনা খুল অমবু ঙাকপী-শেনবীরিবা "**খুখন**" অমসুং "**ভুখম**", উমংগী পাম্বীশিংবু পুরিবা লাই "**শাসোলে**", চীংশাং পরেংবু পুরিবা লাই "**ভুংলে**", তম্পাকপু পুরিবা লাই "**ফেলে**" নচিংববু অনালশিংনা লাৎলম্মী।

অনালশিংগী ইমুংদা লাৎনবা লাইশিংসু লৈ। "**অশালে**" হায়না কৌবা লাই অসিদি য়ুমগী উ-থাংজিনা ওইবা যাত্রা মখোঙদা লৈ হায়না থাজনবা ইমুংগী লাইনি। য়ুমগী ওইথংবা কাচিন্দা থল্লগা লাৎনবা "**পাঠলে**" হায়না কৌবা ইমুংগী লাই অমসু লৈ। মদু য়াংকোক অমগী মথক্তা থল্লগা লাৎনবা নুঙদূম মচা অমনি। মীতৈ ধর্ম্মবু খঙবা মী খরনদি মদু মীতৈগী লাই সনামহিনি হায়না হায়নবসু য়াওই।

অনালশিংগী অহল্লম্মন হাক্তক্তগী লৈরক্লবা ধর্ম্মদুগা ব্রাংব্রেল লাইগসু মরী খর লৈনখি। ব্রাংব্রেল লাইনা অনাল খুল্লেনগী নিঙোল শঙনু লৌখি। অনাল খুল্লেনদা ব্রাংব্রেলগী মূর্ত্তিগুম্না লৈরিবা নুঙ অদুবু অনালশিংনা ঈরাৎ-পূজা তৌনরম্মী অদুগা শৃঙ্গুদা লৈরিবা ব্রাংব্রেলগী লাইশঙ অদুদসু অনালশিংনা চহি খুদিংগী ফিশিং, থোইদিং, মনামশীংনচিংবা কৎনরম্মী। হৌজিক্তি অনাল অয়াম্বনা খৃষ্টিয়ান ওনখ্রে। কনাগুম্বনা ব্রাংব্রেল লাইগী মহুৎ শিল্লিবা নুঙ অদুবু উশিৎ-থৌওইদনগা তৌকরবদি মহাক শোয়দনা খুদোংথীবা নংগনি হায়নৈ। মদুবু উশিৎ-থৌওইদনা ফোটো নমগে তৌরুবা মী কয়াবুসু অকিবা ফংহনখি হায়নৈ।

অনাল খুল্লেনগী অহল অমা/অনীনা ঐঙোন্দা লীবিরকখিবা ব্রারী অমগী মতুংইন্না অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা আফ্রিকাগী লাম্মীশিংনা অনাল খুল্লেনদা লানশঙ শাদুনা লৈবম্বা মতমদা মখোযনা ব্রাংব্রেলগী মহুৎশিনবা নুঙ অদুবু চাক থোংননবা হায়দুনা উশিৎ-থৌওইদনা থাংদোক-থাংজিন তৌখি। মদুনা মরম ওইরগা মখোয়না মফম অদু হেক থাদোকখিবা মতুংদা লম্বীদা মখোয়বু জাপানগী লাম্মীশিংনা লাল্লুম্লগা তুবা তুনা হাৎখি। মদুগী ব্রারী অদু তাকবা মতুংদদি ঐহক্লা ইবুংঙো মহাক্কী মূর্ত্তিবু ফোটো নম্লুবগী করি ফলবু লাক্কদগে খল্লুবদা অকিবা অমা ফাওবকই। অদুবু ঐহাক্লা ঙাকপী হৈবা ইবুংঙোগী মফমদা ঙাকপীযু হায়না হাযজবি।

## আত্মাগী মরমদা ঃ

আত্মাবু অনালশিংনা **"পথকথি"** হায়না খঙনৈ। **পথকথিদি** অশাপাব্রনদগী (ঈশ্বরদগী) লাকপনি, অশাপাব্রনগী শরূক অমনি হায়না মখোয়না লৌই। মী অমগী **পথকথিনা** মহাক্কী লমচৎ অমসুং শিবগী মওং মতুংইল্লগা অফবরোমদা নত্রগা ফত্তবরোমদা চৎলি হায়না লৌনৈ। **পথকথিদি** শিদে হকচাঙনা শিবনি হায়বা ফজত্রবা অমদি চুমত্রবা আধ্যাত্মিক্কী ব্রাখল অসি অনালশিংগী পূক্নিংদা লৈজে।

অনালগী মী অমনা শিরগা অশিবা মী অদুগী **পথকথিনা** অশি-লম **লুংকোং** নত্রগা **অথোপামদা** চৎলি হায়নৈ। **অথোপামদি** অনালশিংনা হৌজিক হৌজিক লৈরিবা লম অসিগী খারোমদা লৈবা তাংসুউংবুংদনি হায়না থাজনৈ। তাংসুউংবুংদি চুরাচান্দপুরগী খা-নোংপোক থংবা মায়কৈরোমদা লৈবনি। মী অমনা শিরবা মতুং চহি অমগী মনুংদদি হায়বদি **অথোতোনগী** (ফিরোইগী) থৌরম পাঙথোক্লিবমখৈদি অশিবা মীদুগী **পথকথিনা** মহাক্কী ইমুং-মনুংদা ইতৎ-তত্তনা লাকই অদুগা **অথোতোন** লোইরগদি অরোইবা ওইনা অশি-লম **অথোপামদা** লৈখি হায়না থাজনৈ। **অথোপামদগী পথকথিনা** মীরম্লেন্দা অমুক হন্না পোক্লরৈ, অদুবু আত্মাঘাটনচিংবা তৌরগা মহৌশাগী নত্তবা খুৎশিদা শিখিবা মীগী অশিবা হকচাঙ অদুদি মহাক্কী শাগৈগী অপূনবা মোংফমদা ফুম্নদে, অদুগা মদুনা মরম ওইরগা মহাক্কী **পথকথিনা** চঙফম খঙদদুনা কোয়পাই-পাইদুনা লৈরগা অমুক হন্না পোক্লক্লরোই হায়নসু থাজনৈ।

শিরবা মতুংদা **পথকথিনা অথোপাম** য়ৌনবা চৎপা লম্বীদা কনানা পাপ তৌবনো কনানা পাপ তৌদবনো বিচার তৌনবা বিচারপতি অমা লৈ। বিচারপতি অদুগী মমিংদি অনালশিংনা "**চোম নিংথৌ**" হায়না কৌই। মহাক্কী সিংহাসনগী নাকন্দা "**জুতে-খুথো**" হায়না কৌবা য়াম্না মাঙ-তাক্লঙাই ওইবা শা অমা লৈ। **জুতে-খুথোনা** অশিবা মীগী **পথকথিনা** নোক্লবা হায়দুনা মখল মখাগী ফাগি-জুগাই তৌই। পাপ তৌবা পাপীদুগী **পথকথিনদি** নোকই, অদুগা মহাক্লা নোক্লকপা মতমদা মহাকপু "**লু-কোং**" হায়না খঙনবা নরক অদুদা ইন্থে। নরক্তা তাখিবশিং অদুদি অমুক হন্না পোক্লক্তনা নরক্তা অহকপা চৈরাক খাঙদুনা অদুম লৈথে। ধর্ম্ম-চেনবা মীগী **পথকথিনদি জুতে-খুথোগী** ফাগি-জুগাই অদুদা শুকনোক-নোকচদে, অদুগা স্বর্গরোমদা নুংঙাইনা চৎলি হায়নৈ। অদুবু "**পাব্রান**" হায়না খঙনবা স্বগগী মফম অদুদা **অশাপাব্রন** (ঈশ্বর), **চুব্রা** অমসুং **খাব্রা** লৈ। মফম অদুদদি অশিবা মীগী **পথকথিনা** পাক য়ৌবা ঙমনদে হায়নসু হায়নৈ।

ঈনাকখুনবা অনালশিংনা শিরগা অশি-লমদা নুংঙাইনা লৈরুনবা হায়দুনা "**অকাম**" হায়বা যজ্ঞ অদু পাঙথোক্লরম্মী। যজ্ঞ অদু হূরানবা মীশিং, য়াম্না নক্লবা মরীমতাশিংগা নুপা-নুপীগী মরী লৈনবা মীশিং অমদি লুপ্প্রা-পাপ্প্রাশিংনা পাঙথোকপা য়ানরমদে। মসিগী থৌরম অসি চয়োল অমা চুপ্না পাঙথোক্লখিবা য়াওখি। থৌরম অসি পাঙথোকপদা মমল য়াম্ল-য়াম্লবা পোৎশিং অমদি অচা-অথকশিং লেম্না চাদিং তৌথোক্লরম্মী। থৌরম অসি পাঙথোকপগী পান্দমদি ঈশ্বরদগী আশীর্ব্বাদ নিবনি। **অকাম** যজ্ঞদি পৈশা-নুংশা য়াম্না চংবা যজ্ঞনি। যজ্ঞ অসিবু পাঙথোকপা ঙম্লবা মী অদুদি অনালগী সমাজদা য়াম্না ঈকাইখুম্নে। মথং মনাও নাইনা পাঙথোক্লরম্বা তোঙান-তোঙানবা **অকাম** যজ্ঞশিংদিঃ

১) আনজী

২) য়ুতাং

৩) সাপে

৪) অকাদাম

৫) দুথু

৬) শোলতাং।

হৌজিক্তি অনালশিংনা খৃষ্টিয়ান ওনখিবদগীদি যজ্ঞশিং অসি কয়া পাঙথোক্লখিদ্রে।

# অনাল খুল্লেন

অনাল খুল্লেন হায়বা ফজখ্রবা অমদি ইতিহাসকী ওইবা লমদম অসি অনালশিংগীদি য়াম্না লিরবা অমদি মরুওইবা খুল অমনি। খুল অসিগী থায়নগী থৌদোক-ব্বারীশিংবু তারুরগদি মফম অসি অনালশিংগীদমক্তা য়াম্না চাওথোকচনীংঙাই ওই। অনাল খুল্লেনগী মিং অসি "**লিমখু**" হায়না খঙনরম্মী। "**লিমখু**" হায়বা মিং অসি তাবমক্তদা য়াম্না খঙনীংবা অমা পোক্লকই। "**লিম**" হায়বদি "**উমাইবী**" অদুগা "**খু**" হায়বনা "**খুল**" হায়বনি। য়েরুম ফংদবদগী উমাইবীগী মরুম্না খুদম-চাংদম য়েংলগা খুন্দাখিবনি হায়দুনা মফম অদুবু "**লিমখু**" হায়না কৌখিবনি হায়। খুল অসিবু "**অনালগা**" হায়না কৌবা নুপা অমনা লিংখৎখিবনি হায়দুনা মহাক্কী মমিং লৌরগা "**অনাল খুল্লেন**" হায়না কৌখিসু হায়নৈ। অদুবু অনাল খুল্লেনগী অহল খরনা অমুক আরঃ ডিঃ অংনালগী মিংদগী লাকখিবনিসু হায়নৈ। খুল অদুগী মমিং থোনখিবগী মরমদা হায়নবা কয়ামুক লৈ। অদুবু খুল অদু অনালশিংগী অরিবা, অচৌবা অমদি অথোইবা খুল অমনি হায়দুনা অনাল খুল্লেন কৌখিবনি হায়বসিনা অচুম্বা ওইগদবা মাল্লি। অমবু ওইরো অমবু ওইরো অনাল খুল্লেন হায়বা মিং অসি মীতৈলোলগা য়াম্না মরীলৈনবগুম তৌই (খুলসিগী হন্দক্তা নল্লকপা ফোটো হাপচরি)।

অনালশিংগী অরিবা খুল্লেন অসি চান্দেল সব-ডিবিজনগী মখাথংবা শরুক্তা লৈবা য়াম্না ফজত্রবা খুল অমনি। য়াংকেনচীং চীংশাংগী শরুক অমা ওইনা লৈরিবা কেল্লা চীংগী নাপোমদা তাবা অনাল খুল্লেনগী লমদি স্কার মাইল ১৫০ রোম্না কোল্লি। নোংপোক্তা ঐকলু খুল অমসুং নামুংলোক, নোংচুপ্তুনা চকপী তুরেল, অৱাংদনা পুরানলোক অদুগা খারোমদনা টুইয়াং তুরেল লৈ। তুরেলশিং, লোকশিং অমদি চীংশাং পরেংশিংনা অনাল খুল্লেনবু অতোপ্পা খুলশিংদগী নাইতোম তাহন্দুনা লৈহল্লি। অদুম অদুম ওইনমক অনাল খুল্লেনদা লৈবা খুঞ্জাশিংগী খুদোংচাবা অমদি য়েক্নবনা মখোয়দা লান্দারকপদা তুরেলশিং, লোকশিং অমদি চীংশাংশিংনা ঙাকথোক্নবগী উপায় অমদি ওই। শেন্থুমগী লমদদি লম্বী-থোং ফত্তবনা মরম ওইদুনা য়াম্না খুদোংচাদে। উমংশিং, চীংশাংশিং, তুরেলনচিংবনা চহি চা কয়াগী মমাংদগী হৌদুনা মখোয়গী হিংননবগী উপায় ওইরক্লি। মখোয়গী পোত্থোকশিংবু মপান্দা থাদোক্নুনা ললোনপোৎশিং ওইহনবা ঙম্লবদি খুল অদুগী চাওখৎপা হায়বদু ওইগনি।

চান্দেল হেড কোর্টরদগী অনাল খুল্লেনদা চৎপা তারবদি মাইল তরামরিরোম চৎপা তাই অদুগা চকপীকারোংদগী চৎপা তারগনা কিলোমিটর তরানীথোইগুম্বনি। অনাল খুল্লেন হায়বা মফম অদু লাম্ছোং শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌবগী য়াম্না খুদোংচারবা মফম অমা ওইরম্মী। খুল অদুবু মহৌশাগী ওইবা ফুট কুনমুক থাবা খঙ্ তিংখংগী উরীশিংনা মরৈ মরৈ য়েৎশিল্লগা শেম্বা শম্বলনা লানবন শারগা নীংথিনা ঙাকশেল্লম্মী। শম্বল অসিগী মরক মরক্তা হূ য়াওবা তিংখং পাম্বীশিং অমদি শম্বকনচিংবা কয়া হৌই (হন্দক্তা লৌরকপা ফোটো হাপচরি)।

অকনবা অমদি অথাবা শম্বল অদু লৈরম্বদগী কুকি লালহৌবশিংনা অনাল খুল্লেনদা লান্দাবা ঙমখিদে। মতাং অসিদা য়াম্না নোক্নীংবা ৱারী অমা লৈ। লালহৌবশিং অদুগী মরক্তগী অমনা উমংদা মখোঙ হাম্লুরগা (মথী ফাইরুরগা) শম্বল অদুদা হৌবা শম্বক মনাশিং হেক্লগা মথী তৈথোকউবদগী মথা মথা পোম্লক্নুনা অনাবা ফাওরকখি। অদুদগীদি মহাক্না মহাক্না



মহৌশা লাইবেশ্বীনা শেম্বীবা অনাল খুল্লেনগী তিংখংগী উবীশিংনা শস্তক্কা লোযননা মবৈ মবৈ যেৎশিন্নবগা হৌবা লানবনগুম্লবা শম্বল



অনাল খুল্লেনগী উমংদা লৈহৌবা শন্দং মযাম মবক্তগী অমা



*নাকলঃ* অনাল খুল্লেনগী পম্ভোং মযাদা হৌবা *"ফলকুমপা"* *(অবুউং)* হাযনা কৌবা অমতা ঙাইহৌববা অনালগী অথৌবশিংনা যেক্লবশিং হাৎলগা মখোযগী মকোকশিংবু পুবক্লগা যান্নবম্না উপাম্বী।

*মখাঃ* হৌজিক হৌজিক্কী অনাল খুল্লেনগী খুল্লাকপা এসঃ টীঃ থুশেল অনালগা লোযননা অইবা (খুল্লাকপদুগী শুমাং)



*নাকলঃ* অপূনবগী শক্তমদা অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা শাবা নাৎকী জগোই (১৫/০১/২০০০ ইং)



*মখাঃ* চকপীকবোং অমসুং মনীংথংবদা উবিবা শল্লুক খুল



লাকমিন্নরকপা লালহৌবশিংদুগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রকখিঃ "ঐখোয়না মফম অসিদা লৈবা মীশিংবু জয় তৌবা ঙম্লরোই। মখোয়গী খুলগী উনা অমফাওবনা মখোয়গী মীচঙ চঙদুনা ঐবু অঙকপা ফংনা অনাবা ফাওহল্লি।" মহাক্কী ৱাদু তাবদগী লালহৌবশিংদু হনখি হায়নৈ।

অনাল খুল্লেনগী উমংশিংদি ঈশ্বরনা পীবিরকপা মহৌশাগী ওইবা ললনি। মনুং-মপান ফাওনা পাক উবা ঙমদবা উমংনা খুল অসিগী অকোয়বদা কোয়শিল্লি। মফম অসিদা লৈবা খুঞ্জাশিংনা প্রকৃতিগা য়াম্না নুংশিননা লৈমিন্নবগুম তৌই। খুল অদুদা অচৌবা উচান-পাম্বী, উনিংথৌ, লৈহাও, তাইরেল, শহিকুহি, উয়ুং, লী-পাম্বী, ৱা-পাম্বীনচিংবা য়াম্না মরাং কায়না হৌই। উমংশিং অদুগী মনুংদা শা অমসুং উচেক মখল ময়াম অমগী চঙজফম নত্রগা থূপফম ওইনরি। শজি, শওম, লমওক, শবৌ, লমহূই, কৈশালনচিংবা শাশিং লৈ। শন্দং ময়াম অমসু উমংদা থাদোক্কুনা লোইনরি **(ফোটো ছাপচরি)**। মমাংঙৈদদি অনাল খুল্লেনগী উমংশিংদা কবোকৈ য়াম্না লৈরম্মী হায়, অদুবু হৌজিক্তি কৈশিং অদু ইউ-উখিদ্রে। অহল খরনদি মমাংঙৈদা অনাল খুল্লেনদা শামুসু লৈরম্মী হায়রি।

মণিপুর ইতিহাসকী মতুংইন্না মীতৈ নিংথৌ চালাম্বনা (খৃঃ ১৫৪৫-১৫৬২) অনালগী লম্ফৌ খুলবু লৌশিনগে হায়দুনা লান্দাখি, অদুবু অনালশিংনা কন্না ঙাকথোকখিবদগী (থিংখিবদগী) লম অদুবু লৌশিনবা ঙমখিদে। খৃঃ ১৫৭০ দা মোংয়াম্বনা অনাল খুল্লেন অমসুং লম্ফৌ খুলবু মীতৈ নিংথৌগী মখাদা থমগে হায়দুনা মহাক্কী লাম্মীশিং থারম্মী, অদুবু মায়পাকপা ঙমখিদে। মীতৈ নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদদি অনাল খুল্লেনগী নিংথৌ প্রহ্লাংতে বুংয়ামপাবু হাংখি। মদুগী ৱারী অমা লৈ। খাগেম্বগা বুংয়ামপাগা য়াম্না নুংশিনবা মচিম্মনাও ওইরম্মী। নিংথৌ খাগেম্বনা শীজিন্নরম্বা ঈশিং থক্লবা পাত্র অমদি শীরম্বা লীকশিং অনাল খুল্লেনদগী ফংই। বুংয়ামপানা ময়াম্বনি, খাগেম্বনা মনাওনি। ময়াম্বনা চীংগী হাওর-হাওরবা পোখোকশিং পুরক্লগা মনাওদা অদুগা মনাওনা তমগী হাওর-হাওরবা চানবা পোখোকশিং

পুরক্লগা ময়াম্বদা নুংশিননা পীনরম্মী। লাইবকথীবনি চহি অমদি ময়াম্বা বুংয়ামপানা খুদোলপোৎ পীরক্তবদগী ময়াম্বা অদু করি তৌরবগে মশা নারবজাৎলা য়েংগে হায়দুনা মনাও খাগেম্বনা অনাল খুল্লেনদা লাকখি অদুগা মতৈমা ইবেম্মদা হংলকখি ঃ "ইতৈমা ইবেম্মা, য়াম্বুং নিংথৌ লৈতব্রা?" মহাক্কী ঈশৌ লাংগনবী মতৈমা অদুনা খুম্লকখি ঃ "শা-তানবা চৎখি, করিগীনো? খুদোলপোৎ পীরক্তে হায়দুনা খুদোলপোৎ থৌবা লাক্লিব্রা? নয়াম্বদু পাক হল্লক্লোই চৎখ্রো! নয়াম্বনা শাউরক্লবদি অফবা ওইবোই।" মীতৈ নিংথৌ খাগেম্বনা মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইতনা খুম্লকখি ঃ "চৎচরগে ইতৈমা! ঐবু লান্না লৌবিগনু। খুদোলপোৎ থৌবা লাকপা নৎচদে। য়াম্বুংবু মতম কুইনা উরক্তবদুদা য়াম্বুং মশা ঙমদ্রব্রা হংগে হায়দুনা লাকচবনি।" ব্রাহৈ খরদু হায়রম্লগা খাগেম্বনা মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইতনা শৃগুরোমদা হনখি।

মদুগী মতুংদা বুংয়ামপানা শা - তাল্লুবদগী য়াম্না ব্রানা ময়ুমদা হল্লকখি। মহাক্লা শা-তানবা চৎপদা ব্রারুবগী পোত্থাবফাওবা পোত্থাদ্রিঙৈদা মহাক্কী নুপীনা খাগেম্বা লাক্লম্বগী মরমদু শেরান-তুরান হায়জিল্লগা মপুরোইবা বুংয়ামপাবু য়াম্না শাথীনা শাউহনখি। হৌজিক অনাল নুপাশিংনা মাগী মাগী নুপী ব্রারকপদা বুংয়ামপাগী নুপী শাগনু হায়না হায়নরি। ওইদ-পাদবা ঙাক্তা ঙাঙবী অমদি ঈশৌ-লাংগনবী নুপীগী মব্রা লৌবদগী বুংয়ামপানা মনাওনুপা খাগেম্ববু হাৎকে হায়দুনা তান্নরকখি। চাইরেল খুল মনাক্তা লৈবা ইম্ফাল তুরেলদা খাগেম্বগী কাঙবুনা হি হোন্দুনা লাল্লিঙৈদা ঈশিং মনুংদা ঈরুপ্লগা তান্নরক্লিবা বুংয়ামপানা হিদুগী মনাক্তা মশম ইশাং-শাংনা ফুক-লাউনা ফাউগৎলকখি। হিংচাবা মশম শাংবা অমা ফাওগৎলক্লে হায়দুনা মহাকপু বুংয়ামপানি হায়বা খঙহৌদবদগী তুরেল অদুগী ঈয়ায়দা মশম অশাংবদু পায়রগা মঙক কক্তুনা হাৎখি। হৌজিকফাওবা মফম অদুবু **"নিংথৌ তাফম ঈরেল"** হায়না খঙনরি।

ময়াম্বা বুংয়ামপাগী অশিবা হকচাঙ অদুবু মোইরাংদা পুরগা লৈরোল চনখি। ব্রারী অমগী মতুংইন্না মহাক্কী মোংফম অদুদা ব্রা-পাম্বী হৌরকখি অদুগা

ৱা-পান্বী অদুনা ৱাংখৎলক্লবদি অনালশিংনা মোইরাং ফাওবা লম শন্দোক্লক্কনি হায়দুনা ৱা-পান্বী অদুগী ময়োল চোংখৎ-চোংখৎলকপদা ককথৎখি হায়।

বুংয়ামপাগী মচানুপা অমা মীতৈ কোনুংদা থারকউ নিংথৌ হাপ্পীগে হায়দুনা খাগেম্বনা মতৈমদা (বুংয়ামপাগী নুপীদা) হায়রকখি। মচানুপাদি পীক্লিবনিনা অমদি মীতৈ নিংথৌনা মচাবু হাৎপীখিগদ্রা কিবনিনা বুংয়ামপাগী নুপীনা মচানুপা থাখিদনা বিঃ এসঃ বুংসুউংগী মচানুপা মোতুনবু মচানুপানি হায়জিন্দুনা কোনুংদা থারকখি। মীতৈ নিংথৌনা মোতুনবু বুংয়ামপাগী মচামক্লি খন্দুনা নিংথৌ হাপ্লগা অনাল লৈবাকপু ঙাকহনখি। নিংথৌ মোতুনবু মহাক্কী খুঞ্জাশিংনা য়াম্না পেন্নরকখিদে। মহাক্কী মনাইশিংনা অনাল খুল্লেনগী য়ুমশিংদা চঙল-চঙলগা য়ু থক্তোকপীরম্মী অদুগা ওকনচিংবা য়ুমদা য়োকপা শাশিং অমসুং য়েনগুম্বা য়ুমদা য়োকপা উচেকশিংবু নিংথৌ মোতুননা চাও হায়বনি হায়রগা চাথোকপীখি। মোতুন নিংথৌনসু মহাক্কী মনাইশিংবু ৱারকপা ঙমখিদে। মহাক্কী মরমদা পেন্দবগী পেন্দবা ঙাক্তা ঙাইশিল্লক্তুনা খুঞ্জাশিংনা মহাকপু য়ু কাহেন্না পীথক্তুনা ঙাওহল্লগা হাৎখি। মতম অদুদগী "নিংথৌ" হায়বা ফম অসি পাম্নদবা হৌরকখি।

অনাল খুল্লেনদা হৌজিক য়ুম ৩৩ মুক্তা ঙাইশিল্লক্লে অদুগা মী মশীঙনা ৩৫০ রোমনি। অনাল খুল্লেনদা মুশুমগী পশেল অমসুং শেলতুন অদুগা মুচলগী হুতেন, হুলং, বুংশোং অমসুং জসা হায়বা য়ুম্নাক তরূক অসিনা নম্না লৈ। মুচল শাগৈগী য়ুম মশীঙনা মুশুম শাগৈগী য়ুম মশীঙদগী হেন্না লৈ। অনাল খুল্লেনগী মী পূম্নমক্লা য়াম্না হরাও-নুংঙাইনা, নুংশি-চান্ননা অমদি পীজ-পীথক ফনা লৈমিন্নৈ। ইমুং অমগী মপা, মমা, মচানুপা, মচানুপীনচিংবা পূম্নমক পূন্না লৈমিন্নৈ। মচানুপীগী নুপাসু চৎনবীগী মতুংইন্না চহি অহুম য়াওং ইন্দুনা লৈবদগী হেন্দোক্তুনা অদুম লৈথনবসু য়াওনৈ।

খুল অদুদা লৈবা মী পূম্নমক্লা অমগা অমগা য়াম্না ফজননা লৈমিন্নৈ, খৎন-চৈনবগা করিমতা তৌনদে। মখোয়গী য়ুমশিং অদুসু মমাংঙৈগী সমুদ্র মপান্দা খুন্দারিঙৈদা ঈশিং ঈচাউনা থূমগনি হায়দুনা ৱাংনা ৱাংনা উপাক্লা

কাংথক হাদুনা শাখিবগুম শানবা য়াওরি। য়ুমশিংদু উনা শাই অদুগা ইনা অয়াম্বা কূপ্নে। উপাক্লা ফক্লাং খাবা উপাক্লা ফ্লোর হাবা চৎনৈ। মীতৈগী য়ুমশিংনা নোংপোকলোমদা মমায় ওনবগুম মখোয়গী য়ুমশিংসু নোংপোকলোমদা মমায় ওল্লি। য়ুমশিং অদু পরেং পরেং নাইনা শাই। য়ুম-কৈ ব্রাই শীৎ নান্না শীত্তোক্তুনা থমনৈ। য়ুমগী মমাং থোঙজাওগী য়েৎ থংবদনা নুপামচাশিংগী তূম্ফমনি, অদুগা য়ুমদুগী মনীংলোমদনা নুপীমচাশিংনা তূম্মী। য়ুময়ায়দনা অতিথিশিংগী ফমফম অয়াম্বনা ওইনৈ।

অমাংশঙ, মপান্থোকফমনচিংবা কয়া শেম্মদে। কনাগুম্বা অমনা উমংদা নত্রগা মোংশোংদা চঙলগা মাংবদা (থী ফাইবদা) কনামতনা মহাকপু উবা ফংলোই অদুগা অমাংবা (থী) অদুসু ওকশিংনা লাক্লগা অদুম শেংদোকখিনি। য়ুমশিংগী মনাক্তা ব্রাংনা ব্রাংনা ফৌগৈশিং শানৈ। নুপীশিংনা য়ুমগী মাঙ্গোলদা নত্রগা য়ুম মনাক্তা শুম্বল থল্লগা ফৌ শুই। নুপীশিংনা খ্বাঙ্‌ফিশিং শাই। অনাল খুল্লেনদা লৈবা খুঞ্জাশিংনা যাম্না চম্বা পূম্সি অমা লেল্লগা নুংঙাইনা লৈ। মখোয়না অহেনবসু পাল্লুদে, কনাবুসু কল্লকউদে অদুনা ইপেন্দা পেন্দুনা লৈথোকপা ঙম্মি।

খৃষ্টিয়ান ধর্ম্মনা অনাল খুল্লেনদা লাকখিবা মতম কুইরে। ব্যাপটিষ্ট, ক্যাথোলিক অমসুং সেবেন ডেগী খৃষ্টিয়ান কাঙবু অহুম লৈরম্মী। হৌজিক্তি সেবেন ডেগী খৃষ্টিয়ান কাঙবু অদু লৈখিদবগুম তৌরে। খৃষ্টিয়ান নত্তবা হান্নগী মীবোল মথং মথং চৎনরক্লবা অনালগী ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগী মশীঙদি অসুম অসুম হন্থখিদুনা হৌজিক্তি মখোয়দুসু লৈতবগুম তৌখ্রে। ব্যাপটিষ্ট কাঙবুনা মীশীঙ হেন্না লৈ। অনাল খুল্লেনগী ঈরাৎ-থৌনি নত্রগা অতোপ্পা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থৌরম পূম্নমক খুল অদুগী পুরোহিত খোলপুউনা পাঙথোকই। তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা কাঙলুপশিং লৈজরবসু মখোয় মশেল অমগা অমগা মত তিন্ননা লৈমিন্নরম্মী। খুল অদুগী খোলপুউগা খৃষ্টিয়ানগী পাষ্টরগনা খুলগী ধর্ম্মগী থৌরমশিং পাঙথোকপদা মরুওইবা থৌদাং লৌমিন্নরম্মী। মশা মশাগী ধর্ম্মতবু কনখৎনীংদবা মতৌ অদুবু য়েংলুরগদি অনাল খুল্লেন অসি ধর্ম্মগী

লমদা ফিদম্নফম ওই। ভারত সরকারগী সেক্যুলর ষ্টেট হায়বা অদু মফম অসিদা লৈরে। মফম অসিদা মাগী মাগী ধর্ম্ম য়েংদনা মী পূম্নমক্না পূন্না চহি অমগী ওইবা হরাও-কুম্মে কয়া জগোই-ঈশৈগা লোয়ননা পাঙথোকমিন্নে।

অনাল খুল্লেন অসি চাওখৎপা ইয়া-য়াদনা অদুম লৈজরবসু মশাগী চাবা ওক্লবা লৈজবা খুল অমনি। প্রকৃতিনা লেম্না খুদোনপোৎ ওইনা মরাং কায়বা লম পীবিরি, উমংগী পোত্থোকশিংসু কাহেন্না লৈহল্লি, অদুগা হিংবগী থাকসু অদুক য়াম্না শাথীনা নেমহন্দে। খুল অসিগী ঙমখৈসু ঈশ্বরগী থৌজালদগী তুরেল, লোক, অমদি চীংশিংনা নীংথিনা য়াত্তুনা থম্বি। খুলগী স্কার মাইল অহুমরোমগী লমদা খুলগী ওইবা উয়োক থম্মি। খুলদুগী অঙম্বশিংনা উয়োক অদুবু ঙাক-শেল্লি। অঙম্বশিং অদুগী অযাবা লৌরগা করিগুম্বা মতমদা খুঞ্জাশিংনা মখোয় মখোয়গী য়ুমশিং শানবগীদমক্তদি উয়োক্তুদগী উ য়ানবা য়াই। অঙম্বশিং অদুনসু খুলগী চাওখৎ-থৌরাংশিংগীদমক্তা উয়োক অদুদগী উ য়াল্লগা য়োনবা য়াই। অদুবু লম্বী-থোংনা ফত্তবনিনা উমংগী পোত্থোকশিং অদুবু খুল অদুগী মপান্দা পুথোকখিবগী খুদোংচাবদি হৌজিকফাওবা নীংথিনা লৈত্রি।

খুঞ্জাশিং অদুনা লম হোংল-হোংলগা চীংলৌ উবগী নত্রগা ইংখোল কোইবগী থবক তৌই। উমংগী লমশিংবু চহি খুদিংগী ওইনা লম একর ৬০ রোমদি চীংলৌ উবগী অমসুং ইংখোল কোইবগী ওইনা শীজিন্নে। লম মরাংকায়না লৈবনিনা অনাল খুল্লেনগী খুঞ্জাশিংনা লমগী মরমদা অৱাবা করিমতা লৈতে। মখোয়না ফৌ, চুজাক, মুম, হৱাই-উরি, শিং, মাইরেল, থোইদিং, য়াইঙংনচিংবা থাই। মফম অদুদা লফোই অমসুং লমলক্তা পানবা হৈতৃপ মরাং কায়না ফংই। খুল অদুগী মীশিংগী চানবা মহয়-মরোংশিং ৱাত্তে। মফম অদুদা ঈশিংদি মরাংকায়না ফংদবনিনা চীংমায়দা ঈশিং পন্ননবা লৌরীশিং থম্লগা লৌ-উবদি য়াদে হায়না খুঞ্জাশিংনা হায়।

মমাংঙৈদদি অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা শা-তানবা চৎপদা শা য়াম্না ফানরম্মী। হৌজিক্তি শা ইফা-ফানদ্রে। নোংমৈ লৈবা মী খরনতা মতম

নুংঙাইনা লেনবা ওইনা শা-তানবা চৎপা নত্তনা চৎনদ্রে। শজিগা লমওক্কদি মরক মরক্তা ফাই। চকপী অমসুং তুইয়াং তুরেলশিংদা ঙা য়াম্না ফানরম্বা অদুসু হৌজিক্তি ঙা ফানবা তুরেন্দা হূ থাদনবদগী ঙা য়াম্না ফানখিদ্রে। মরম অদুনা ঙা-ফাবা মী তুরেন্দা ইচৎ-চৎনখিদ্রে। মখোয়না ওকশিং, শন্দংশিং, ইরোইশিং, য়েনবী-য়েনবাশিং য়োক্লরি। মখোয়না চানবা হামেংনচিংবশিংদি অতোপ্পা মফমশিংদগী লৈ।

অনাল খুল্লেনদা ফি শাবগী থবক অসি নুপীশিংনা তৌই। নুপীনা মহাক মশামক্কী, মমা-মপাগী অদুগা অতোপ্পা ইমুং-মনুংগী মীশিংগী ফিশিং শাই। অনালগী ফি (অনাল বু) মমিং য়াম্না চৎলি, ফজে। অনাল নুপীশিংনা মাঙ্গোলদা নত্রগা উপাম্বীশিংগী মরুমদা খ্বাঙ্ফি শাবা উরবদি পূক্লিং শুম্নত্তনীংঙাই লৈতে। মখোয়না শারিবা ফিশিং অদু মখোয়গী খুলদা লৈরিবা মীশিংনা শীজিন্নবা ঙাক্তা ওইনা তৌই।

খুল অদুগী ওইবা উ-শূবা মীশিং লৈজে, অদুবু খর হেন্না ফজবা উপু, টেবল, চৌকিনচিংবা চনবা তারবদি মীতৈগী উ-শূবা হৈবা মী কৌরগা শীজিন্নে। খুলদুগী মশাগী ওইবা য়োৎ-শূবা হৈবা মীশিংসু লৈজে। মখোয়না থাঙজৌ, থাঙশাং, মনা-মশীং-পাম্বীশিংগী মখোঙ শোম্নবা য়োৎপাক মচানচিংবা কয়াসু শাই। য়োৎ-শূবা হৈবা মীশিং অদুদি খুলগী মরুওইবা মীশিংনি। মখোয়না মরুওইনা লৌখোইবগী অমসুং শা-লালগী খুৎলায়শিং শাই। মখোয়গী কান্নবদু য়েংলগা মমাংঙৈদদি মখোয়বু খুলগী লৈবাক-শাসন তৌবদা য়াওহল্লম্মী। হৌজিক্তি মপান্দগী খুৎলায়শিং পুশিল্লক্লবনিনা মখোয়গী কান্নবগী থাক অদু হম্থক্লে। অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা লী অমসুং ৱানা শাবা ফজরবা মোড়া, ফক, পোলাংনচিংবা কয়া পুথোকই, অদুগা চান্দেল অমসুং চকপীকারোং কৈথেলশিংদা য়োল্লি।

অনাল খুল্লেনদা সরকারগী থবক তৌবা মী য়াম্না লৈতে। সরকারগী স্কুলগী ওজা মঙা/তরূকখক লৈ। অনাবা অমদি অশোক-অপন-নংলবা মীশিংবু সেবা তৌবীনবা নর্স খরসু লৈ। সিপাই ওইবা মীদি য়াম্মি। সিপাই

ওইখিবা মীশিংগী তলব ওইনা লাকপা পৈশা অদুনা খুলদুগী চাগাসু ওই। মখোয়না থা খুদিংগী লুপা লীশিং লীশিং খুল অদুদা থাজিল্লকই। শিক্ষাগী লমদা য়াম্না শোত্থনা লৈবনিনা অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা অচৌবা ফমশিং পায়বা ঙমদে। খুল অদুগী লোব্বার প্রাইমারি স্কুল অমা লৈ (ফোটো হাপচরি)। সরকারনা মতেং পীবা ঔকনাল (ঔকলু অনালখুল্লেন) কৌবা স্কুল অমসু অনাল খুল্লেনগা ঔকলুগা অনীগী মরক্তা লৈ। খুল অদুদা প্রাইমারি হেল্‌থ সেন্টর অমা লৈ। হেল্‌থ সেন্টর অদুনা ঔকলু, লমফৌচরুনচিংবা নক্লবা খুলশিংবু পুই, অদুগা সেন্টর অদুদা ফার্মসিষ্ট নত্তনা ডোক্টর অমফাওবা লৈতে।

অনাল খুল্লেনদা মাইবা অহে-অহেবা য়াম্না লৈরম্মী হায়। মখোয়না শাথী-শাথীরবা লায়নাশিংবু ফহল্লম্মী, অদুগা অনাবশিংবু শোয়দনা ফগনি নত্রগা শিগনি হায়বা ঙন্নম্মী হায়নসু হায়নৈ।

মণিপুর সরকারনা বিলেজ ওঠোরিটিগী আইন হৌদোকখিবদগী অনাল খুল্লেনসু য়াওনা অনাল খুল অয়াম্বগী লৈঙাক-শাসনগী থবক অসি তুমা-নাইবা পথাপ অমগী মখাদা লৈখ্রে। হান্নদগী মীরোল মথং মথং চংনরক্লবা লৈঙাক-শাসনগী পথাপ অদুগা সরকারনা নৌনা শেম্লকপা বিলেজ ওঠোরিটিগী পথাপ অদুগা অনীমক পূন্না চংমিন্নরে। হান্নদগী চংনরক্লবা লৈঙাক-শাসনগী মতুংইন্না অনাল খুল্লেনগী খুল্লাকপা, লুলাকপা, মন্ত্রি, সেনাপতি অমসুং মীতৈ লম্বু হায়বা ফম মঙাদুমক হৌজিকফাওবা লৈরি। খুল অসিগী নিংথৌনা খুল্লাকপা ওই। খুল্লাকপা অদুমক্তা মহাক্না পায়রিবা ফমদুদগী পোকপা হক অমা ওইনা বিলেজ ওঠোরিটিগী সভাপতি ওই; অদুগা সেনাপতি, লুলাকপা, মন্ত্রি অমসুং মীতৈ লম্বুনা মেম্বরশিং ওই।

অনাল খুল্লেনগী নিংথৌ নত্রগা খুল্লাকপা খনবদি ফম অদু থাদোক্লদৌরিবা মীশক অদুগী অয়াবা অমা লৌরগা মীয়াম্না য়ানবা নুপা অমা হেক্তা অনৌবা খুল্লাকপা ওইনা খল্লি। খুল্লাকপা অমসুং মহাক্কী মখাদা লৈবা ফম্নাইবশিংনা মখোয়না থবক তৌবগী তলব ওইনা করিমতা ফংদে। মখোয়না খুঞ্জাশিংগী সেবা তৌবনি খন্দুনা কখোকপগা লোয়ননা থবক তৌই। অনৌবা

বিলেজ ওঠোরিটিগী আইন মতুংইন্নদি মখোয়বু মীখল তৌরগা খনগদবনি। অদুবু হৌজিকফাওবদি অনাল খুল্লেনদা ভোট থাদনরগা খনবা মীখল তৌদ্রি। খুঞ্জাশিংদুনা হৌজিকফাওবা মীখল তৌবসি পামনদ্রি।

বিলেজ ওঠোরিটিনা খুল অদুগী লৈঙাক-শাসন তৌই। আইন-থুগায়রকপা মীশিংবু অনালগী হান্নদগী চৎনরক্লবা আইনদুগী মতুংইন্না দণ্ডি পী। লমগী খৎনবা, হুরানবগী থবক তৌবা, হাৎন-শুনবা, মতু-মরা লৈনবা মশেল হুবান-লমচৎ চৎনবা, নুপী খায়নবনচিংবগী বিচাব হান্নদগী চৎনরক্লবা আইনগী মতুংইন্না তৌই। যুমগী খাজনাসু যুমকোক অমমমদগী লুপা তরূক তরূক লৌরগা সরকারদা কাই। লম্বী-থোংনচিংবা চাওখৎনবগী থবকসু তৌই। খুলগী লমদি খুলগী অপূনবা লম অমা ওইনা লৈবা মরমনা খুলগী অহল্লম্মনশিংনা লৌ-উনবগী লমশিং য়েস্থোক-য়েঙ্গিনগী থবক তৌই, অদুগা উমংগী পোৎশিং শীজিন্নবগী থৌওংশিংবু য়েংশিল্লি। অনাল খুল্লেনদি শান্তিগী ফীভম করিমতা কায়দনা হৌজিক লৈরি। লমগী খৎনবা, মীহাৎ-মীপূন, হুরান-চীনথী, মতু-মরা লৈবা মশেল ঙাঙনবা, খুল অমগা খুল অমগা খৎনবগী থৌদোকশিং অমতা লৈতে; অদুবু নুপী খায়নবগী থৌদোক্তি করিগুম্বা মতমদা তঙাইফদবা অমগা য়াওরকই।

অনাল খুল্লেনদা হৌজিক হৌজিক অনাল খুল্লেন য়ুথ ক্লব হায়বা অমগা অনাল খুল্লেন ব্রিমিন সোসাইটি হায়বা অমগা প্রতিস্থান অনীখক লৈ। য়ুথ ক্লব অদুগী নুপা ১৫ নুপী ১৫ পূন্না মেম্বর ৩০ লৈ। ক্লব অদুনা সমাজগী সেবা ওইবা থবক কয়া তৌই, অদুগা পাখণ্ড-লৈশাশিংগী সংস্কৃতিগী থৌরমশিং পাঙথোকপগীসু থৌদাং য়াম্না চাউনা লৌই। ব্রিমিন সোসাইটি অদুগীনা নুপী মেম্বর ৪০ লৈ। মখোয়দি য়াম্না থৌনা ফবী নুপী ঙাক্তনি।

অনাল খুল্লেনগী এইচঃ টীঃ ৵থুঙম অনাল হায়বা শক্লাইবা নুপা অদু অনাল মরক্তগী অহানবা বিঃ এঃ পাশ তৌখিবা অমদি মণিপুর সরকারগী মতম শাংনা মন্ত্রি ওইখিবা মীশক অমনি। মহাক্তী য়াম্না পীজ-পীথক ফবা অমদি সমাজগী কান্ননবা থবক তৌরম্বা সমাজ সেবক অমা ওইখি। চান্দেলদা চান্দেল



অনাল খুল্লেনগী অমখক্তা ঙাইরবা এলঃ পিঃ স্কুল



অনাল খুল্লেনগী অমখক্তা ঙাইরবা ঈশিং ফংফম পূখ্রী (গুহা)

জিলাগী হেড কোর্টর পুরকখিবদা মহাক্লা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মহাকমক লৈরমদ্রবদি চান্দেলদা জিলাগী হেড কোর্টর ওইরল্লোই হায়নৈ।

লশ্বী-থোং খুদোংচাদবা অসিনা অনাল খুল্লেনগী খ্বাইদগী লাইবকথীবা হায়বদু ওইরি। অনাল খুল্লেনগা চান্দেলগা অমদি চকপীকারোংগা শম্নরিবা লশ্বীশিং অদু য়াম্না ফত্তে। অনাল খুল্লেনদগী মফম অতৈদা পোৎচৈ পুথোক্লবা অমদি মফম অতৈদগী অনাল খুল্লেনদা পোৎচৈ পুশিল্লক্লবা চকপী তুরেল মথক্তা থোংশিং নীংথিনা শাবা দরকার ওই। হৌজিক হৌজিক লৈরিবা থোং-অহাইবী অসিসু য়াম্না খুদোংথীনঙাই ওইরি। খোঙনা তুরেল লান্দুনা চৎনবফাওবা য়াওই। নোংজুথাদদি অঙকপা ফংনা ৱানৈ।

অনাল খুল্লেনদা থক্লবা ঈশিং মরাং কায়না লৈতে। গুহা ওই নত্রগা পুখ্রিমচা ওই তৌবা অমখক (ফোটো হাপচরি) লৈবদুনদি খুলদুগী মতীকচাবা ওইদে। মরম অদুনা মফম অদুদা থক্লবা ঈশিং নীংথিনা ফংহনবা দরকার ওই। মফম অদু শিক্ষাগী লমদসু য়াম্না শোত্থনা লৈরি। মদুগী সমস্যা অদু কোক্ল নবা ঔকনাল স্কুল অদুবু হায় স্কুলগী থাক ফাওবদা তোপ্তোপ্না মখল অমগী ওইনা পুখৎপীরবদি য়াম্না ফগনি। মদুনা অনাল খুল্লেন, ঔকলু, ফীরাল খুল্লেন, ফীরাল লৈহাও, ফীরাল মচেৎ অমদি লমফৌ চরু হায়বা খুল তরূক অদুগী অঙাংশিংদা খর হেন্না ৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্বগী খুদোংচাবা পীগনি।

অনাল খুল্লেনগী খুঞ্জাশিংনা খুদোংচাবা য়েংদুনা অতোপ্পা খুলশিংদা নত্রগা লমশিংদা য়াম্না হোংদোক্লখ্রে। চীংদা পোখোক য়াম্না হন্থবা লৌ-মউ অমা উগদবগী শরূকপুদি ঈশিং মরাংকায়না ফংবা মফমদা লৌ উজরুগে হায়দুনা লম হোংখিবসু ময়াওই। মখোয়না শিক্ষাগী, শেল-থুমগী অদুগা অতোপ্পা হীরম কয়াগী ফীভম ফগৎনবা হায়দুনা মফম চাবা মফমশিংদা হোংখিবা মরমনা অনাল খুল্লেনগী মী মশীঙ অসুম অসুম হন্থরক্লি। মী লৈরম্বা মফমশিং অদুবু ইহাং-হাংনা লৈবা উবদা ঐখোয়গী পূক্লিংদা নুংঙাইতবা অমা ফাওরকখি।

অনাল খুল্লেন য়ৌবগী লশ্বী-থোং অদু য়াম্না ফত্তবা মরমনা লম অদুদা উমংশিংগী পোখোকশিং অমদি অতোপ্পা খুদোংচাবা কয়া অমা লৈজরবসু

শেল-থুমগী ফীভম হেন্না ফগৎহনবা ঙমদে। উমংগী পাকচাউরবা লম অদুবু পৈশা ফংননবগী লমদা নীংথিজনা শীজিন্নরবদি য়াম্না কান্নগনি। চীংদা থাবা নত্রগা হৌবা পাম্বীশিংগী মহয়-মরোং ময়াম অমা লোকচরবসু অনকপদা য়োনফম লৈতবনিনা অরেম্বদা হুন্দোকনৈ। মণিপুর সরকারনা অনাল খুল্লেনদা মতেং অমদি ব্যেঙ্কতগী পৈশা পুবগী খুদোংচাবা পীবিদুনা খুল অদুগী চাওখৎ-থৌরাং কয়া পায়খৎপীহৌবা চুমগনি, নত্রবদি ফজগ্নবা, নুংশিগ্নবা অমদি ইতিহাসকী মরুওইরবা অনাল খুল্লেন হায়বা লমলেন অসি মাঙখিবা য়াবগী চিংনবা লৈ।

## তাঙ্কক তরূক

# চান্দেল

"**চান্দেল**" হায়বা মিংসি করম্মা কৌখিবনো হায়বদুগী মরমদু ঐখোয়না খঙবা পাম্নরিবনি। চান্দেল হায়বা অসি মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট অমগী মমিংনি হায়বফাওবদি ঐখোয়না খঙলে। হৌজিক হৌজিক চান্দেল ডিষ্ট্রিক্ট হেড কোর্টর ওইরিবা লমদম অসিবু "**চান্দেল**" হায়না কৌখিবগী ৱারী অমা লৈ ঃ অনালশিংগী অরিবা খুল অমা ওইরিবা অনাল খুল্লেন্দা "**শূংতুন**" হায়না কৌবা নুপা অমগী "**শূংহে**" হায়না কৌবা জসা শাগৈগী পাখঙ অমা লৈরম্মী। শূংহেগী থোইদোক হেন্দোক্লা মশক মতৌ ফজরবী অদুগা মরোলদি থোক্তবী মচননুপী অমা লৈরম্মী। মখোয় মবুং-মচন অনীনা নুপা-নুপীগী মরী লোন্না থম্নরকপদগী মমৈথংদা মচননুপী অদু মীরোল্লকখি।

মতম কুইনা অরোনবা অদুবু লোত্তুনা থম্বা য়ারকখিদে। অনাল খুল্লেনগী ফম্নাইবশিংনা মীরোনবী মচননুপী অদুগী পূক্নুংদা লৈরিবা অঙাং অদুগী মপা কনানো হায়না থিবা হৌরকখি। মচননুপী মরোল থোক্তবী অদুদা ৱাহং-পাওহংবদসু করিমতা খঙবা ঙমখিদে। মরম অদুনা শূংহেগী মীরোল্লিবী মচননুপী অদুবু লৌবা য়াবা মুশুম শাগৈগী পাখঙশিংবু মখোয় খুদিংগী ফৈগল

অনীদা শূক অনীনা চপ্ল-চপ্লগা ব্বা হংলম্মী। মদুদা মরাল লৈবা নুপা অমতা পুথোকপা ঙমখিদে। মচননুপী অদুগা লৌন-লৈনবা য়াদবা মুচল শাগৈগী পাখঙশিংবু অমুক শূক অনীনা ফৈগলশিংদা চপ্ল-চপ্লগা ব্বা হংবদসু মরাল লৈবা নুপা অদু পুথোকপা ঙমখিদে।

শূংহ্নেগী মপা শূংতুনদি ঈকাইবনা মপানফাওবা থোকপা ঙমখিদে। মমৈথংদা মহাক্লা পান মতূম অমা পুথোক্লগা মচেৎ মঙা থোক্লা থাংনা খায়দোক্লুনা মহাক্কী মচানুপা মঙাগী মহুৎ ওইনা লৈমায়দা পরেং শানা মোতেগী, কোপুগী, বেপুগী (শূংহ্নে), অংপুগী অমদি থুম্পাগী হায়দুনা মথং মনাও নাইরগা থল্লম্মী, অদুগা মহাক্লা মহাক্কী মরোল থোক্কবা মচানুপী অদুদা পান মচেৎ মঙা অদু মচানুপাশিংগী মহুৎশিংনি হায়না খুদোনবীনা থিন্দুনা তাক্লম্মী। শূংহ্নেদি মহাক্কী অহুমশুবা মচানুপা ওইবনিনা য়েৎলোমদগীবু ওইরো ওইরোমদগীবু ওইরো পান মচেৎ মঙাদু মথং মনাও নাইনা মশীঙ থীরকপদা অহুমশুবদা হায়বদি ময়ায়দা লৈরম্মী। শূংহ্নেগী মপানা মচানুপীদা য়াম্না শাউনা হায়রকখিঃ "হে ওক্কবী! নহাক পোকপদগী ঐখোয়গী শাগৈসি চেন্থরে। করম্বা ইচানুপানা নহাকপু মীরোলহনখিবনো হায়য়ু। পান মচেৎ মঙাসিগী মনুংদগী করম্বনো হায়বদু খুদোনবীনা থিল্লগা তাকউ; তাক্কবদি নহাকপু হাত্তোক্কনি।" মবোল থোক্কবী মচানুপী অদুনা কপ্ল-কপ্লগা য়াম্না ঈকাইনা অমদি কিনা শূংহ্নেগী মহুৎ শীল্লিবা পান মচেৎ অদুদা খুদোনবীনা থিন্দুনা তাকখি।

মচানুপা শূংহ্নেগী মরাল অদু খঙলক্লবা মতুংদা মপা শূংতুন্না অঙম-অথৌশিংদা মচানুপা অমসুং মচানুপীগী মরাল অদুবু খঙহল্লম্মী। শূংহ্নেগী খুদৈ অমসুং মহাক্কী মচানুপীগী ফনেক, অদুগা শূংহ্নেগী ওক অমগা মচননুপীগী হূই অমগসু নোংচুপথংবা খুলগী পম্বোং ব্বাংমদা পুথোক্লগা খুলগী মাইবা, মাইবী অমদি অঙম-অথৌশিংনা ঈরাৎ-পূজা তৌরগা অদুগুম্বা থৌদোক অদু অমুক হন্না খুল অদুদা থোরক্কনবা মৈ থারম্মী। মৈগী যজ্ঞদু লোইরগা যজ্ঞগী লেমহৌবা পোৎলম খুদিংমক পম্বোংগী মনুংদা হায়বদি খুল



জসা ৺চান্দেল অনাল {(খ) খৃঃ ১৮৩২ - (খ) ১৮৮১}গী
নুঙনা শাবা মূৰ্ত্তি



জসা চান্দেলনা লৈখিদ্রবা মতুং চহি অমা ফাবকপগী *অথোতোন (ফিবোই)* পাঙথোকখিবা
মফম "ফাবোক" লমপাক্কী হৌজিক ওইবিবা শক্তম



মতমদুগী চান্দেল খুনফম ব্রাংমদা লৈবা ফাবোক লমপাক চৎনবগী অমতা ঙাইববা লোক্কী মথক্তা উপাক্লা শারমখিবা থোংদুগী মহুত্তা খবা চৎখৎলগা নৌনা শাখিবা থোং।



*মথকঃ* চান্দেলনা কংবোদগী পুবকপা খকুং, মহাক্না শীজিন্নবম্বা পোখম, তেঙ্গোৎ, খুজাই, থাং, পীনঠা অমদি মহাবাজ চন্দ্রকর্ত্তিনা পীবিখিবা খামেন চৎপা ফি



*নকালঃ* চান্দেলগী শেম্বুংবু চান্দেল খুল্লেনগী খুল্লাকপা পশেল মোথা অনালনা শেন্নবি।

মনুংদা পুশিনহনখিদে। শূংহেবু অনাল লৈবা খুলশিংদা লৈবা য়ারোই হায়দুনা তাম্থোকখি। মহাক্লা কবোরোমদা চৎলগা পিনশাদা লৈখি। মহাক্কী মচননুপীনা মীরোল্লিবা মচা অদুদি মখোয়গী ময়ুমদা পোকহনখিদে। খুলগী নোংচুপথংবা পম্থোংগী ব্রাংমদা পুথোক্লগা মহাক্কী মচা অদু পোকহনখি। অঙাং অদুবু হেক পোকপগা নাওফমনা মচিন অমসুং মনাতোল মেনশিন্দুনা সোর ফুলহল্লগা হাত্তোকখি। অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা তৌখ্রিবা পূন্নমক অদু খুল অদুগী তুংদা য়াইফনবগীদমক্তা তৌখিবা ঙাক্তনি।

শূংহেদি করিনুংগী পাপ অদু তৌরুরবনো খন্দুনা অনুতাপকী মৈচাক খাঙলগা কবোদা হায়বদি পিনশাদা লৈখি। অনুতাপকী অশেঙবা চৈথেং অদু ফংদুনা মহাক্লা অশেঙবা পূন্সি মখল অমা লেনবা হৌখি। মহাক্লা কবোদা নুপী অমা থিরগা অব্রাৎ-অপা করিমতা লৈতনা পানখি। মতমগী মতুংইন্না মহাক্কী মশক মতৌ ফজরবা মচানুপা অমা খৃঃ ১৮৩২ গী অদুব্রাইদা পোকখি। মচানুপা অদুগী মমিং **"চামদীল"** হায়না থোনখি। মিং অমা থোনবা হায়বা অসি মিং অদুগী অর্থ অমা লৈনৈ। অনাল লোলদা **"চাম"** হায়বদি মীনা চৈবা অমদি থীনা ঙাঙনবদা পূক্লিং ওল্লাং-ওনশাউবা অদুগা **"দীল"** হায়বনা পূক্লিংগী অব্রাবা চৈনাবু খাঙবা হায়বনি। মহাক্লা মচন-নুপীগা লৈনহৈদবা মরী অদু লৈনরুবদগী থোরকপা পূক্লিংগী অব্রাবা অদুবু পুরগা খাঙদুনা লৈরিঙৈদা পোকখিবা মচানুপানি হায়দুনা মচানুপাবু **"চামদীল"** হায়না থোনখিবনি। অনালগী অহল খরনা লীবা ব্রারী অমনদি চামদীল হায়বা নুপা অসি অনাল খুল্লেন্দা পোকখিবনি, মহাক্লা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংগদবগী চা ফুৎখ্রবা নুপী অমা চেল্লুবগী মহাকপু অনাল খুলশিংদা লৈবা য়ারোই হায়দুনা তাম্থোকখিবনি অদুগা মহাক্লা কবোগী পিনশাদা লৈখিবনি হায়নবসু য়াওই। মসিগী ব্রারী অসিনা অচুম্বা অমা ওইরবদি মহাকপু চান্দেল খুলগী অহানবা খুল্লাকপা ওইহনখিবসি মরম চাদে; মরমদি অনাল সমাজগী চৎনবী মতুংইন্না মরাল লৈরবা মী অমবু খুল্লাকপা হাপ্পা য়াদে। মরম অদুদগী অহানবা ব্রারী অদুনা অচুম্বা ওইরমগনি হায়না থাজে।

Bungyem Yām Bungyem Yām, Lupa Bungyem Yām
Maharaj Kunung oh Lupa Bungyem Yām

"মহাবাজগী কোনুংদো সনানা লৈবুং শানা পূমচোল চোলনা লৈদো।
মহাবাজগী কোনুংদো লুপানা লৈবুং শানা পূমচোল চোলনা লৈদো।"

মসিগী ঈশৈ অসি অনালশিংনা ফমচাক খাংবা মতমদা হৌজিকফাওবা শক্লুরি।

চান্দেলদি মীতৈ নিংথৌনা য়াবা মতীকচাবা খুল্লাকপা অমা ওইখি। মহাক্লা খামেন-চংপা ফিসু মীতৈ নিংথৌদগী ফংখি। অনালনা তম্পাক্তা লৌ-উবগী থবক তৌখিবদুসু চান্দেলনা হৌদোকখিবনি। মহাক্লা উমং ওইরম্বা মহা-লমবু ফজরবা খুল অমা ওইনা শেমখি। মহাক্তী মতম শাংনা পূম্নিবমখিদে। লাইজাও থোকপগী লাইচংনা নারগা খৃঃ ১৮৮১ গী অদুৱাইদা শিখি। লাইচংনা নারগা শিবদি লমশিগা মান্ননা অনালশিংনা লৌনবম্মী। চান্দেলদি লাইথোকপা লাইচত্তা শিখিবা মরমনা অদুগুম্বা লাইচংকী লাযনা অদু চান্দেল খুলদা অমুক হন্না থোবক্তনবা হায়দুনা মহাক্কী শিবগী থৌবম অদু চান্দেল খুলদা পাঙথোকখিদে। অদুবু মহাক্কী শিবগী অহানবা কুমওনগী "অথোতোন" দি (ফিবোইদি) হৌজিক্কী ডীঃ আইঃ সিঃ ওফিস মনাক্তা লৈবা লোক মথক্তা উপাক্কী থোং অচৌবা অমা ফজনা শাবগা লাম্থোক্লুনা ফাবোক হায়বা মফম অদুদা মহাক্কী ঈমুং-মনুংনা য়াম্না নীংথিনা পাঙথোকখি। (লোক অদুগী মথক্তা উপাক্লা শাবম্বা থোংদুগী মহুত্তা খর চংখংলগা নৌনা শাখিবা থোং অমসুং ফাবোক লমপাক্কী ফোটোশিং হাপচরি)।

চান্দেলগী কোৱোল কৌবা মচানুপা অমা থম্লম্মী। কোৱোলনা বেনুং হায়বা অমগা থুমৱোল হায়বা অমগা মচানুপা অনী অমসুং বোংটিং কৌবী মচানুপী অমগা পোকখি। মচানুপী অদুদি চহি য়াম্না পূম্নিখি হায়নৈ। বেনুংদি মচা অমতা থম্লমদবমখৈ মনুং মতম চাদনা শিখি; অদুগা থুমৱোলদি মহাক্কী অহানবা নুপী থুমবে লৌবগা মচা তব্দক পোকখি। মখোয অদুদিঃ



*(ওয়রোমদগী)* ১. জসা তোহনেম, ২. জসা শাঙশুল, ৩. জসা থুমবোল, ৪. জসা মিংখেল, ৫. জসা উংখুনিং, ৬. জসা ওংবী থুমবেগা লোয়ননা মচানুপা ৭. জসা শেহুং



*(ওয়রোমদগী)* ১. জসা তোহনেম, ২. জসা শাঙশুল, ৩. জসা উংখুনিং অমসুং জসা ৺মিংখেল (ইসেট)



*(ওযবোমদগী)* ১. জসা বীনা, ১. জসা থুমদীল, ৩. জসা যামবোল,
৪. জসা খিব্রোল (খ্বাইগী মচে অহল) ৫. মখোযগী মমা আবঃ এনঃ জিঃ ৺পেয্যাং
(ইনসেট) অমসংু ৬. জসা ঁঅবদুল (ইনসেট)



*(ওয়বোমদগী অফম্বা)* ১. অইবা অমসুং ২. নুঙফুবাগী খুল্লাকপা বিঃ ডীঃ শেম্মি অনাল
*(ওয়বোমদগী অবেম্বা)* ১. বিঃ এসঃ হ্বীংচুন, ২. মোমো অকোইজমগা লোযননা
৩. বিঃ এসঃ তোহ্নিং অমসুং ৪. বিঃ এসঃ লীবর্সন (ইনসেট)

১) জসা মিংখেল অনাল (মচানুপীনি শিগ্রে),

২) জসা তোহ্নেম অনাল (মচানুপী),

৩) জসা শাঙশুল অনাল (মচানুপী),

৪) জসা উংখুনিং অনাল (মচানুপা),

৫) জসা শেহ্লুং অনাল (মচানুপানি শিগ্রে),

৬) জসা পেনু অনাল (মচানুপীনি শিগ্রে)।

(ফোটো হাপচরি)

থুমব্রোলনা মহাক্কী নুপী অহল শিখ্রবা মতুংদা লুখ্রাবী আবঃ এনঃ জিঃ পেয়্যাং লৌবগা মচা মঙা অমুক পোকখি। মখোয় অদুদি ঃ

১) জসা খিব্রোল অনাল (মচানুপী অহল),

২) জসা য়াম্ব্রোল অনাল (মচানুপা),

৩) জসা থুমধীল অনাল (মচানুপা),

৪) জসা বিনা অনাল (মচানুপী),

৫) জসা অব্দুল অনাল (মচানুপানি শিগ্রে)। (ফোটো হাপচরি)

আরঃ এনঃ জিঃ পেয়্যাংনা লুখ্রাবী ওইদ্রিঙৈদা মচা অহুম পোকখি। মখোয় অদুদি ঃ

১) বিঃ এসঃ হ্নীংচুন অনাল (মচানুপী),

২) বিঃ এসঃ তোহ্নিং অনাল (মচানুপী),

৩) বিঃ এসঃ লীবর্সন অনাল (মচানুপা)।

(অইবগা নম্মিন্নবা ফোটো হাপচরি)

চান্দেলদা ডিষ্ট্রিক্ট হেড কোর্টর লৈখিবদগী স্কার কিলোমিটর ৩৩৭৫গী লম ওইবা মী মশীঙনা ১,১৮,০০০ দগী হেন্না লৈবা (নুপানা ৫৯, ৫০০, নুপীনা ৫৮,৫০০ দগী হেন্না লৈবা) ডিষ্ট্রিক্ট অসিগী মমিংসু চান্দেল ডিষ্ট্রিক্ট

হায়না কৌখি। হেড কোর্টর ওইবা লম লমদুগী মমিং লৌরগা ডিষ্ট্রিক্টকী মমিং থোন্নে। খুদম ওইনা থৌবাল ডিষ্ট্রিক্ট, চুরাচান্দপুর ডিষ্ট্রিক্ট, উখ্রুল ডিষ্ট্রিক্টনচিংবশিং অসি ডিষ্ট্রিক্ট হেড কোর্টর লৈফম লৈফমদুগী মমিং লৌরগা অর্থ লৈনা থোনখিবা ঙাক্তনি।

চান্দেল খৃষ্টিয়ান অমদি হ্নাথম্নচিংবা খুল অনৌ-অনৌবা থোরক্লিঙৈগী মমাংদা চান্দেল খুলগী মথং মনাও ওইনা ওইরমখিবা খুল্লাকপশিং ঃ

১) জসা চান্দেল অনাল,

২) জসা হুংখেল অনাল,

৩) পশেল শেলশুং অনাল,

৪) জসা খেলশুং অনাল,

৫) জসা কোব্রোল অনাল,

৬) হ্নতেন দারটিং অনাল,

৭) শেলটুন মোব্রোল অনাল,

৮) শেলটুন মোশোন অনাল,

৯) পশেল মোলহো অনাল।

হৌজিক্তি চান্দেলদগী চান্দেল পনবা খুল মরি থোক্লুনা লৈরে। মখোয় অদুদিঃ

১) চান্দেল খুল্লেন,

২) চান্দেল খৃষ্টিয়ান,

৩) চান্দেল হ্নাথম,

৪) চামদীল খুবুল।

চান্দেলনা লম পীরগা অনৌবা খুলশিং চান্দেলদা শেমখিবসু হৌজিক লৈরে।

# 1. CHANDEL KHULLEN VILLAGE

a) **Number of houses :** 22 houses

b) **Total Population :**

| | |
|---|---|
| Male | – 52 |
| Female | – 69 |
| **Total** | **– 121** |

c) **Number of Government employees :**

| | |
|---|---|
| Male | – 7 |
| Female | – 7 |
| **Total** | **– 14** |

d) **Number of persons in the army : 5**

e) **Land ownership :** Patta land.

f) **Animal husbandry :**

i) Buffalloes – 10
ii) Pigs – 20
iii) Poultry – 300
iv) Cats – 10

g) **Agricultural products :**

i) Maize – 10 quintals a year,
ii) Soyabean – 5 quintals a year,
iii) Pumpkin – 50 quintals a year,
iv) Paddy – 200 quintals a year
v) Sesame – 10 quintals a year

h) **Weaving :**

i) Shawls – 250 produced in a year.
ii) Phaneks – 300 produced in a year.

i) **Name of largely grown trees :**

i) Pine trees, (ii) Uyung etc.

j) **Village Administration :**

| Sl. No. | Name and age | Qualification | Office held |
|---|---|---|---|
| 1. | PS. Motha Anal (65) | Class V | Khullakpa |
| 2. | TS. Angthung Anal (63) | Class VII | Lulakpa |
| 3. | PS. Shelhung Anal (60) | Class X | Mantri/Secy. |
| 4. | PS. Bechung Anal (63) | Class VIII | Meitei Lambu |
| 5. | PS. Wolhnem Anal (62) | Class X | Senapati |

k) **Other organisations :**

i) Women Soceity under Regd. No. 6/SR/WS/91-CDL.
ii) Youth Club under Regd. No. 46/1992

L) **Liquor addicts are liable to a fine of Rs. 500/-**

## 2. CHANDEL CHRISTIAN VILLAGE

a) **Number of houses :** 92 houses

b) **Total Population :**

| | |
|---|---|
| Male | – 222 |
| Female | – 263 |
| **Total** | **– 485** |

c) **Number of Government employees** :

| | |
|---|---|
| Male | – 38 |
| Female | – 13 |
| **Total** | **– 51** |

d) **Number of persons in the army :** 16 persons.

e) **Land ownership :** Patta land.

f) **Animal husbandry :**

i) Buffalloes – 5
ii) Pigs – 10
iii) Oxen – 14 pairs
iv) Cows – 85
v) Poultry – 150
vi) Cats – 18

g) **Agricultural products :**

i) Maize – 20 quintals a year,
ii) Soyabean – 200 tins a year,
iii) Pumpkin – 1000 in number a year,
iv) Paddy – 12000 tins a year
v) Sesame – 40 tins a year

h) **Village Adminstration :**

| Sl. No. | Name and age | Qualification | Office held |
|---|---|---|---|
| 1. | ST. Thungthu Anal (60) | Class X | Khuruwng |
| 2. | L. Rockson Anal (52) | B.A. | Tangsel |
| 3. | TS. Thurhning Anal (52) | Class X | Miruwng |
| 4. | LK. Kone Anal (54) | Class VI | Donruwng |
| 5. | JS. Thumung Anal (56) | Class VIII | Minruwng |
| 6. | SR. Chandrasing Anal (50) | Class X | Pāmruwng |
| 7. | L. Sunghring Anal (48) | Class VIII | Dyruwng |

i) **Name of the Largely grown tress :**

i) Pine trees, (ii) Uyung etc.

i) **Medical facilities :** Chandel District Hospital

k) **Weaving :**

i) Shawls – 400 pieces in a year.
ii) Phaneks – 420 pieces in a year.

l) **Other organisations :**

i) Women Society under Regd. No. 1643 of 1975.
ii) Youth Club under Regd. No. 159 of 1990.

m) **Liquor addicts are fined for controlling them.**

## 3. CHANDEL HNATHAM VILLAGE

a) **Number of houses :** 57 houses

b) **Total Population :**

| | |
|---|---|
| Male | – 158 |
| Female | – 189 |
| **Total** | **– 347** |

c) **Number of Government employees** :

| | |
|---|---|
| Male | – 16 |
| Female | – 15 |
| **Total** | **– 31** |

d) **Number of persons in the army :** 6 in number including 1 (one) Lt. Col. KL. Bhim Anal in the national army (ফোটো হাপচরি) .

e) **Name of School :** Hnatham L.P. School having 4 teachers and 50 students.

f) **Land ownership :** Patta land



*মথক ঃ* হ্নাথমগী লেফটেন্যান্ট কর্ণেল কেঃ এলঃ ভীম অনাল



*মযায ঃ* চান্দেল খুল্লেনগী পীঃ এসঃ চুমহ্নিংনা পোকচবী মণিপুবগী চীংমী নুপীশিংগী খ্বাইদগী অহানবা পুলিস ওফিসাব ওইবগ্নী পীঃ এসঃ পেকঙ অনাল।



*মখাঃ* হ্নাথমগী জসা অবদুল (এক্স- ইউঃ জিঃ লুচিংবা)

g) **Name of the office in the village :** Office of the Chief Medical Officer, Chandel District.

h) **Animal husbandry :**

| | | |
|---|---|---|
| i) Buffalloes | – | 3 |
| ii) Pigs | – | 15 |
| iii) Oxen | – | 20 |
| iv) Cows | – | 60 |
| v) Poultry | – | 50 |
| vi) Cats | – | 20 |

i) **Agricultural products :**

| | | |
|---|---|---|
| i) Maize | – | 50 quintals a year, |
| ii) Soyabean | – | 10 tins a year, |
| iii) Pumpkin | – | 700 in a year, |
| iv) Paddy | – | 10,000 tins a year |
| v) Sesame | – | 40 tins a year |

j) **Weaving :**

i) 300 shawls produced in a year.
ii) 350 Phaneks produced in a year.

k) **Name of the largely grown trees :**

i) Pine trees, (ii) Uyung etc.

l) **Medical facilities :** Chandel District Hospital.

m) **Village Adminstration :**

| Sl. No. | Name and age | Qualification | Office held |
|---|---|---|---|
| 1. | Samuel Khumlo Anal (52) | B.A. | Khuruwng |
| 2. | LK. Bungjam Anal (48) | B.A. | Miruwng |
| 3. | WL. Kolum Anal (52) | Class VIII | Pa̋mruwng |
| 4. | Ng. Kumar Anal (52) | Class X | Donruwng |
| 5. | KL. Kesho Anal (51) | Class VIII | Duruwng Plus Tangsel. |

n) **Other organisations :**

One Regd. women society.

o) **Liquor addicts are punished for their finable offences.**

## 4. CHAMDIL KHUBUL VILLAGE

a) **Number of houses :** 26 houses

b) **Total Population :**

| | | |
|---|---|---|
| Male | – | 36 |
| Female | – | 40 |
| **Total** | **–** | **76** |

c) **Number of Government employees :**

| | | |
|---|---|---|
| Male | – | 1 |
| Female | – | 5 |
| **Total** | **–** | **6** |

d) **Number of persons in the army :** 2 (two)

e) **Land ownership :** Owned by the village.

f) **Name of the office in the village :** CKSWACA, Chandel

g) **School :** Nil

h) **Animal husbandry :**

i) Pigs – 10
ii) Oxen – 6
iii) Poultry – 120
v) Cats – 5

i) **Agricultural products :**

i) Maize – 10 quintals a year,
ii) Soyabean – 2 quintals a year,

iii) Pumpkin – 3 quintals a year,
iv) Paddy – 120 quintals a year
v) Sesame – 2 quintals a year

j) **Weaving :**

i) Shawls - 100 pieces produced in a year.
ii) Phanek - 150 pieces produced in a year.

k) **Name of the largely grown trees :**

i) Pine trees, (ii) Uyung etc.

l) **Medical facilities** : Chandel District Hospital.

m) **Village Adminstration :**

| Sl. No. | Name and age | Qualification | Office held |
|---|---|---|---|
| 1. | RT. Ngamhlung Anal (65) | Class V | Khullakpa |
| 2. | PS. Mono Anal (30) | B.A | Secy./Tangsel |
| 3. | PS Rungtun Anal (49) | Class IX | Lulakpa |
| 4. | PS. Ngamnung Anal (46) | B.A. | Senapati |
| 5. | PS Thanghring Anal (56) | Class X | Mantri |

n) **Selling and consuming of liquor, and gambling are prohibited in a spiritual way. In case of finable offences, if any, the offenders are punished.**

তাঙ্কক তরেৎ

# অনাললক্তগী

অনালশিংগী মরক্তগী ঐখোয়না থেংনজহৌবা শক্লাইরবা মীওই অনীখক্তংগী শল্লপ্পা পূন্সি-ব্রাবোল খরদং থমজগে। অশিবা কৌবা লাইনা মখোযবু কোন্সিনবিষ্ণবা মতুংদসু মখোয়বু নীংশিংলি। থবক কয়া লোইশিল্লমদনা হুন্দোক্লুম্লগা মখোয অদু চঙবা য়াদদুনা চৎখিদো! তাইবং-সংসার অসিদা মখোয়গী শক্তম কয়া ঐখোয়না উখিবগী মনুংদা মখোয়গী নুপা-থোকপা শক্তমশিংবু ঐখোযনা কাউবা ঙমদ্রি।

## ক) খুমলো (কেঃ এলঃ) অঙনাল অনাল

খৃঃ ১৯০২ দা শ্রী খুমলো অঙনালনা চান্দেল খুঙ্গংদা পোকখি। মহাক্কী অপোকপগী মিংনা শ্রী খুমলো বেকুল অনাল অদুগা অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতি শঙৱে অনাললনি। শ্রী বেকুলগী মচানুপা মরি অদুগা মচানুপী অমা পূন্না মচা মঙা পোকখি। শ্রী অঙনাললনা মহাক্কী অহুমশুবা মচানুপানি। মহাক অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌদুনা থৌনা য়াম্না ফবা অমদি মজাতিবু য়াম্না নুংশিজবা মীশক অমা ওইরকখি। মহাক্না চীংনুং-মানুংদা পোকখিবা ওইজরবসু

লাইরিক-লাইশু তম্বা অমদি মীথোই মীহেন ওইবা পামখি। মতম অদুদা চীংগী লমদদি লাইরিক-লাইশু তম্বগী খুদোংচাবা করিমতা লৈরমখিদে। মহৈ তম্ফম লৈতনা লাইরিক করম্না তমগনি? মদুগীসু মথক্তা মতম অদুদদি অনাল সমাজগী চংনবী অমা ওইনা স্কুলদা চত্তুনা লাইরিক তম্বসি করিবু কান্নগদগে য়ুমদা থবক শুহনবনা হেন্না ফৈ হায়না খন্নরম্মী। অদুবু শ্রী অঙনালদি ঈশ্বরগী থৌইঙ্গিন অমদগী মশাগী চহি তরামরি শুরকপা মতমদা হায়বদি খৃ: ১৯১৬ তা কাংপোকপী মিশন স্কুলদা মিংচন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌখি।

অঙকপনি মতমগী ঈচেলনা অহোংবা কয়া মীওইবদা পীরি! মতম অদুদদি চান্দেলদগী অতোপ্পা মফম অমদা চংননবা হৱাগাড়ী অমফাওবা চেল্লমখিদে, ষণ-গাড়ী অমা/অনী চংলম্মী। অদুবু শ্রী অঙনালদি মহাক্কী মরূপ জসা ঠুংদিল অনালগা লোয়ননা কোকথোংদা চানবা চেংনচিংবা পুরগা মখোঙনা কাংপোকপী তান্না চংলম্মী। হৌজিক্কি মতম অসিদদি ঐখোয়না হৱাগাড়ী তোংলগা চংপা ফাওবা তন্নরি। মহাক বুদ্ধি-লৌশিং য়াম্না ফনা হৌখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা হোৎনবা কনবা, খাঙবা কনবা অমদি থৌনা লৈবা মীশক অমা মহাক্না ওইখি। মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদা নোংমদা পূং ৮দগী তাদনা লাইরিক পাখি। মহাক্কী অপোকপা মপানা ৱাশক অমগা লোয়ননা মচানুপাগী অনীংবা অদু থুংহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। অদুবু লাইবকথীবা মপোক্তা পোক্লকখিবা মপাগী মায়থোঙদা মচানুপাবু মখা তানা লাইরিক তমহনবা ঙম্লোইদ্রা হায়বগী অৱাবা-মমি অমদি তাখিদবা নত্তে। মীওইবগী পূন্সি হায়বসে অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা কয়াগা য়েৎনদুনা চংলি।

নোংমদি মহাক্কী অপোকপা শ্রী বেকুলনা স্কুল কারগা লাইরিক তম্বা হায়বদুবু করমতৌবজাৎনো খঙনীংদুনা মচানুপানা লৈরিবা কাংপোকপী মিশন স্কুলদা চংপা পাম্লম্মী। মহাক্না মহাক্কী অচৌবা ইরোই লাবা অমা লুপা ৩ (অহুম) দা য়োন্থোক্লম্মী। হৌজিক্তি ইরোই অদুগুম্বা অমগী মমলসি লুপা লীশিং তরামঙাদগী হেনগনি। মহাক্কী অপোকপা শ্রী বেকুলনা মশুনুপা

খুমলো চাংত্রিং অনাল পুদুনা কাংপোকপী মিশন স্কুল তান্না মখোঙনা চৎখি। লম্বীদা শ্রী বেকুলনা মশুনুপা চাংত্রিংদা হায়রম্মী ঃ "নখুরা অঙ নাল অসি লাইরিক-তম্বা তোকহল্লগা য়ুমদা য়ুমগী থবক-ইংখাং শুহন্নবা পুখ্রসিরা?" মশুনুপা শ্রী চাংত্রিংনা খুন্নকখি ঃ"ইপু! পুগুমসি। লাইরিক তমজখিসনু। ঐখোয়না লাইরিক হৈরগা অনাল জাতি চাওখৎকদৌরিবনি।" মশু-মপু অনী অদুনা অসুম অসুম লম্বীদা ৱারী শান-শানদুনা লাকপদগী নুমিৎ নিনি শুবা অহিংদা কাংপোকপী য়ৌরকখি। মখোয় অনী অদুবু উবদা শ্রী অঙনালনা হরাও-মকা লামজখি অদুগা মখোয়বু তরাম-তরাম্না ওকচখি। শ্রী অঙনালসে কয়াদা সেবা ফত্রবনো! মহাক্না খুদক্তা ঈশিং ফুৎলগা শাহল্লম্মী অদুগা লমশাং লাকপদা পোমখৎলবা মশু-মপুগী মখোঙশিং অদুদা ফিবূল নম্লগা হীগা য়েবীদুনা মখোয়গী অৱাবদু কোকহনবীরম্মী। মহাক্না মশু-মপু অদুবু য়াম্না নুংশিনা অমদি হরাও-হরাওনা চাক-থোংলগা পীজরম্মী অদুগা মহাক্কী ফমুংদা পোত্থাহল্লম্মী। মতম অদুদা মহাক্না মরিশুবা ক্লাস তম্লমখি। মহাক্তী অহিং অথেংবফাওবা লাইরিক পাদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা বেকুলনা মশুনুপা চাংত্রিং হৌদোক্লম্মী অদুগা হায়রকখিঃ "চাংত্রিং! য়েংউ, নহাক্কী নখুরা অসি লাইরিক তম্বরা হায়ববু ঙাওরে; হৌজিকফাওবা তূমদ্রি।" মশুনুপানা খুন্নকখিঃ "ইপু! ঙাওবা নত্তে, লাইরিক পাবনি। হয়েংগী পারা ফাদ্রবদি ওজানা ফুগদবনি।" ৱারী ঙাইহাক শানরল্লগা মশু-মপু অমুক তূমথখি। মপানা অয়ুক ঙন্না হৌগৎলকপা মতমদসু অঙনালদি নোংঙান্দ্রিঙৈদা হৌগৎলগা লাইরিক পাদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা মপানা অঙনালদা হায়রকখিঃ "অঙ (অঙনাল) ! করিনো তৌরিসিবো? নহাক্না অসুম্না তূমদবমখৈ লাইরিক পারবদি নশা অদু য়াম্না শোক্লনি। নশা ফত্তবদি লাইরিক তম্বগী করি কান্নগনি?" মচানুপা অঙনালনা খুন্নকখিঃ "বাবা করিশু তৌরোই। লাইরিক পাবা হায়বসি ছাত্র অমগী মথৌনি। লাইরিক পাদ্রবদি লাইরিক হৈরোই, পরীক্ষা ফেল ওইগনি। অদু ওইরবদি বাবা! মীনা নচাবু অঙনাল বাবু হায়না কৌবিরোই, অদুগা বাবাবু অঙনাল বাবুগী মপানি হায়না হায়বীরোই।" মচানুপাগী পাউখুম অদু হেক তাবদা হরাওমনখিদুনা মপানা খুদক্তা মখ্বাঙদা

য়েপ্পম্বা ইরোই য়োনখিবগী লুপা ৩ (অহুম) অদু লৌথোক্তুনা মচানুপাদা পীরম্মী।

শ্রী অঙনালনা কাংপোকপী মিশন স্কুলদা নিপালশুবা ক্লাস পাস তৌখি। মহাক্না খৃঃ ১৯২৪ দা নিপালশুবা ক্লাস পাস তৌখিবসি চান্দেল মনুংদদি অহানবনি। মহাক্না মখা লাইরিক তমথবগী খুদোংচাবা লৈজরবসু রেবরেণ্ড পেত্তিগ্রিউগা মহাক্না য়ানদবা ৱাফম অমা লৈখি। ৱাফম অদুদি নাগা কুকিগী মতাংদনি। পেত্তিগ্রিউ সাহেবনা কর্ণেল জেঃ শেকস্পিঅরনা অনালশিং অসি অরিবা কুকিনি হায়বদু তশেংনমক চুমগনি হায়রকপদা শ্রী অঙনালনা য়াখিদে। মহাক্না অনালগা কুকিগা চাকচা-ফিজেত্তা, সমাজগী চৎনবীদা অমদি মীরোল মথং মথং হায়ন-খঙনরক্লবা ৱারীশিং নত্রগা চৎনরক্লবা রুহীদা খেন্নবা য়াম্না লৈ হায়বম্মী। মদুদা নত্তনা কুকিশিংনা অনাল খুলশিংদা তত্তনা লান্দারগা অনাল কয়া কয়া হাৎখি; জাতি মশেল ওইরম্লবদি কুকিনা অনালশিংবু হাৎলম্লোই হায়না অঙনালনা কন্না হায়জখি। অনাল জাতিবু য়ৌশিন্না নীংজবা অঙনালনা পেত্তিগ্রিউ সাহেবকী ৱাঙাঙদু তাবদা খাঙবা ঙমখিদে। ৱাফম অদুবু য়ানীংদবা উত্তুনা মহাক্না মিশন স্কুল অদুদগী থোকখি।

শ্রী অঙনালনা খৃঃ ১৯৩০ দা ব্রিটিশকী মখাদা ৱাইরলেস মেচিন-চলাইবা সিপাই অমা ওইনা বর্মা সেক্টরদা থবক তৌবা হৌখি। মহাক্না কেঃ এলঃ অঙনাল অনাল নাগা হায়বা মিংদা সিপাই চঙখি। মহাক ফুট ৫ ইঞ্চি ৭ রোম ৱাংই, কুচু য়াম্না ভৌই, মছা নাপ্লি, অদুগা ময়াইকাবা পোৎ অমতা শীজিন্নখিদে। মহাক্কী মপূকশেংবা অমদি মথৌ মশক খঙবা মতৌ অদুবু উরগা মহাক্কী ওফিসারশিংনা মহাকপু যাম্না লুনা-চান্না তৌবিখি। মহাক্না সিপাই ওইরিঙৈদা এসিয়াগী মফম অয়াম্বদা চৎপা ফংজখি। মহাক্না মমা-লোলদগী হেন্না ইংরেজ, হিন্দি অমদি বর্মিজ লোলশিংবুনা হেন্না শেংনা ঙাঙবা ঙমখি। মহাক্না চহি ১৫ চুপ্পা ৱাইরলেস ওপরেটর ওইরম্লগা খৃঃ ১৯৪৫ দা বোলনট্যারি পেন্সন লৌখি। মতম অদুদা মহাক্না পেন্সন ওইনা লুপা ১৫ খক্তা ফংখি।

আর্মিদগী পোত্থারবা মতুংদা মহাক্না তুমিন্না লৈথোকখিদে; প্রজাগী সেবা থৱায়-হকচাঙ য়াওনা তৌখি। মণিপুরগী চাওখৎ-থৌরম কয়া পাঙথোকপদা মহাক্না শরূক য়াখি। মহাক্কী থৌনা, থবক অমদি ৱাখল্লোন্দু য়েংলগা ১৯৫০ দা মহাকপু অনালল্লক্তগী অহানবা ইন্টিরিম পিরিয়ডকী টিঃ সিঃ মেম্বর অমা ওইনা অনীশুবা মণিপুর টেরিটোরিয়েল কাউন্সিলদা য়াওহনখি। মহাক্না হৌজিক্কী চান্দেল জিলা অসিগী লময়ানবা অমা ওইখি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মতম অদুদা হৌজিক্কী চান্দেল জিলা অসি থৌবাল সব-ডিবিজনগী মখাদা লৈরম্মী; অদুবু তেংনৌপলদা ডিবেলপমেন্ট ব্লোক অমসুং চান্দেলদা ডিস্পেন্সরি, কারপেন্ট্রি ট্রেইনীং সেন্টর অমদি ৱীবীং সেন্টবনচিংবা মহাক্কী থৌশিলদগী পুরকখি। মহাক্না খৃঃ ১৯৫৭ তা সরকারগী ঠিকাদার অমা ওইখি। মহাক্না শুখিবা থবকশিং অদু উবদা মণিপুর সরকারনা পেনখি। মহাক্না চান্দেলদা শাখিবা ৱীবীং সেন্টরনচিংবগী শঙশিং হৌজিকফাওবা তেক্তা কায়দনা লৈরি।

মহাক্না খৃঃ ১৯৪৭ তা মণিপুরগী মাকোকচীংদা পোকপী ঙাখোকিম করুং কোমগা য়াম্না শেংনা লুহোংখি। ঙাখোকিমনা কাংপোকপীদা লৈরিঙৈদা অঙনালগা মহাক্না শকখঙ-মায়খঙনখিবনি। ঙাইখোকিম হায়বা নুপী অসি মণিপুর নুপীশিংগী মরক্তগী অহানবা টিঃ সিঃ মেম্বর নোমিনী ওইখি। মণিপুরগী চীংমী নুপীশিংগী মরক্তদি মহাক্না হীরম অয়াম্বগ অহানবী ওইখিবনি। মহাকপু মণিপুরগী মাদর তেরেস্সানিসু হায়নৈ। মহাক অসি ঐখোয়গী য়াম্না চাওথোকচনীংঙাই ওইবা মীশক অমনি। মহাক্না পঞ্জাবকী লুধিয়ানা খৃষ্টিয়ান মেডিকেল কোলেজদা এলঃ এমঃ পীঃ (Licence Medical Practitioner) তমখি, অদুগা কোলেজ অদুদগী কোর্স লোইরে হায়বগী সার্টিফিকেট ফংখি। মখোয়গী মচানুপা অহল রোকি খৃঃ ১৯৪৯ দা অদুগা লৈখিদ্রবা মচানুপা অতোনবা শেমিনা খৃঃ ১৯৫১ দা পোকখি (ফেমিলি ফোটো হাপচরি)।

শ্রী অঙনাল অমসুং মহাক্কী অপোকপী পীঃ এসঃ শঙৱে অমসুং অতৈ শক্লাইবা মী খরগনা চান্দেল খুঞ্জাশিংগী অয়াবা লৌরগা হ্নাথম হায়বা খুল



*(ওয়রোমদগী অফস্বা)*ঃ ১. খুমলো অঙনাল অমসুং ২. ঙাখোকিম কোম

*(ওয়রোমদগী অরেপ্পা)*ঃ ১. রোকি অনাল অমসুং ২. শেমি অনাল

অসি তাং ০৬/১২/১৯৪৮ দা শেম্লগা খুন্দাখি। মদুদা মহাক্কী নুংশিজরবা মনাও শ্রী কেঃ এলঃ ঠুমবা অনাল, শ্রী জেঃ এসঃ থুমৱোল অনাল, শ্রী কেঃ এলঃ চাংত্রিং অনাল অমসুং শ্রী ডব্ল্যুঃ এলঃ থুঙ্থম অনালনা মহাক্কী মতেং য়াম্না পাংখি। মখোয়না খুল অদুগী চৎন-পথাপ অমা শেমখি। মদু হৌজিক ফাওবা খুল অদুদা চৎনরি। চৎন-পথাপশিং অদুগী মনুংদগী মঙাখক্তং মখাদা পীজরিঃ

১) কনাগুম্বা মীশক অমনা ওক য়োক্কে হায়রবদি ওকোন নীংথিনা শাগদবনি।

২) কনাগুম্বা অমনা ওক য়োক্লবদি ওক অদু লম্বী-লমজাওদা থাদোকপা য়াদে। করিগুম্বা ওক অদু লমজাওদা থাদোক্লক্লবদি ওক অদু হাত্তোকপদা ওক-মপুনা আপত্তি তৌবা য়ারোই।

৩) খুলদা য়ু থোংবা নত্রগা শুংবা য়ারোই। করিগুম্বা মসিগী চৎন-পথাপ অসি কনাগুম্বনা থুগায়রবদি মহাকপু খুন্দগী তান্থোক্কনি।

৪) জুৱার শান্নবা য়ারোই। কনাগুম্বা অমনা খুল অসিদা জুৱার শান্নরবদি মহাকপু ৱাই মঙানা কোনবা ওক অমা কোংহনগনি।

৫) খুল অসিদা চর্চ অনীশুবা য়ারোই। কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা চর্চ অমা খুলসিদা লিংখৎলক্লবদি মহাকপু খুলদগী তান্থোক্কনি।

খুলগী ৱায়েন-পথাপশিং অদু শেম্বীখিবা মীওইশিংগী মনুংদা হৌজিক খুলগী খোলপুউ ওইবিরিবা, মন্ত্রী এইচঃ টীঃ থুঙমগীদি মকুবোক শ্রী ডব্ল্যুঃ এলঃ থুঙথম অনালদি হৌজিক ফাওবা হিংলি।

চহি ৪০ রোমগী মমাংদদি চান্দেল তাবা লম্বী অসি নীংথি-নুংঙাইনা লৈরমখিদে। শ্রী অঙনালগী ডোজ হায়না খঙনবা মমাংঙৈগী হৱাগাড়ী মখল অমা লৈরম্মী। মহাক্কী হৱাগাড়ী অদুনা খর খর লম্বী শেম্ল-শেম্লগা চান্দেলদগী চীংগী পোখোকশিং অদু ইম্ফালদা পুথোকপা হৌখি, অদুগা চ্যেবরলেট হায়না কৌবা হৱাগাড়ীশিংনা উ অমসুং মৈ থানবা শীংশিংসু চান্দেলদগী

হোন্দোকপা হৌরকখি। লম্বী অদুসু শ্রী অঙনাললনা ফাউহনখিবনি। মহাক্না রেবরেণ্ড আরকুশ্, এঃ ডীঃ এমঃ ডনকন, সিঃ সি রাইনা অমদি রেবরেণ্ড বেঅর অমসুং মহাক্কী ইমুং-মনুংগী মীশিংনচিংবা শক্লাইরবা মীওই কয়া অমা চান্দেলদা য়াম্না ৱানা পুশিন্দুনা চান্দেলবু য়েংহনখি।

মহাক্না অহল ওইরক্লবফাওবদা মরৈবাক নীংবা, নীংতম্বগী ৱাখল চেনবা অমদি থৌনা ফবা মী অমা অদুম ওইখি। মহাক্না মণিপুর ন্যেশনেল কাউন্সিল্ হায়বা ওর্গ্যানাইজেসন অদুগী প্রেসিডেন্ট ওইখি (১৯৬০-৬৪)। ওর্গ্যানইজেসন অদুনা ভারত সরকারগী মফমদা চীংগী লমদা সবকারনা মীৎয়েং চঙবিদে হায়দুনা অকনবা খোঙজং অমা চঙশিনখি। মহাকপু মণিপুব সরকারনা নাগা লালহৌবা নুপা অমনি হায়না লৌবা হৌরকখি। মদুনা মরম ওইদুনা মহাক্না অহল থংদা পেন্দবা কয়ানা লাকসিনখিবদগী খাঙবা ঙমলকখিদে। মমৈথংদা মহাক্না খৃঃ ১৯৬৪গী অরোইবা শরূক্তা এনঃ এনঃ সিঃ গী অকনবা মেম্বর অমা ওইখি। মহাক্কী মরূপ এমঃ পীঃ ওইরমখিবা শ্রী শুইসাগা লোয়ননা নাগাগী নীংতম-লাল হৌনবা কন্না লাক্লখি। মহাক্না ময়ুম থাদোকখি। মমৈথংদদি মহাকপু ফারগা নাগা লালহৌবনি হায়দুনা জেলদা তরেৎলক থমখিঃ তিহার সেন্ট্রেল জেলদা অনীরক, ডম ডম সেন্ট্রেল জেলদা অমুক, দিল্লি সেন্ট্রেল জেলদা অনীরক, বর্মা জেলদা অমুক, অদুগা ইম্ফাল জেলদা অমুক।

মহাক্কী পূন্সি তংখায়মুক্তি মশাগী ওইজবা অমতা থিদনা নাগাগী নীংতম-ঈরাংদা কথোকখি। মহাক মশাগী চহি ৯২ শুরকপা মতম হায়বদি খৃঃ ১৯৯৩গী ওগষ্ট তাং ২৩ দা মহাক্না লিংখৎচরম্বা হ্নাথম খুলদা মহাক্কী মতু-মচা, মশু, মচন-মচে, মরূপ-মপাং, শক্লাইববা মীশক কয়া থনম্লগা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মহাক্কী অশিবা হকচাঙ লৈরোল চনবগী থবক্তি মশাগী খুলদুগী পাষ্টর শ্রী ডব্ল্যঃ এলঃ ডেনিয়েল অনালনা তৌখি। মহাক্কী নুপী ঙাখোকিমনা তাং ০৬/১১/২০০১ দা তাইবংপাল থাদোক্লুনা মপুরোইবগী মতুং ইনখি।

## খ) হুতেন (এইচঃ টীঃ) থুঙম অনাল

মণিপুরগী খা-নোংপোক থংবদা লৈবা, চান্দেল জিলাগী মনুং-চনবা অমদি অনাল খুলশিংগী হৌরকফম অমা ওইরিবা অনাল খুল্লেন হায়বা অরিবা খুল অদুদা হুতেন থুঙম অনাল খৃঃ ১৯৪০ গী মার্চ থাগী তাং ১ দা পোকখি (ফোটো হাপচরি)। মহাক্কী অপোকপগী মিংনা হুতেন থুংজোল অনাল কৌই, অদুগা অপোকপীগী মিংনা পীঃ এসঃ শঙব্রোল অনাল কৌই। শ্রী থুঙমনা অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈদা মহাক্কী অপোকপা পস্থৌ নোঙ্গাখি। মহাক্কী য়াম্না লায়রবা ইমুং-মনুংদগী হৌবকখিবনি। লাইবকথীরবী অপোকপী পলেমগী মীৎয়েং মখাদা চাউবকখি। মহাক্কী অপোকপী অমসুং মচিন্মনাওশিংনা চীংদা পামলৌ কন্না শুবগা মহাকপু লাইরিক তমহল্লকখি। লাযববা ইমুংদগী হৌবকপনিনা মহাক্লা লাইরিক কন্না পারগা মী অমা ওইনবা হোৎনগে হায়দুনা পূক্লিং-চপ-য়ুংনা নীংখি। মহাক্লা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মী খুদিংমক্কী মফমদা নোল্লুক্লা চৎলকখি, অদুগা থকশি-খাশিসু নাইবকখি।

মহাক্লা ঔক্লু অমসুং অনাল খুল্লেনগী মবক্তা লৈবা ঔকনাল (ঔক্লু অমসুং অনাল খুল্লেন) এমঃ ইঃ স্কুলদা লাইবিক তম্বা হৌখি, অদুগা ইম্ফালদা লৈবা তোম্বীসনা হায় স্কুলদগী খৃঃ ১৯৬০ দা মেট্রিক পাস তৌখি। মতুংদা মহাক্লা শিলোংদা চত্তুনা সেইন্ট এ্যনঠোনি কোলেজদা লাইবিক মখা তমথখি। মহাক্লা কোলেজ অদুদগী খৃঃ ১৯৬৫ দা বিঃ এঃ পাস তৌখি। মহাক্লা অনালশিংগী মনুংদগী বিঃ এঃ পাস তৌবা অহানবনি।

মহাক্লা বিঃ এঃ পাস তৌববা মতুংদা চান্দেল হ্বাথম খুলগী শ্রী ডব্ল্যুঃ এলঃ থুঙথম অনালগী মচানুপী অহল খিনু অনালগা লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী পূক্সিদা খোঙদারকখি। মখোয়গী মচানুপা অহুম অদুগা মচানুপী অনী পোকখি (ফ্যেমিলি ফোটো হাপচরি)।

নাওশুম হাইরিবা খুৎ অদুনা মালেম অসি ঙাকলিবনি হায়বদু কয়াদা চুমখ্রবনো! হুতেন থুঙম সমাজগী সেবাদা অমদি ছাত্র/ছাত্রীশিংগী থবক-

থৌরমশিংদা শরূক য়াবা হৌরকখি। অনাল নাগা ষ্টুডেন্টস ইউনিয়নগী প্রেসিডেন্টসু ওইখি। মীয়ামগী থবক-থৌরম কয়াদা শরূক য়ারকপনা মরম ওইদুনা মহাক্না চান্দেল জিলাগী ফীভম ময়েক শেংনা খঙলকখি। মশক নাইবা সরকারগী থবক কয়া ফংলবসু হীরম খুদিংমক্তা শোখনা লৈরিবা লমদম অদুগী প্রজাশিংগী য়াইফনবা খল্লগা তলব চাবা থবক তৌদনা রাজনীতিদা চঙলকখি। মহাক্না অৱাৎ-অপানা থল্লবা চীংমী খুঞ্জাশিংগী য়াইফনবা লম্বী য়াৎপা হৌরকখি।

খৃঃ ১৯৭২ দা ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট মীরেপ অমা ওইনা এমঃ এলঃ এঃ অমা ওইনবা ভোট লেপ্পা হৌখি, অদুগা মীখল অদুদা মায়পাক্লুনা মহাক্না ডিপ্যুটি মিনিষ্টর (রেবেনিউ) ওইখি। অসুম্না মহাক্না চান্দেল জিলাগী অহানবা মন্ত্রী হায়বদু ওইখি। খৃঃ ১৯৭৪ গী চৈবক্কী মীখলদসু হিল উইনিয়নগী মীরেপ অমা ওইনা ভোট লেপখি, অদুগা ভোট কাদুনা রাজ্য মন্ত্রী (রেবেনিউ) ওইখি। খৃঃ ১৯৮৪ দা অমুক হন্না ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট মীরেপ অমা ওইনা চোংথোক্লুনা ভোট লেপখি, অদুগা কারক্লবা মতুংদা কোঙ্গ্রেসকী মন্ত্রী লোযশঙদা য়াওশিনখিদুনা পীঃ ডব্ল্যুঃ ডীঃ গী রাজ্য মন্ত্রী ওইখি, অদুগা বাজ্য মন্ত্রী ওইরম্বদগী ক্যেবিনেট মন্ত্রী ফাওবা ওইরকখিবগা লোযননা চান্দেল জিলাগী অহানবা ক্যেবিনেট মন্ত্রী মহাক্না ওইখি।

ভারত পুম্নমক্কী ওইনা কোঙ্গ্রেস যাবক্তবগী ঈহৌনা মরম ওইরগা খৃঃ ১৯৯০ গী মীখলদা মহাক্না কোঙ্গ্রেসকী মীবেপ অমা ওইনা চোংথোক্লবদগী মহাক ভোট কাখিদে। অদুম অদুম ওইনমক চান্দেল জিলা কোঙ্গ্রেস কমিটি (আই) গী প্রেসিডেন্ট ওইদুনা পার্টি অদুগীদমক্তা থৱায়-হুকচাঙ য়াওনা থবক তৌখি।

মহাক্না সরকার পায়বা য়াওদুনা মন্ত্রী ওইরিঙৈদা চান্দেল জিলাগী য়াইফনবগীদমক্তা নীংহন্নবা লৈতনা মরুওইবা থবক কয়ামুক পাঙথোকখি। সব-ডিবিজন অমগী থাক্তা লৈরম্বা চান্দেলবু জিলা অমা অদুগা জিলাদুগী হেড কোর্টরবু চান্দেলদা ওইহনখিবা অসি শ্রী হুতেন থুঙম অনালগী দায়ী ওইখি।

লাইরিক-লাইশু তম্বগী লমদা শোখ্দুনা লৈরম্বা চান্দেল জিলাগীদমক্তা মহাক মশামক্না ফাউণ্ডর, ডোনর, অমদি থৌবুরেন ওইদুনা ইউনাইটেড কোলেজ, চান্দেল, লিংখৎখি, অদুগা ঙসিদি মপূংফাবা সরকারগী কোলেজ অমা ওইদুনা হৌরক্লিবা নহারোল কয়াদা অৱাংবা থাক্কী মহৈ-তম্বগী খুদোংচাবা পীরি। মহাক্না থারম্বা পাম্বী অদুগী মহয় হৌজিক ঐখোয়না চারি।

ছাত্র নহারোলশিংগী মরন্নাই ওইনা লিংখৎচবা সংস্থান কয়াবু য়োকখৎপীদুনা তোঙান-তোঙানবা হীরম কয়াদা চান্দেল জিলাবু চাওখৎনবা হোৎনখিবা শ্রী ৺থুঙমনি। মহাকপু চান্দেল লমদমসিগী অশেঙবা মচা অমনি হায়বসিমদি নীংশিংদুনা অদুম লৈহৌরগনি। ঈশ্বরনা মহাক্কা লোয়নননা মণিপুরগী য়াইফনবা অফবা থবক কয়া তৌখি। মহাক্না খনখিবা ৱাখল অদুমক মহাক্না ওইখি। মহাক্না অচুম্বগীদমক্তা মথৱায় থাবা কিখিদে।

মহাক্কা ৱারী-ৱাতাই শানবা য়াম্না নুংঙাই, পূক্লিং থৌগৎলি, অদুগা ৱারী শাবদসু য়াম্না হৈ-শিংনা ৱাবী শারম্মী। কনাগুম্বা অমনা ওইদবা ঙাংলবসু মহাক্না খুদক্তা ফাবা ঙম্লম্মি। মরম অদুনা মহাক্কী মমাংদা কনামতনা ওইদবা ঙাঙবা ঙমখিদে। মহাক্না মীওইবা জাতিবু য়াম্না নুংশিজখি। মী খুদিংমকপু মহাক্কী মীনুংশিগী ঙমখৈ মনুংদা পূক্সিন্দুনা থম্লবা লাক্লখি। মহাক্কী থৌজাল, মীনুংশি অমসুং অচম্বা মতৌ পূম্নমক অদুবু পূম্লগা যেংবদা তমজনফমগী মওংনি। মহাক্না মহাক্কী পূক্সিগী লম্বী কৈদৌনুংদা হোংখিদে; অৱাবা চৈথেং কয়া ফংলবসু শকফম করিমতা কাযখিদে। রাজনীতিগী পূক্সি লম্বেলদা মহাকপু খুদোংচাবা ফংহনগনি হায়বগী মিহৌহনবা মওং কয়াসু লাকখিবনি, অদুবু মহাক্না খোঙফম চেৎনা লেঙদনা লৈখি। মহাক্কী অদুগুম্বা পূক্সি অদুদি মায়থীবা পীঙমদ্রবা লাম্মীগুম্বগী পূক্সি ওইখি। মহাক্না জাতি অমগা জাতি অমগা নুংশি-চান্নরা অমদি শান্তি ওইনা হিংমিন্নবা ঙম্নবা থৱায়-হকচাঙ য়াওনা হোৎনখি।

মহাক্কী পূকচেলদি য়াম্না শেংখি। মহাক্তী ওইদবা ৱা ঙাঙবা হৈখিদে। মহাক্না মহাক্কী ৱাখলশিংবু তশেং-তশেংনা চক্রি থাংদবা ৱাঙাংদা ফোঙদোকখি। মহাক্কবু তিন্নরুরবদি কনানসু মহাকপু পাক থাদোকপা

ঙমনখিদে। মঙোন্দা শাউরকপা মীশিংদা মহাক্না কৈদৌঙৈদসু খোইখা-লিনখা থাবা তৌরুখিদে। মহাক্না মী খুদিংমক্তা চপ-মান্নবা মওংগী মীনুংশি উৎখি, অদুগা অদুক্কী মতীক নাপল তৌদবা মীওই অমসু ওইখি। অদুম অদুম ওইনমক মহাক্না মহাক্কী মীশিংবু চুমথোক্লবগীদমক্তা য়াম্না কন্না হোৎনখি, অদুগা চুমথোকপা য়াদ্রগনা মখোয়দুগা মরী থদৎননবা লাক্লখি। মদুদা মহাক্না অসুক্কী মতীক মীনুংশি উৎখিবগী মতীক মহাক্কী থম্মোয়সু শেংখি। মহাক মীপূম খুদিংগী নেতা অমা ওইখি।

পূন্সিগী নুমিৎনা মঙাল শামদ্রিঙৈ, খোঙকাপকী মঙম চৎলিঙৈ, খুৎকা চীনগসু মান্নরিঙৈ অদুগা পাঙ্গলগী ময়েংসু তাদ্রিঙৈদা মতমগী তমথীরবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা লাক্লুনা, মীচং-সঙ্গনগী মরুমদা, কোঙ্গ্রেস ভবনদগী ময়ুমদা হল্লকপা লম্বীদা, খূৎনেক-মীহাৎ তৌদুনা শ্রী হুতেন থুঙম অনালগী পূন্সিবু খাংঙুথক্তা কেমহনখি। খৃঃ ১৯৯২ গী ওক্টোবর থাগী তাং ২২দা শ্রী থুঙম অনালগী পূন্সিনা লোইশিনখিবদা মেনখৎপা য়ারবোইদবা অচৌবা অহোবা অমদি চান্দেল জিলাদা লৈহৌরে।

মহাকপু মীচম ময়াম্না নুংশিখি, অদুগা মহাক্লসু মখোয়বু নুংশিখি। মহাক্না লৈখিদবা মতমদা লৈত-লায়রবা মীশিংনফাওবা থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লখি। মহাক্না লৈত-লায়রবশিংগীদমক্তা লাইবৈবাক্তা খোঙশানখিবনি।



হুতেন ৺থুঙম অনাল

(০১/০৩/১৯৪০ - ২২/১০/১৯৯২)



*(ওযবোমদগী ফমলিবীশিং)* ঃ ১. হুতেন থুঙমগী মচানুপী অতোম্বী বোজ মেবী, ২. লোযনবী ডব্ল্যুঃ এলঃ খীনু অমসুং ৩. মচানুপী অহল মীনওম (আইঃ আবঃ এসঃ)
*(ওযবোমদগী লেপলিবশিং)* ঃ ১. মচানুপা ফ্রানসিস, ২. কোলাবসন অমসুং ৩. বেলোবব

# অনালগী লিরবা ৱারীশিং

অনাল কাঙলুপকী মশাগী ওইবা অরিবা ৱারী য়াম্না লৈ। মখোয়গী ইতিহাস, সংস্কৃতি অমদি অহল্লম্মন হাক্তক্তগী লৈরক্লবা চৎনবীনচিংবশিংবু তুং-ফাওবা নীংশিংনবা হায়দুনা অইবা ৱারোল ওইনা থম্লমদ্রবসু মখোয়গী লিরবা ৱারীশিংদুদগী খরমখৈ খঙবদি ঙমই। ৱারীশিং অদুনা মখোয়গী লোক সাহিত্যগী অচৌবা য়ুম্ফম অমসু ওই। চারোল-শুরোল কয়াদগী লীনরক্লবা ৱারীশিং অদুবু মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না নোংম-নোংমগী কাউনরক্তুনা মমৈথংদা মুৎখিবা য়াবগী চিংনবা লৈ। মরম অদুনা অনালগী মরুওইবা লিরবা ৱারী ময়ামগী মনুংদগী অহুমখক্তং খনগৎচরি ঃ

## ক) ৱাংব্রেলনা অনাল নিঙোল লৌবা

চীংঙু লাইনিংথৌগী লাইওল লাইচৎ লাইশিংদি (১) সামদোল, (২) পুলাং, (৩) পুরৈরোম্বা, (৪) নোংপোক সোরারেল, (৫) লোইয়ালাকপা ময়াং নহা সরৈথোকপা, (৬) য়োইমোংবা, (৭) সনামহী, (৮) পুথিবা, (৯) থোংনাং নিংথৌ, (১০) তাউরোইনাই, (১১) কুপব্রেং, (১২)

শঙনুবু মহাক্না পুরগা মহাক্কী লৈফম শূগুদা চেল্লম্মী। শঙনু লৈমানা ময়ুম থাদোক্লমদাইদা মমাদা হায়রমদবা মরমনা মহাক্না মহাক্কী সম মনুংদা য়াওবা লশিং অদু মচেৎ মচেৎ শেৎলগা মহাক্না চৎলিবা লশ্বী অদুদা থাদরম্মী। মমানা মহাকপু থিরকপা মতমদা মহাক্না চৎখিবা লশ্বী অদু খঙনবা হায়দুনা লশিং মচেৎশিং অদুনা খোঙ্গুল লীকলম তাক্ল-তাক্লগা লাকপা মতমদা লশিং অদু লোইথোকখিরম্মী। শঙনুনা করি তৌগনি হায়না ঙাইহাক খল্লবা মতুংদা মহাক্কী কোক্কী কোকখুম ফি অদু লৌথোক্লুনা মচেৎ মচেৎ অমুক শেগায়রগা থাদবা হৌরকখি। অদুম্না লাক্লগা মমৈথংদা ইম্ফাল তুরেলগা চকপী তুরেলগা ঈতিন্নফম কোনোক ঈরেল মপান য়ৌরকখি। কোনোক ঈরেন য়ৌরবনিনা ব্বাংব্রেলগী য়ুম য়ৌরে। ব্বাংব্রেলগী য়ুমদা চঙবা তারবদি তাইবংগী ফি শেৎপা অমদি ইনবা য়াদবনিনা শঙনুগী ফি মখৈ লৌথোকখি অদুগা মশমসু ককথৎখি। মহাক্কী মশমশিং অদুনা লাইজ-ঈরোম্নুংদা থাদখি। মশমশিং অদুনা নুঙ মথক্তা তাখিদুনা নুঙশম ওইনা হৌখি। মবম অদুদগী নুঙশম্বু শঙনুগী মশমনি হায়নরি।

নোংঙাল্লগা শঙনুগী মমানা মচানুপীগী খোঙ্গুল লীরকখি। মী খুদিংমক্লা মঙোন্দা মচানুপীদুবু উদে খঙদেদা হায়রকখি। মদুদা মমানা য়াম্না ব্বাখি। মহাক্লা পামদা, ঈশিং শোকফমদা অমদি নাবক-মোংশোং পূম্বদা চৎলগা য়েংলুবদসু মচানুপীবু ফংবা কৌবদা লৈখিদ্রে। মহাক্লা তেংথা-তেংথারগা খোঙলৈ খর থুনা লাকপা মতমদা লশিং মচেৎ মচেৎ মথং মথং নাইনা তাদুনা লৈরম্বদু উবম্মী। খুদম অদু উবদগী মহাক্লা মচানুপীনা থল্লম্বা খুদম ওইরমগনি খন্দুনা লশিং মচেৎশিং অদুগী মতুংইন্না মহাক্লা লাকখি। মমৈথংদদি লশিং-লীকলম মাঙখি। অদুবু মহাক্লা খর লাপ্তক্লা য়েংলুবদা মচানুপীগী ইনফি (কোকখুম ফি) মচেৎ মচেৎ তাদুনা লৈবদু অমুক উরকখি। মহাক্লা ফি মচেৎ মচেৎশিং অদুগী মতুংইল্লগা মচানুপীগী খোঙ্গুল অমুক লীরকখি। কোনোক ঈরেল মনাক্তা য়ৌরকপা মতমদা মচানুপী শঙনুগী চরৈ-ফিশিং অদু থৌদু নুঙগী মথক্তা তাদুনা লৈবদু মহাক্লা উরম্মী। মচানুপীগী চরৈ-ফিশিংদি লৈরম্মী মশাদি লৈরমখিদ্রে হায়দুনা মমানা থম্মোয় শোক্লা




*ব্রাংব্রেল অমসুং থুউমখেল অমদি অনাল পাখঙশিংনা লংনখিবা নুঙশিংঃ-*
১. লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলনা লংখিবা, ২. থুউমখেলনা লংখিবা অমসুং ৩. অতৈ অনাল পখাঙশিংনা লাখিবা




অনাল খুল্লেনদা লৈবিবা লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমগী লাইশঙদা ঃ ১. লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেন অমসুং ২. শঙনু লৈমা।



শৃগুদা লৈবা লাইনিংথৌ ব্রাংব্রেলগী লাইশঙ চঙফম



সেরৌদা লৈবা খানা চাউবা ব্রাংব্রেলগী লাইশঙ

কপ্পকখি। মমাগী মীকপথোলদু শঙনুনা তাবদা মহাক্না মবুংঙো লাইনিংথৌ ৱাংব্রেলদা মমা লাক্লে হায়না হায়জরম্মী। শঙনুগী মমা অদুদি মচানুপী থোরকখিদ্রে হায়দুনা মথৱায় থারগে হায়না থৌরাং তৌরকখি।

ৱাংব্রেলনা মতাংচানা ঈশিংদগী ফাওগৎলক্লুনা মনেম্বোক্তা হায়রকখিঃ "ইমা, কপকনু। নচা নুপী অদু ঈরেল অসিগী মনুংদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈ। হৌজিক্তি ইমাগা নচানুপীগা তাইবং মী মশেল উনবগুম উনবা য়াররোই। নচানুপীগী মশক য়েংখিগে হায়রগনা ঐগী ইতুং ইনবীরকউ লাও!" মচানুপী উননীংবগী মৈচাক্কা লোয়ননা শঙনুগী মমানা ৱাংব্রেলগী মতুং ইল্লকখি। ৱাংব্রেলনা লাইগী শক্তি পুথোক্লুনা মনেম্বোকপু ঈশিংদুদা লম্বী ফাৎলগা খুদোংথীবা অমতা লৈহন্দবমখৈ মচানুপীগী মনাক্তা পুরকখি। মনেম্বোক্না ঈরোন্নুংদা সনাগী কোম্বোঙ, সনাগী য়ুম অদুগা সনাগী ফমফমনচিংবা ময়াম অমা উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। ৱাংব্রেলনা মহাক্কী সনাগী য়ুম অদুদা মনেম্বোকপু তরাম তরাম ওক্লম্মী। মচানুপীনা ৱাংব্রেল লাইগী লৈমা অমা ওইনা লৈরম্বা অদুদা মথৱায় বাক্তরবী মমানা যাম্না হবাওজরকখি। বাংব্রেলনা মচানুপীগী মংকৎ ওইনা ৱাগী উতোং অমা মনেম্বোক্তা পীরগা হাযরকখি ঃ "ঐনা ইমাদা উতোং অমা পীবিবর্সিনি। কাব অমতা ৱাবীগনু। ইমানা উতোং অসি পুরগা ইমাগী খুন্দা হনম্ভো। ইমাগী য়ুম যৌদ্রিঙৈদা উতোং অসিগী মমায় হাংফদে। ইমাগী খুলদা য়ৌরগা পন অমা নীংথিনা শাবীরো। পন অদুগী মনুংদা চঙলগা উতোং অসি হাংদোকপীউ। উতোংসিদগী থোরকপা শাশিং অদু য়োল্লগা মদুদগী ফংলকপা পৈশানা লৈনীং-লৈনীংবা লৈদুনা নুংঙাইনা লৈবীয়ু, ইমা। মদুনা নচানুপীগী মমলনি।" মমৈথংদদি মনেম্বোক্না মচানুপীগী মফিদদি পীনীংই হায়রকখি। মদুদ ৱাংব্রেলনা ফি অদুদি শূগুদা ৱাংব্রেল লাই হরাওবা মতমদা কৎলু হাযনা মনেম্বোক্তা হায়জখি।

মদুগী মতুংদা ৱাংব্রেলগী মনেম্বোক্না উতোং অদু পুরগা ময়ুমলোমদা হল্লকখি। তৌগনু হায়ববু তৌনীংবা য়েংগনু হায়ববু য়েংনীংবা মীওইবগী হৌনশানি। শঙনুগী মমানা ময়ুমলোমদা লাকপদা লমখাংদা উতোং অদু

হাংদোক্লগা য়েংনীংমনখিদুনা হাংদোক্লুবদা উচেক অমা (লময়েন) পাইথোকরকখি। অদুদগীদি মহাক্লা উতোং অদুগী মখুম অদু খুমজিল্লগা অমুক ময়ুমলোমদা লাকখি। খরমুক চৎলগা মহাক্লা উতোং অদু মথং মথং হাংদোক্লুবদা লমওক, লমহূই, লমষণনচিংবা লমশা মখল মখল কয়া থোরক্লুনা চীংদা লমশা ওইনা মদোম মদোম লৈনখি।

মনেম্বোক্লা অমুক তন্না ৱাংব্রেলগী মনাক্তা লাক্লুনা হি-য়াইগী উতোং অদু মাঙপ্লে অনৌবা অমা পীয়ু হায়না নিরখি। মচানুপী শঙনু অমসুং ময়ানুপা ৱাংব্রেলনা হি-য়াই য়াওবা উতোং অমগা শন্দং তরাগা পীরগা হায়রকখি ঃ "ইমা! হন্দকমুক্তি উতোং অসি লমখাংদা মখুম হাংদোকপীরুবা য়াদ্রে। য়ুম য়ৌবিরো, অদুগা য়ুময়ায়দা লেপ্লগা উতোং অসিগী মখুম হাংদোকপীয়ু।" মনেম্বোক্লা উতোং অদু পুরগা ময়ুমদা হনখি, অদুগা ময়ানুপা ৱাংব্রেলনা হায়রকপা মতুংইন্না তৌরবদা উতোং অদুদগী য়ুমদা য়োকপা শাশিং থোরকখি। অদুদগীদি অনালশিংনা শাশিংবু য়ুমদা য়োক্লখি। মদুদগী হৌদুনা মীনা মচানুপীগী মমল লৌনবা হৌখি হায়নরি। অনাল খুল্লেন হায়বা খুল অদু ৱাংব্রেলনা পীবা হি-য়াইগী মপান্না অৱাৎ-অপা লৈতবা খুল অমা ওইখি।

মদুগী মতুংদা শঙনু লৈমগী মমানা ৱাংব্রেল লাই হরাওবা মতম মতমদা মচানুপী শঙনুগী মফি-মরোল কৎপা হৌখি। মদুদগী হৌদুনসু মীশিংনা মচানিঙোলশিং থাজবদা অউনপোৎ পীনখি হায়নরি। শূগ্নু লাইশঙদা ৱাংব্রেল লাই হরাওবা খুদিংদা অনাল খুল্লেনগী মীশিংনা থায়নগী নুপীগী ফনেক অদুগা থোইদিংগুম্বা মহয়-মরোংশিং কৎনরম্মী। মীতৈশিংনা ৱাংব্রেল লাই হরাওবদা অনালশিংগী ফমফমশিং নীংথিনা পীনরকখি। অনালশিংনা কৎলকপা পোৎশিং য়াওদ্রবদি লাই হরাওবগী থৌরম অদু মপূংফাবা ওইনরমখিদে। হৌজিক হৌজিকমক অনাল খুল্লেনগী পম্বোং মনাক্তা মীতৈগী লাই ৱাংব্রেলগী লাইশঙ অমা লৈ। লাইনিংথৌ ৱাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমা অনীবু মফম অদুদা লাৎনরি। লাইশঙ অদুদা নুঙদূম অনীখক লৈ ঃ (১) খর পীকপা নুঙদূম অদুনা শঙনুগী মহূৎ ওইবা, অদুগা (২) খর চাউবা নুঙদূম অদুনা ৱাংব্রেলগী

মহূৎ ওইবা (ফোটো হাপচরি)। শূগ্নুরোমদগী মীশিংনা চৈরাওবা নুমিৎতা মফম অদুদা লাইনিংথৌ ৱাংব্রেল অমসুং শঙনু লৈমা অনীবু খুরুম্বা চৎনৈ। হৌজিক হৌজিকমক শূগ্নুদা অমদি শূগ্নু সেরৌদা ৱাংব্রেলগী লাইশঙ অমমম লৈ (ফোটোশিং হাপচরি)।

শঙনু লৈমবু লাইনিংথৌ ৱাংব্রেলগী মরানয়াইদা পুরকখিবা চহি অমগী মতুংদা ইবুংঙো মহাক্না অনাল খুল্লেনদা অমুক চৎখি, অদুগা মফম অদুদা মহাক্কী মহূৎ শীনবা ওইনা নুঙজাও অমা থম্লমখি। মদুগী নুঙজাও অদু হৌজিকফাওবা অনাল খুল্লেনদা লৈরি। অনালশিংনা মদুবু পূজা তৌনরম্মী। নুঙজাও অদুনা অনাল খুল্লেনগী মীশিংদা য়েক্লবশিং নত্রগা খুদোংথীবশিং লাক্লে হায়না হান্না তাকপীবগী থবক তৌই হায়না থাজনৈ। লাইনিংথৌ ৱাংব্রেলবু মীতৈ অমসুং অনালগী লাই ওইনা লাৎনখি।

মণিপুর সরকারনা মণিপুর এন্সেন্ট এন্দ হিষ্টোরিকেল মোন্যুমেন্ট এন্দ অর্কিওলোজিকেল সাইটস এন্দ রিমেন্স এক্ট, ১৯৭৬ কী মখাদা ইতিহাসকা শাগোন্নরক্লবা চান্দেল ডিষ্ট্রিক্টকী অনাল খুল্লেন খুলদা লৈরিবা অবিবা ৱাংব্রেলগী লাইশঙ, পূখ্রি, নুঙজাও অমদি মেগালিথিক সাইটশিং অসিবু সরকারনা ঙাকশেল্লবা মরুওইবা হিষ্টরিকেল মোন্যুমেন্টশিং অমদি মফমশিংনি হায়খ্রে (মতমগী য়াকাইরোল অমসুং সঙাই এক্সপ্রেস, তাং ৩০/০৭/২০০৩ ইং)।

## খ) অনালগী অথৌবা থুউমখেল

থায়না মমাংঙৈদ' অনালশিংগী থুউমখেল হায়না কৌবা ফেঠা (অথৌবা) অমা লৈরম্মী। মহাক্কী শাগৈদি মুশুমলা নত্রগা মুচললা হায়বদুমদি তাংদাংনা খঙবা ঙম্মদ্রি, অদুবু অনালগী অহল খরনদি মহাক্কী শাগৈ অসি মুচলনি হায়রি। অনালগী অরিবা ৱারীদদি মহাক্না অনাল খুল্লেনদা পোকখি, চাউখি অমদি লৈরকখি হায়বদুমদি প্রমাণ নত্রগা খুদম-চাংদমগা লোয়ননা উৎলে। মহাক্না অনাল খুল্লেনদা (লিমখুদা) লৈরগা কনখুলেগু হায়না খঙনবা

অনালশিংগী লৈবাকপু ঙাক্লম্মী। অনাল লৈবাক্কী মপু অমা ওইনা মহাক্লা মহাক্কী লৈবাক শীন্থুংনা চৎলম্মী। মহাক্কী থৌনা য়াম্না ফবা, অকি-অখং লৈতবা, খুদোংথীববু থেংননীংবা অমদি মীওই-লাইওই তৌবা অথৌবা নুপা অমা ওইরম্মী। মহাক্কী মতম অদুদি অকনবনা অচুম্বা শকপা মতমনি। ফেঠাশিংনা লৈবাক শাসন তৌনরম্মী। থুউমখেলনা মীতৈনা লৈবা তম্পাক্তা কুমথরগা অমদি কবোরোমদা চৎলগা অনালগী লম শন্দোক্লবা য়েক্লবা কোয়থি থিরম্মী। মহাক্লা মহাক মশামকপু মী অমনি হায়না খঙ্গখিদে, লাইগী শক্তি লৈবা লাইগুম্বা অমনি হায়না লৌজখি, অদুগা য়াম্না পাকচাউরবা চীংশাং অমগী লুচিংবা ওইখি।

মোইরাংগী লোকতাক পাৎ য়ৌবা ফাওবা মহাক্কী শক্তি লৈরম্মী। মহাক্লা মহাক্কী অনাবী নুপীগীদমক্তা লোকতাক পাৎতা চৎলগা লাক্লয়াদ্রবা কাও (মশা ওন্দবা শল্লাবা) ফারম্মী। অদুগা মহাক্লা কবোবোমদসু অনালগী লৈবাক শন্দোক্লম্মী। অনালশিংনা মহাকপু অনালগী অথৌবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মতীক মগুণ লৈবনি হায়দুনা হৌজিকফাওবা ঈকাইখুম্নবগা লোয়ননা নীংশিংনরি। হন্দক্তা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা হায়বদি তাং ১২/০১/২০০৩ ইংদা থুউমখেল, ৱোহ্লুং অমসুং বুংয়ামপা হায়বা অনালশিংগী *ফেঠা* (অথৌবা) অহুমগী নীংশিং-নুঙ অমা ঈকাইখুম্নজরিবা লোকেল এমঃ এলঃ এঃ শ্রী বিঃ উীঃ বেহ্নীং অনালনা সভাপতি ওইরগা য়ুংখি (ফোটো হাপচরি)।

অদুক য়াম্না মমিং লৈরবা অমদি কনামতনসু মায়থীবা পীবা ঙমখিদ্রবা অনালশিংগী অথৌবা থুউমখেলগী মমা-মপা অমদি মরী-মতাশিংগী মরমদা মরী-মখোঙ থিবা হৌজিকফাওবা নীংথিনা ফংনদ্রি, থিনরি; অদুবু মহাক্কী নুপীগী মমিংদি "**কেদীল**" হায়না কৌই। "**কেদীল**" গী অর্থদি লমকাংগী লোলদা "**নুংশিবা**" হায়বনি। মহাক্কী "**শঁলহ্লা**" হায়না কৌবা মচানুপা অমখক্তং লৈরম্মী। মহাক্কী ইমুং-মনুং অদুদি অনাল খুল্লেনগী খুঞ্জাশিংগা পূন্না লৈমিন্নরমখিদে। লমফৌ চরুদগী অনাল খুল্লেনরোমদা লাকপদা অনাল খুল্লেনগী পম্থোং য়ৌগদবা গজ ৪০০ রোমদা ঙাইরবা মফম অদুদা থুউমখেলগী




*নকাল :* অনাল খুল্লেনদা লৈবা *থুউমখেল, ভোল্লুং অমসুং বুংয়ামপা* কৌবা অনালগী ফেঠা (অথৌবা) অহুমগী নীংশিং - নুঙ

*মখা :* থুউমখেলগী শন্দংনা ওনখিবা নুঙজাও মমাংদা লেপলিবা অইবা অমসুং খোঙলোয়শিং







*মথক* ঃ থুউমখেলনা কবো চৎপদা অমদি হল্লকপদা পোত্থাফম ওইখিবা নুঙজাউ

*মখা* ঃ অনাল খুল্লেনগী হৌজিক ওইবিবা খুল্লাকপা এসঃ টীঃ থুশেলনা *আবফুবুলদগী* লৌবকপা মহীনা শেম্বা হূ-মতূম মতূমশিংবু তেনজৈনা থিনদুনা তাকলি

ইমুং-মনুংগী মীশিংনা তোঙান্না লৈরম্মী। মহাক্না খুঞ্জাশিংগী মরক্তা লৈতনা তোঙান্না লৈবগী মরমদি মীথোই-মীহেনবগী শক্তি লৈবা মহাক্না করিগুম্বা মতমদা ঈচম-চম্না অঙাংশিংবু নুংশিদুনা ফাগি তৌবা ওইনা মখুৎনা পায়রগা শান্নরুবা মতমদা করিমতা খঙহৌদবমখে অঙাংশিংদুগী মরক্তগী খরদি হেক্তা শিখিবা য়াওখি। অদুম হায়না তৌবদগী অনাল খুল্লেনগী অঙাংশিং খর শিখি।

মহাক্কী লাকশিনবা ঙমদ্রবা অমদি মাঙ-তাক্লীংঙাই ওইরবা শক্তি অদুনা মরম ওইরগা মহাকপু খুঞ্জা ময়াম্না ঈশিং শোক্লরিবা ঈফুৎওই গুহাওই লৈরিবা অদুদগী ঈশিং শোকহনখিদে **(ফোটো হাপচরি)**। মরম অদুনা মহাক্কী তোঙানবা "শেতূ" হায়না খঙনবা ঈফুৎ অমা লৈরম্মী। ঈফুৎ অদু চান্দেলদগী লাক্লগা অনাল খুল্লেনগী পম্থোং য়ৌরমদাই চান্দেল লম্বীদগীদি য়েৎথংবা চীংখাদা হৌজিকফাওবা লৈরি। ঈফুৎ অদুনা মহাক্কী হৱাও-নুংঙাইবগী অচৌবা চাকপীজবগী কুম্মে "তোতঙ-কম" পাঙথোকপদা ঈশিং মরাংকায়না পীবিরক্লবা হায়দুনা মহাক্না মখাগী ঈশৈ অসি শৈথাবগা শকখি ঃ

"Katutetue, Katu , tetue peltu-a
Peltu - a - ja ja katuletu te
Chui leluwngnu thalekang (2) ja,
Ja - thallekang - a - ja, talang rate kamna"

" কালেনথাদদি ঈশিং মরাংকায়না ঈফুৎসিদা লৈরকই,
অদুবু নিংথমথাদদি ঈশিং কংলকই। অমবু ওইরবসু
অমবু ওইরবসু তোতঙ-কম হায়বা উৎসব
অসিগীদমক্তা ঈশিং ব্রাৎহনবীনু।"

থুউমখেলগী শন্দং য়াম্না লৈরম্মী। মহাক্না অচৌবা উৎসব (তোতঙ-কম) অমা পাঙথোক্লবা শেম-শারম্মী। অদুগুম্বা উৎসব অদুদি য়াম্না ঈনাকখুনবা অমদি অঙম্বা মীতনা পাঙথোক্লরম্মী। মহাক্কী অদুগুম্বা অচৌবা উৎসব অদুগীদমক্তা য়াম্না চাউরবা শন্দং অমা পুরক্লগা পুন্দুনা থন্নম্মী। শন্দং অদু হাৎকে তৌরুবদা নুঙজাও অমা ওইনা ওম্থোকখিরম্মী। মদুগী নুঙজাও

অদু অনাল খুল্লেন য়ৌওরমদাইগী চীংমায়দা হৌজিকফাওবা লৈরি (ফোটো হাপচরি)। অদুদগীদি থুউমখেলনা অতোপ্পা শব্দং অমা পুহল্লক্লগা উৎসব অদু য়াম্না নীংথিনা পাঙথোকখি। মহাক্না অদুগুম্বা অচৌবা উৎসব (তোতঙ-কম) অদু কলেমবুংদা অমুক্কা অনাল খুল্লেনদা অমুক্কা পাঙথোকখি।

তোতঙ-কমগী ঈশৈদি মখাদা পীরিবা অসিনি। ঈশৈ অসি অনালশিংনা হৌজিকফাওবা শক্লরি।

"Khuwngma mathum (2) ya - a
Jotepa Khuwngmathum,
Jotepa Khuwngmathum ya -
Sinnu sinpa Vadamso"

ঈশৈদুগী অশম্বা অর্থদি ঃ

"নুপী নুপাশিংনা ঢোলগী তাম্থা মতুংইন্না
য়াম্না হরাও-নুংঙাইনা জগোই শাই।"

অনালগী অরিবা ৱারীশিং অমদি ঈশৈশিংদা য়ুম্ফম ওইরগা থুউমখেলগী অৱাংবসি ফুট মাপলরোম ওইখি। মহাক্কী খুদাংদি ইঞ্চি ২২ না কোল্লম্মী। মদুদি করিদগী খঙবা ঙম্মি? মহাক্না খুদাংদা শীরম্বা খূজী পীনঠাদগী খঙবা ঙম্মি। হৌজিকফাওবা মহাক্না শীরম্বা খূজী "পীনঠা" অদু কবোগী পিনসাদা লৈরি। থুউমখেলগী শা-লালগী খুৎলায়শিংদি থাং অমসুং চুঙ্গোয়, তা অমসুং চুঙ্গোয় অদুগা লীরূং অমসুং তেলনি। "পীনঠা" হায়না খঙনবা খূজী মখল অদুসু খৎন-চৈনবা অমদি শা-লালদা য়াম্না কান্নরবা খুৎলায় অমা ওইনা শীজিন্নরম্মী। অথৌবা থুউমখেলনা অনালশিংগী লৈবাক শন্দোক্লবা হায়দুনা কবোদা লাল তাখি, অদুগা লাল অদুদা মী ময়াম অমা তুরা-তুনা হাৎখি। মদুগা মরী লৈনবা ঈশৈ অমা ঃ

"Thuwmkhel Langcham Sena - a
Tamujol - huja Vathal Tehmi deso"

"থুউমখেলনা মী পূন্নমক তুরা-তুনা হাৎখ্রে,
অদুগা মরম অদুদগী অহিংদা মৈ অমতা ঙানবা উখিদ্রে।"

মহাক্না মী ময়াম অমা মকোক কল্লগা হাৎখি, অদুগা অককপা মকোকশিং অদু খাঙেলগুম্বা অশাংবা "অলুউম" তরাদা য়ানবদা পীক থল্লম্মী।

মণিপুরগা কবোগা তাইনফমদা লৈবা মণিপুরগী থাংবুং মিনৌ হায়বা খুল অদুগী হান্না খুল্লাকপা ওইরম্বা এসঃ টীঃ থুংনো অনালনা হায়বা মতুংইন্না তমুদা (কবোদা) লৈবা মী খরনা অথৌবা থুউমখেলগী মূর্ত্তিবু হৌজিকফাওবা লাই ওইনা লাৎনরি হায়রি। থৌনাফাবা অমদি অথৌবা থুউমখেলগী মমিং অদু কবোদা পাকশন্না শন্দোকখি। মদুদা কবো নিংথৌনা কল্লক্তুনা থুউমখেলবু নিংথি তুরেলদা লমগী ঙমখৈ লেপ্লসি হায়না কৌরগা মহাক্কী শাথীরবা মীওই তরূক থাজিন্দুনা মহাকপু হাৎননবা থৌরাং তৌখি। অদুবু থুউমখেলগী পাঙ্গল, থৌনা অমদি অঙকপা শক্তি অদু উবদ' মখোযনা কিদুনা হন্দোকখি।

থুউমখেলনা লন্থী অশম্বদা অনালগী লৈবাক য়ৌননবা লাকপদা উমংগী শাথীববা শামু লমশাশিং থেংনখি, অদুবু মহাক্না ইরায়-লাযনা শামুশিং অদু ভানা শাফু কন্না থিল্লগা হাৎখি। মহাক্না ওকশিং, হূইশিং, য়েনশিং, হৌদোংশিংনচিংবা য়ুমদা যোকপা শাশিংবু চাবা য়াম্না চাউরবা অমদি শাথীববা লিল অমসু লিলিবুং হায়বা খুল অদুদা হাৎখি। অদুগা অমুকসু মহাক্না খুলশিংগী মহয়-মরোংশিং অমদি মনা-মশীংশিং মাঙহনবা শাথীরবা লমওক কয়াসু ইরায়-লায়না হৌদোং হাৎপদৌনা হাৎখি।

থুউমখেলবু কনাম তনা মায়থীবা পীবা ঙল্লক্তবা অমদি মহাক্না মতীক-মগুণ কা-হেন্না লৈবা অথৌবা মী অমা ওইরকপা অদুদা য়ুম্লোন্নবা নিংথৌশিংনা অমদি অঙম্বশিংনা মহাকপু য়াম্না কল্লক-মিহৌরকখি। মরম অদুদগী মহাকপু শিরসনু হায়দুনা অনাল লোলদা "মুংচুং" হায়না কৌবা শাথীরবা শা অমা ফাননবা মোইরাংগী লোকতাক পাৎ ময়াদা থারম্মী। অদুম

ওইনমক থুউমখেলনা শাথীরবা শা অদুবু লাং থাক্কুনা ফারগা অনাল লমদা পুরকখি, অদুগা জগোই-ঈশৈগা লোয়ননা হরাও-কুম্মে পাঙথোকখি।

থুউমখেলনা কবোরোমদা য়াম্না তোয়না চৎলম্মী। মহাক্না চৎলম্বগী অমদি লৈরম্বগী খুদম য়াম্না ফংই। চলা চীং হায়বা চীং অমা ঔক্লু খুলগী নাকন্দা লৈ অদুগা **"চলা স্থ্য"** হায়বা অসিনা ফীরান মচেৎ খুলগী নাকন্দা লৈ। **"স্থ্য"** হায়বদি (থুমগী) ঈফুৎ হায়বনি। ঈফুৎ অদুগী ঈশিং অদু শোক্লগা থুম ওইনা শীজিন্নদুনা য়েনশাং থোংনবা য়াইসু হায়নৈ। চলা স্থ্যগী ময়ায়দা নুংজাও অমা লৈ। থুউমখেলনা কবোদা চৎপা অমসুং কবোদগী হল্লকপদা নুঙজাও অদুগী মথক্তা য়াম্না তোয়না পোত্থারম্মী। নুঙজাও অদুগী মকোক্কী শরূক অদু ফুট অমগা ইঞ্চি মঙারোম ৱাংই, ফুট অনীরোম পাকই অদুগা ফুট অহুমরোম থাই। নুঙজাও অদুগী মথাথংবা শরূক্তুনা খুবোম অমসুং খূউগী মওংশিং মানবা য়াওই। নুঙজাও অদুগী অপূনবা অচৌ-অপীক্কী চাংদি ফুট তরেৎরোম শাংই, ফুট মঙারোম পাকই অদুগা ফুট অহুম থাই (ফোটো হাপচরি)।

নুঙজাও অদুগী অৱাংথংবা শরূক্তা অতোপ্পা নুঙজাও অমসু লৈ। নুঙজাও অদুগী মথক্তসু থুউমখেলনা কবো চৎপা মতমদা ফম্লগা পোত্থারম্মী। মহাক্না গজ ৭০ রোম লাপ্পা মহাক্কী শন্দংশিং য়েংবা চৎলিঙৈদা কৈ অমনা মহাক্কী হূই অদুদা চোংশিল্লকখি, অদুবু থুউমখেলনা উরক্কুনা খুদক্তা কৈ অদু মফম অদুমক্তদা হাৎখি। কৈ অদুগা হূই অদুগগী খোঙ্গুলশিং অদু নুঙ অদুগী মথক্তা ময়েক শেংনা তাদুনা লৈবি, অদুগা অমুকসু মহাক্না ফম্লম্বগী খুদমসু নুঙ মথক্তুদা লৈরি। অচৌবা নুঙ অমসু থোরচাম খুলগী মনুংদা লৈবা **"চোং-চোং-স্থ্য"** কৌবা মফম অদুদা লৈ।

থুউমখেলনা তৌথোরকপা খুদিংমক খুঞ্জাশিংগী অপেনবা অমতা ওইখিদে। মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না অনাল খুল্লেনগী খুঞ্জাশিংগী অশাউবা অসুম অসুম হেনগৎলক্কুনা থুউমখেলবু থিরগা হাক্তোক্লসি হায়দুনা মখোয়না লেপ্পখি। থুউমখেলনা খুঞ্জাশিংগী অশাউবা অদু থিংবা ঙম্লক্তদুনা

"অবুউংথিং" হায়না কৌবা খোংনাংবট পাম্বীগুম্বা উজাও অমগী মথক্তা মহাক্কী হূইগা লোয়ননা থাংশাং অমদি চুঙোই পায়দুনা কাখৎলগা উশা মরক্তা তুমিন্না লোৎলম্মী। কম্বী-হৌরবা খুঞ্জাশিং অদুনা থুউমখেলনা লোৎলিবা উথক অদুদা তেল ময়াম অমা কাপখৎলম্মী, অদুবু থুউমখেলদদি পানখিদে। থুউমখেলনা লৌশিং অমা তৌদুনা মহাক্কী হূই অদু হাৎলগা মহাক শিরে হায়না খুঞ্জাশিংনা লৌজসনু হায়দুনা হূইদুগী ঈ অদু খর খর থাদরক্লম্মী। অদুদগীদি অকল-অরীং শীংলিবা অমদি য়াম্না শাউরবা খুঞ্জাশিং অদুনা থুউমখেল শিগ্রে হায়না খল্লগা করিমতা চিংনবা লৈতবমখৈ মহাক্কী মচানুপা শঁলহ্লাবু ফারগা ব্রাং হায়বা উ অদুনা শেম্বা শন্দং হাৎলমদাইদা শন্দংবু পুন্নবা "চাল্লিং" হায়না খঙনবা অচৌবা য়ুম্বী অদুদা পুল্লম্মী অদুগা হন্না হন্না ফৃজিং দুনা ওৎ-নৈরম্মী। অনাল খুল্লেনগী লুচিংবা অমনা থুউমখেলগী মচানুপা অদুদা মখাগী ঈশৈ অসি শকচিল্লম্মী ঃ

"Thuwmkhel chara solhla, padu- se - o
Koltunglen Vapa Jephu pesuse
Paduse - o - Koltunglen Vapa Jephu pesusc
Jephu sure suthima chaling tenre tenthima,
Jephu sure suthima,
Chaling tenre tenthima,
Alp Thuwmkhel helacha chalingăten pevaso."

"থুউমখেলগী মচানুপা শঁলহ্লা ফারো,
য়ুম্বীদা মহাকপু কন্না পুন্সিল্লো,
মহাক্লা ব্রাহৈ ত মফাওবা ঙাঙবা ঙল্লক্ত্রবা মতমদা
মপাদা কনবীয়ু হায়না হায়জসনু।"

অনাল খুল্লেনগী লাইব্রা-তীনব্রা হৈবী মাইবীনা য়েংবদা থুউমখেল হিংলিব্রা নত্রগা শিগ্রব্রা হায়বা খঙবা ঙমখিদে। অমরোমদনা থুউমখেলদি উজাও অদুগী মথক্তা অহিং অমা লেনখি। মহাক্লা উথক্তা তূল্লিঙৈদা অঙকপা

ফংলবা মঙ অমা মঙখি। মহাক্কী মমঙদা মহাক মশামক্লা পৃষ্টি ওইনা শীজিন্নরিবা "শেতৃ" হায়বা ঈফুৎ অদুনা মহাক্লা লোৎলিবা উজাও অদুগী অকোয়বদা ঈচেল নাইনা চেল্লম্মী অদুগা মঙোন্দা ঈশিং য়াম্না খৌরাংহল্লম্মী। মহাক্লা খুদক্তা মীৎকপ থোরক্লগা উজাও অদুগী অকোয়বদা য়েংলুবদদি ঈশিং অমতা লৈরমখিদ্রে। "ঐগী ইমঙদা শেতৃগী অশেঙবা ঈশিংনা ঐনা লৈরিবা উপাম্বীসিগী অকোয়বদা চেল্লম্বা উবদা ঈশিং খৌরাংবনা ঐহাক খাঙবা ঙল্লমখিদে, অদুবু ঐনা মীৎকপ থোকলকপা মতমদদি ঈশিং মরীক অমফাওবা উখিদ্রে, শেরান্ননা উহনবা মঙ ওইরম্লে," হায়না মহাক্লা মঙখিবা মঙ অদুবু শৈথারগা ঈশৈ ওইনা শক্লকখি।

অদুদগীদি মহাক্কী অমতা পোকচবা মচানুপানা খুঞ্জাশিংগী ওৎ-নৈবদু খাঙবা ঙল্লক্তদুনা কপ্লকপদু তারগা থুউমখেলনা তুমিন্না লৈবা ঙমলকখিদে। মবম অদুনা মহাক্লা অনাল খুল্লেনগী অথৌবশিংদা "মপা ঐনা হিংলিঙৈদা ইচাবু খুঞ্জাশিংনা থীনা তৌবীবসি ঐনা য়েংদুনা লৈবা ঙল্লক্রে, মরম অদুনা ইচানুপাগা ঐগী শন্দংগা ওন্নসি," হায়দুনা ঈশৈ ওইনা শক্লকম্মী। মতম অদুদদি অব্রাববু ওইরো নুংঙাইববু ওইরো ঈশৈ ওইনা শক্লগা ফোঙদোক্লরম্মী।

থুউমখেলনা থুনমক উজাও অদুদগী কুমথরক্লগা খুঞ্জা ময়াম অদুগী মরক্তা চেনশিল্লক্লম্মী অদুগা মখোয়গী মমীৎ-মমায়শিংদা "মচাম" হায়বা উপাম্বী অদুগী অনপ্পা মহীশিং চাইশিল্লম্মী। মখোয়না মমীৎ-মমায়শিং তৈথোক্লিঙৈদা থুউমখেলনা মচানুপাবু পুল্লিবা থৌরী অদু ককথৎলম্মী অদুগা মপা-মচা অনীনা মীয়াম মরক্তগী নাম্থোক্তুনা অনাল খুল্লেন থাদোক্লগা শুরাম লমদা মহাক্কী নুপী অমদি মহাক্কী মরূপ ব্রোহ্লুংগা লোয়ননা চেল্লগা পানখি। থুউমখেলগা ব্রোহ্লুংগনা তুমু অমসুং পিনশানচিংবদা শানগী নিংথৌশিংগা তত্তনা লাল শোক্লখি। মফম অদুগী খুঞ্জাশিংনা থুউমখেলবু য়াম্না থাগৎপা অদুদা ব্রোহ্লুংনা মিহৌবা অমগা লোয়ননা মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইতনা লৈখি। মরম অদুনা ব্রোহ্লুংনা হৌরকপদগী নোংমদি মখোয় অনী কনানা ঙম্বগে য়েংনসি হায়দুনা অকন-অথৌগী পাঙ্গল ফুদোক্লরকখি। চাংয়েং অদুদা

মখোয়না শীজিন্নখিবা খুৎলায়শিংদি তা অমসুং চুঙ্গোইনি। থুউমখেলনা অহানবদদি মহাক্কী মরূপ ঝোহুংবু তৌনীংবা তৌজসনু হায়না থাদোক্লম্মী। মমৈথংদদি ঝোহুংনা হেঙ্গিল্লকপদগী থুউমখেলনা তানা থীনবদা ঝোহুংগী চুঙ্গোয় ফাওরগা মহাকপু ফাওরেং লেংদুনা হাৎখি। খর অমনা হায়বদি চাংয়েং তৌনবা অদুদা ঝোহুং মঙক তেক্লগা শিখিসু হায়নৈ। থুউমখেলনা মহাক্কী মরূপ ঝোহুং শিবগী থৌরম পূম্নমক পাঙথোকখি। ঝোহুংগী মিং লৌদুনা মহাক্লা শিখিবা মফম অদুবু হুংপে খুল কৌখি হায়নৈ। মখোয় অনীগী ঈশৈশিং হৌজিকফাওবা অনালশিংনা শক্লবি।

থুউমখেলনা মহাক্কী মরূপ শিখিবদগী মথব্রায় নুংঙাইতদুনা খুল অদু থাদোক্লগা অতোপ্পা মফম অমা শেম্লগা খুন্দাখি। ঝোহুংগী নুপী অমসুং মহাক্কী অপীকপা মচানুপাবু থুউমখেলনা য়োকখি। অঙাং অদুনা চাউরক্লগা মপা-শক্লবা থুউমখেলবু মহাক্কী শৌচথোংদা তেন্না কাপ্লগা হাৎখি। থুউমখেলর্নাদি তেল অদু মহাক্কী শৌচথোংদা কাপচৌ করিবু তৌজরগনি হাযদুনা করিমতা থৌওইদনা অঙাং অদুদা মথুন ফাকচিল্লগা হাযখিবনি। ঝোহুংগী মচানুপানা কাপখিবা তেল অদুনা শোকখিবদি খজিক্তনিনা থুউমখেলনা করিমতা থৌশাদনা লৈখি, অদুবু লাইবকথীবদি তেল অদুগী মচিন্দা হূ তৈরম্বদগী অহিংদা মহাক খঙহৌদনা শিখি। তেল মচিন্দা তৈনবা হূদুদি "আরফুবুল" হায়না কৌবা হূ পাম্বী অদুদগী লৌরম্মী। রব্বর পাম্বীদগী রব্বব লৌবগুম্না আবফুবুল পাম্বীদগী (ফোটো হাপচরি) হূ লৌনৈ। উচেকশিংনা হূ-পাম্বী অদুগী মহযগা চারুববদি শি হায়নৈ (হূ পাম্বী অদুদগী মহীদু লৌবগা শেম্বা হূ মতূম মতূম অদুবু অনাল খুল্লেনগী খুল্লাকপনা মহাক্কী যুমগী শুমাংদা পুথোক্লগা উৎপগী ফোটো হাপচবি)।

থুউমখেলগী অশিবা হকচাঙবু লৈরোল চনখিবা মফম অদুবু টোমথাং হায়না কৌখি, অদুদগী লোল অদু থৈথবক্তুনা তুতাং নত্রগা দুথাং খুল হায়না কৌনখি হায়নৈ। খর অমনদি থুউমখেলনা শিখিবসি কনামতনা মহাকপু হাৎলগা শিখিবা নত্তে হায়নৈ। মহাক্লা ঝোহুংবু হাৎলবা মতুংদা মহাক্লা য়াম্না

হরাওমনখিদুনা মহাক্কী খিংখাং লাউবা মতা অদুবু উৎকে মতাগুম মহাক্কা মহাক্কী তা অদু মথক্তা য়াম্না ব্রাংনা লংখৎপ্রগা ওক্কে হায়না তৌবদা নাঙ্খিবদগী তানা লেংদুনা শিখিবনি হায়নসু হায়নৈ। মহাক্কা মহাক্কী মরূপপু হাৎলগা য়াম্না হরাওরমগনি হায়বসিমদি থাজবা ব্রাংলি।

## গ) রালহিংগানা খোংজাই নিঙোল লৌবা

দার্জোলদা অনালশিংনা খুন্দাদুনা লৈরিঙৈ মতমদা মোহ্লিং কৌবা নুপা অমনা মোদিল অমসুং রালহ্লিংগা কৌবা মচানুপা অনীখক পোল্লম্মী। রালহ্লিংগানা হাৎরম কৌবী খোংজাই নিঙোল অমা লৌখি। হাৎরমগী মমানা মচানুপীগী মনাক্তা চৎলুরগা মহাক্কী খুলদা হল্লকপা মতমদা তুরেল অমা লাল্লম্মী। মদুদা মহাক ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা শিখি। মহাক্কী মচানুপাশিংনা মমাবু থিবা ফংলক্লবদা মচননুপী হাৎরমগী নুপানা মখোয়গী মমাদু হাৎপ্রবনি হায়না লান্না লৌখি। মরম অদুনা মখোয়না মশেলনুপাগী ময়ুমদা লাক্লগা মশেলনুপা রালহ্লিংগাবু হাৎলম্মী। অদুদগীদি মখোয়না মখোয়গী মচননুপী হাৎরমবু মখোয়গী ময়ুমদা পুরক্লগা মঙোন্দা হায়রকখি ঃ "হে, ইমা হাৎপা নুপাগী নুপী! নহাক্না হৌজিক মীরোল্লিবা অঙাং অসিনা পোক্লকপা মতমদা করিগুম্বা নুপা ওইরম্লবদি ঐখোয়না হাত্তোক্কনি, অদুগা নুপী ওইরম্লগনা হাৎপীরোই।" অঙাং পোকপগী মতম য়ৌরক্লবদা হাৎরমনা মচানুপা অমা পোকখি। মহাক্কী মনাওনুপীশিংনা অঙাং অদুবু য়াম্না নুংশিনা তৌরম্মী। মখোয়না অঙাং অদুবু য়াম্না নুংশিবদগী হাৎখিদনবা হায়দুনা নুপীমচা পোক্লে হায়দুনা হায়জিন্নখি অদুগা মখোয়গী মবুংশিং অদুনসু মচনশিংগী ব্রাদু থাজদুনা অঙাং অদু হাৎখিদ্রে। অঙাং অদুগী মিংসু বোইরম হায়না নুপীগী মিং থোনখি, অদুগা নুপীগী ফনেকসু মঙোন্দা শেৎপীরম্মী।

অঙাং অদুনা চহি তরামরি /তরামঙা শুরকপা ফাওবদা মহাকপু নুপানি হায়না মবুংশিংদা মচনশিংনা খঙহনখিদে। অচুম্ববু মতম কয়াম কুইনবু লোৎশিন্দুনা থম্বা ঙমগদগে? মতম খর নৈরগা মহাকপু মহাক্কী মামশিংনা

নুপানি হায়বা খঙলকখি। মহাকপু হাৎকে হায়দুনা মহাক্কী মামশিংনা থিরকপদা মদোমচাশিংনা মহাকপু ফৌড়ানা কুপশিল্লগা লোত্তুনা থল্লগা থিবা ফংহনখিদে। মখোয়না বোইরমদি "অহিংদা চেনখ্রে" হায়না হায়জিল্লগা লোত্তুনা থমখি। মহাক্কী মামশিং অদুনা চৎখ্রবা মতুংদা মমা হাৎরমনা মচানুপাদুবু শোয়দনা হাৎখিবা তারে হায়দুনা মপাগী খুন্দা থুনা চৎখিনবা থৌরাং তৌরম্মী। মহাক্কা মচানুপাদা থাং অমা পীরগা থাখি। মচানুপা অদুনা মপাগী খুলদা চৎলমদাইদা মমানা মঙোন্দা অসুম্না পাওমেল্লকখি ঃ "ইবুংঙো! নহাক য়াম্না থুনা নপাগী খুন্দা চৎখ্রো। নহাক্কা চৎখিবদা তুরেল অমগী মথক্তা থোং অমা লৈরম্বা থেংনগনি; থোং অদু নহাক্কা হেক লাম্থোকপগা ঐহাক্কা পীরিবা থাং অদুনা য়াল্লগা থোং অদু থুদেক্লম্মু। অদু ওইরবদি নহাক্কী মামশিংনা তুরেল অদু লানবা ঙম্লরোই। অদুগনে ইবুংঙো ইমানা হায়রিবসে কাউনুকো। নহাক্কা থোং অদু থাংনা যাম্থবা মতমদা **রালথ্রিং চাপা শিস্তারু**, হায়না হায়বগা যাল্লু। নহাক্কা নপাগী খুল য়ৌরগা নহাক্কী তাদা শিনরুংগী ময়ুমদা থুংউ, মরমদি মহাক নখোযগী শাগৈগী অহলনি।"

মমানা হায়বা য়াথংগী মতুংইন্না মহাক্কা মপাগী খুলদা য়ৌরগা য়াম্না নুংঙাইনা লৈখি। মহাক্কা অনাল নিঙোন "**শঙতা**" কৌবী অমগা লুহোংদুনা মচানুপা অমা পোকখি। মহাক্কী মদোমচাশিংনা মহাকপু ফৌড়ানা কুপশিনবীদুনা লোৎলগা হিংহনখিবনি হায়বদগী মহাক্কী মচানুপাগী মমিং অদুবু "**বিদার**" হায়না থোনখি। অনাল লোলদা ফৌড়াবু "**বিদার**" কৌই। বিদারনা মচানুপা মরি মচানুপী অহুম পোকখি। মচানুপা মরি অদুগী মমিংশিংদি ঃ (১) রুব্রনদার, (২) হ্রাংরল, (৩) পাসেল অমসুং (৪) রাংলুম। মখোয় মরি অসিনা তুংদদি য়ুম্নাক মরি থোকখি। অসুম্না অনালগী য়ুম্নাক মশীঙ হেনগৎখি। [ ]

তাঙ্কক মাপল

## অনালগী ফুঙ্গা ৱারীশিং

যুমগী অহলশিংনা ফুঙ্গাগী অকোয়বদা মচা-মশুশিংবু ফমহল্লগা নুংঙাই-নুংঙাইরবা ৱারীশিং কযা লীবিদুনা তাহল্লম্মী। ফুঙ্গাদা ফল্লগা অহলশিংনা ৱারী লীদুনা তাহনখিবা ৱারীশিং অদুবু ফুঙ্গা ৱারীশিং কৌনখি। তমগী ফুঙ্গা ৱারী ময়াম অমা লৈবগুম্না চীংগীসু নুংঙাই-নুংঙাইববা ফুঙ্গা ৱারীশিং লৈ। অনালগী ফুঙ্গা ৱারীশিংসু অৱাংপা লৈতে, মবাংকাযনা লৈ। হৌজিক্তি ফুঙ্গা ৱারীশিং অদু লৈনুংদা চেনবা লাইজ ঈচেলগুম্না চেল্লি, অদুবু ঈচেল অসি মমৈথংদা লেপখিবা য়াবগী মওং-মতৌদুবু উকবদা নুংশাথীজদুনা অনালগী ফুঙ্গা ৱারী তবামাথোইখক্তং খনগৎলগা থমজবি ঃ

### ক) হূইনা মপু ওইগদবা থিরকপা

থায়না মমাংঙৈদা অশিংবা হূই অমা লৈরম্মী। হূই অদুনা তাইবংদা লৈরিবা থৱায়পানবা জীবশিংগী মনুংদগী খ্বাইদগী মতীক-মগুণ লৈবা অমা খল্লগা মহাক্কী মপু ওইহঞ্জগে হায়দুনা থিরকখি। মহাক্না অহানবদা শামুবু খ্বাইদগী অচৌবনি, অকনবনি অমদি মতীক-মগুণ লৈবনি হায়না খল্লগা

শামুগী মতুং ইন্দুনা “ঔ!” “ঔ!” হায়না খোংলম্মী অদুগা শামু অদুদা হায়জরকখি ঃ “ঐহাকপু ননাই ওইনা লৌশিনবীয়ু।” শামু অদুনা হায়রকখিঃ “ হূই নঙ খোংগনু, ব্রা-ঙাঙগনু। কৈনা তারবদি ঐখোয়বু চাখিনি।” শামুগী ব্রাদু তাবদা হূই অদুনা অসুম্না খল্লকখি ঃ “ইহে! শামুবুদি কৈনা ঙম্বজাৎনিদনা! শামুগী মনাই ওইগদবগী শরুকপুদি কৈগী মতুং ইল্লগে।” হূই অদুনা “ঔ!” “ঔ!” হায়না খোংলগা কৈগী মতুং অমুক ইল্লকখি। কৈ অদুনা হূই অদুদা তুমিন্না লৈয়ু তাইবং মীনা উরগা ঐখোয়বু হাৎখিনি।” অদুদগীদি হূই অদুনা তাইবং মীগী মনাই ওইবনা হেন্না ফরে খন্দুনা মহাক্না অউ-অউবমখৈদা খোংলগা তাইবং মীগী মতুং ইল্লকখি। তাইবং মীনা হরাও হরাওনা হূই অদুদা হায়রকখি ঃ “দুরুবী, নহাক মাংদা চৎলু। অউ-অউবমখৈদা খোংউ, মরাল লৈবা মীবুদি চীকউ। নহাক করিমতা কিগনু। নহাক্কী য়েক্লবশিংবু থেংননবা ঐহাক্কী থাং, তেল, তানচিংবা খুৎলায় য়াম্না লৈ। খোংউ, চীকউ অমদি কিগনু। মপু ওইবা ঐহাক অমা লৈ হায়বসে কাউগনু।” মদুদগীদি হূইগী মপুসি তাইবং মীনা ওইখি।

## খ) শওমনা শনম কিবা

অনালশিংগী য়াম্না নুংঙাইরবা ফুঙ্গা ব্রারী অমা লৈ। শওমনা করিগীদমক্তা “অহ্নাম” বু কিরিবনো হায়বদুগী ব্রারীনি। অনাল লোলদা শনমবু “অহ্নাম” হায়না কৌই। শনম হায়বদি খ্বাঙফি শাবদা খ্বাঙদা খ্বাঙলাক ওইনা শীজিন্নবা শউন মচেৎ অদুবুনি।

থায়না থায়না মমাংঙৈদা নুপী অমখক্কী য়াম্না মশক মতৌ ফজরবী মচানুপী লৈশাবীমচা অমা লৈরম্মী। মহাক মমানা হায়বা ইনবী মচানুপীনি। মমানা পামলৌদা চৎলমদাইদা মচানুপী অদুদা “অম্মে” থোংলম্মু হায়না হায়রম্মী। টোরবোৎপু অনাল লোলদা “অম্মে” হায়। মচানুপী অদুনা তাবদদি “অম্মে” গী মহুত্তা “অনে” হায়না তাহৌখি। অনাল লোলগী “অনে” হায়বদি মীতৈলোলদা “ননাও” হায়বনি। মরম অদুদগী মচানুপী অদুনা মমানা

হায়রম্বনি হায়দুনা মহাক্কী অপীকপা মনাও অদুবু হাৎলগা য়েনশাং ওইনা থোংখি। মমানা চীংলৌদগী য়াম্না ৱানা হল্লক্লম্মী অদুগা ময়ুমদা তৌরল্লিবা শাথীরবা মতৌ অদু উবদা য়াম্না শাউরকখি। মহাক্না মনাক্তা লৈরম্বা শনম অদু লৌরগা মচানুপীদা হন্না হন্না কল্লম্মী। মচানুপী অদুনা শনমনা কনবগী চৈনা অদু খাঙবা ঙম্লক্তদুনা উমংদা চেনশিনখি অদুগা শওম ওনখি। মরম অদুদগী অনালশিংনা শওম তাম্থোক্লবা হায়দুনা পামলৌশিংদা অহ্নাম (শনম) য়াল্লগা থমনৈ; অদুগা মখোয়না কনাবুসু শনমনা ফুনদে।

## গ) হঙোইনা কনবীবা

থায়না মমাংঙৈদা অনালগী নিংথৌ অমনা লাইৱা-তীনৱা হৈবা অনালগী মাইবা অমা কৌবগা হায়রকখি ঃ "ওঝা মাইবা, নহাক্না লৈবাক অসিদা তুংদা করি থোক্লগদগে হায়বদু চপ-চানা মাঙজৌননা ঐঙোন্দা নোংমা-নিনিসিগী মনুংদা খঙহনগদবনি, নত্তবদি নহাকপু হাৎকনি।" মাইবা অদুনা তৌফম খঙদবমখৈ অৱাবা পোৎলূম অমা পুরগা কোনুংদগী থোরকখি অদুগা মহাক্না ময়ুমদা লাকপা লম্বীদা হঙোই মতৈ-মনাও অনীখক থেংনরম্মী। মখোয় অনীনা চয়োল অমা চুপ্না নোং শোযদনা তাগনি হায়না ৱারী-ৱাতাই শানরম্মী। হঙোই অনী অদুনা মাইবা অদুদা তুরেল অমগী ৱাংমদা খর পুবিয়ু হায়জরম্মী। মাইবা অদুনা মখোয় অনীবু তুরেল অদুগী ৱাংমদা পুবিরম্মী অদুগা মখোয় অনীদা হংলকখি ঃ "নখোয় অনীনা শানখিবা ৱারী অদুবু করিনো? ঐঙোন্দা অমুক্তা শেংনা হায়বিয়ু।" হঙোই লাবা অদুনা মোমোন মোমোন নোক্লগা হায়রকখি ঃ "ঐখোয় অনীনা শানখিবা ৱারী অদুদি চয়োল অমা চুপ্না নোং শোয়দনা তারগনি হায়না শানখিবনি। শোয়দনা, ওজা মাইবা, চয়োল অমা চুপ্না নোং লেপ্তনা তাগনি থাজবিয়ু।" মাইবা অদুনা হঙোই মতৈ-মনাও অদুবু তুরেল অদুগী ৱাংমদা থম্বীরম্লগা নিংথৌগী মনাক্তা থুনা চৎলম্মী, অদুগা চয়োল অমা চুপ্না নোং তাগনি হায়না নিংথৌ অদুদা মাঙজৌননা হঙ্গৎচখি। মাইবা অদুনা হায়বা মতুংইন্না চয়োল অমা চুপ্না নোং তাখিবদগী নিংথৌ অদুনা মাইবা অদুবু হাৎখিদ্রে।

## ঘ) কৈগী গুরু হৌদোং

থায়না মমাংঙৈদা কৈ অমনা শা-ঙা ফাবগী মহৈ তমগে হায়দুনা মহাক্কী গুরু অমা থিরম্মী। নোংমদি কৈ অদুনা হৌদোংদগী মহৈ অদু তম্লগে হায়দুনা হৌদোং অমগী মনাক্তা চৎলম্মী অদুগা মঙোন্দা মহৈ অদু তম্বীয়ু হায়দুনা হায়জরম্মী। কৈ অদুদা য়াম্না হৈ-শিংনা শা-ঙা ফাবগী মহৈদু তম্বীখ্রবদি মহাক্না মঙোন্দগী হন্থ-হন্থবা শাশিংবু তুহৎপীরগা চাবিখিনি হায়না হৌদোংগী থম্মোয়দা চিংনবা অমা পোল্লকখি। মরম অদুনা কৈগী গুরু ওইরিবা হৌদোং অদুনা শা-ঙা ফাবগী মহৈ খরদি তম্বীরগা শা-ফারমদাইদা য়েংগদবা মীৎয়েং, লৈগদবা ফীভম অমদি উদা করম্না কাগদগে হায়বদুমখৈদি তম্বীখিদে। মরম অদুদগী কৈ অদুনা শা-ফারমদাইদা মমৈ হাইরুবদগী মনাক্তা লৈরম্বা নাপীশিং অদু লেঙলকখিদুনা মহাক লৈরে খঙখিবদগী শাশিংনা চেনখি। কৈ অদুনা শা ফাবা ফংহৌদবদুদা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইখিদে অমসুং নীংবকায়না লৈহৌখি।

নোংমদি মহাক্না হৌদোং অদু হাত্তোক্লগা চারগে হায়দুনা য়াম্না শাউনা লাক্লম্মী। মহাক্না হৌদোং অদুদা হায়রকখি ঃ "নহাক্না শেরান-তুরান তম্বীবা মহৈ অদুনা ঐবু শা অমা ফাওবা ঙমহনখিদ্রে। ইমৈনা হাইরুবদা ইমৈ মনাক্তা লৈরম্বা নাপীশিংনা লেঙখিবদগী ঐহাক লৈরে খঙখিদুনা শাশিং অদুনা চেনখি। ঐহাক্না শা অমতা ফাবা ঙমহৌখিদে। হৌজিক্তি ঐহাক্না নহাকপু চাবা তাবে।" কৈনা হৌদোং অদুবু তান্নরকপদা হৌদোং অদুনা উ মথক্তা হেক্তা কাখৎখ্রগা কৈ অদুদা শুগত্তুনা য়েংলগা লক্লরকখি। কৈ অদুনা তিন কুৎ কুৎ য়োৎলগা উথক্তা কাখৎখ্রিবা হৌদোং অদু য়েংলগা লৈখি।

হৌদোং অদুনা উথক্তগী কৈ অদুদা শুকউ-উশিত্তনা হায়রকখি ঃ "ঐবু নহাক্না ফারগা হাত্তুনা চাগনি হায়বা ৱাখলগা নমঙফাওবদা খল্লুরনু। ঐগী ইথী ফাওবা নহাক্না উবা ফংলরোই।" কৈ অদুনা হৌদোং অদুদা করিশু তৌবা ঙমদনা নীংবকায়রগা হনখি। অদুদগীদি হৌদোং অদুনা মহাক্কী মথীফাওবা কৈ অদুদা উহল্লরোই হায়দুনা মখোঙনা লৈবাক খোৎচিল্লগা

লোৎশিনখি। অদুদগীনি হৌজিকফাওবা হৌদোংনা মথীবু মখোঙনা লৈবাক খোৎচিল্লগা লোৎলিবসি।

## ৬) থ্রিংটেম

থায়না মমাংঙৈদা থ্রিংটেম কৌবা নুপা অমগী মচা পোক্তবী নুপী অমা লৈরম্মী। মীগা শাগা লৈমিন্নরিঙৈগী ৱারীনি। মখোয় মতৈ-মনাও অনী অদু অঙাং ওইরিঙৈদগী নুংশিনরকপনিনা শুকথা থাদোক্লখিদে। নুপানা চৎলে নুপীসু য়াওরম্মী অদুগা নুপীনা চৎলে নুপাসু য়াওবম্মী। থবক শুরবসু মখোয় অনী পূন্না পূন্না শুমিন্নরম্মী। লাইবকথীবদি মখোয় অনীগী মমীত্তা মচা অমফাওবা উবা ফংখিদবদুনি। মখোয় অনী মতম খর লৈমিন্নরবা মতুংদা নুপী অদু মতম চাদনা শিখি। থ্রিংটেমনদি শিবা হায়বদু খঙদবনিনা মহাক্কী নুপীগী অশিবা হকচাঙ অদু হিংগৎলকখিনি হায়দুনা অদুম থম্লম্মী। অশিবা হকচাঙ অদুনা, নুংশাসোর হোন্দনা অদুম মতম শাংনা লৈরকপদগী, অসুম অসুম চাউখৎলক্তুনা মমৈথংদদি পোকখায়রকখি। অদুদগীদি থ্রিংটেমনা মহাক্কী নুপী অদু শিরে হাযনা খঙলকখি অদুগা কপ্পা হৌরকখি। মতু শিখিবগী নুংঙাইতবনা মহাক চাবা অমদি থকপা খঙদবমখৈ মতুগী বাখল তৌদুনতা লৈখি।

নোংমদি মহাক্না মহাক্কী নুপীগা লোয়ননা লশিং থাখিবা পামলৌ অদু য়েংবা চৎপদা লশিংশিং অদু **তোকপা** হায়না কৌবা শা অদুনা লোক্লম্মী। মদু উবদা থ্রিংটেমনা **তোকপা** অদুবু হাৎকে তৌবম্মী। **তোকপা** অদুনা মঙোন্দা হায়রকখি ঃ "ঐবু হাৎপীগনু, থ্রিংটেম! ঐহাক্তী নহাক্কী নুপীনা লশিং লোকউচো হায়দুনা থারকপনি। নহাক্কী নুপী অদুদি খমনুং লৈবাক্তা নহাক্কী ৱাখল তৌরগা য়াম্না ৱানা লৈহৌই।" মহাক্না **তোকপগী** ৱাদু তাবদা হায়রকখিঃ "ওঃ ঐগী নুংশিরবা **তোকপা**! ঐহাক্না নঙোন্দা ৱা অমতা হায়জগে হায়ববু য়াবীগদ্রা? ঐবু নহাক্না ঐগী নুপীগী মনাক্তা পুবা ঙমবীগদ্রা? ঐখোয় অনী উনবা য়াগদ্রা?" **তোকপনা** খুম্লকখি ঃ "ঐবু হাৎপীগনু। নহাক্না নহাক্কী নুপী উননীংলবদি ঐগী ইমৈসি পায়রগা চাবা, থকপা অমদি

তূম্বা হেক খন্দবমখৈ ঐগী ইতুং ইল্লকউ; অদু ওইরবদি নহাক্লা নহাক্কী শিগ্রবা নুপী অদুবু খমনুং লৈবাক্তা উবা ফংগনি।"

মহাক্কী শিগ্রবা নুপী অদু উননীংবদগী হ্রিংটেমনা তোকপগী মমৈ পায়রগা খমনুং লৈবাক তান্না চৎলম্মী। মফম অদুদা মহাক্লা অঙক-অঙকপা ময়াম অমা উরম্মী। মহাক্লা মহাক্কী নুপী হেক উবদা তাইবংগী ব্রারী মঙোন্দা শাবা হৌরম্মী অদুবু মহাক্কী ব্রারী অদু মহাক্কী নুপীনা তাবিখিদে। অহিংবা মীগা অশিবা মীগদি তিন্নবা য়াদবনিনা মখোয় অনী য়াম্না চাক্লা চাক্লা লৈনখি, য়েংনরগা কপনখি। মফম অদুদা চারল্লিবা অমদি থক্কল্লিবা চীঞ্জাকশিং অদু উবদা হ্রিংটেমদি য়াম্না তুক্কচবা ফাওরম্মী। মফম অদুদদি শরুবু অহাওবা শদূমনি হায়না অদুগা ব্রাইবুনা চেং ওইনা চানরম্মী। মরম অদুদগী অনালশিংনা শরুনা শাগী মহুৎ অদুগা ব্রাইনা চেংগী মহুৎ শিল্লগা অশিবা মীশিংগী মংলা-থাবগী থবক তৌরকখি। খমনুং লৈবাক অদুদদি তিংখাকপু শওমগুম লৌনরম্মী। লুক্রাকপু হেক পায়রুবদা ঙা হেক্তা ওল্লগা কম্বিদা ঙৌদুনা চানবম্মী। হ্রিংটেমনা লুক্রাক্তু পায়রুবদদি ঙা ওনখিদে, মৈনা হেক্তা চাকথোকখি। পূম্নমক পূমখেন-খেন্নরম্মী। মরম অদুনা হ্রিংটেমদি খমনুং লৈবাক অদুদা লৈবা হৈনরকখিদে, চাদ-থক্তবনসু ময়াং য়াম্না কংশিল্লকখি। হ্রিংটেমগী ফীভম অদু য়েংবা ঙম্লক্তদুনা মহাক্কী অশিবা নুপী অদুনা মহাকপু য়ুমদা হল্লো মহাক নোংমা লাক্কে অদুগা মখোয় অনী লৈমিন্নসি হায়না মহাকপু থেল্লম্মী।

হ্রিংটেমনা মহাক্কী নুপীবু নুংশিমনবদগী যমরাজদা চঙজরগা হায়জরকখি ঃ "ঐগী নুপীসে তাইবং মীরল্লেন্দা পুজখ্রগে। ঐহাক্কী মহাকপু থাদোকপা শুকঙম ঙমদ্রে। ঐখোয় অনীবু থিনবীরো।" যমরাজনা হায়রকখিঃ "অশিবা মীগা অহিংবা মীগা লৈমিন্নবা য়ারোই। তাইবং সংসারদা লৈরিবা মী মখৈ নহাক্কী নুপীগুম্না শিরবা মতুংদা মফম অসিদা লাক্কনি, অদুগা মানা মানা তৌরকপা থবক্কী ফল মতুংইন্না মফম অসিদা চৈরাক নত্রগা অফবা মহয় (বর) ফংগনি।" ব্রাহৈ খর অদু হ্রিংটেমদা হায়রগা যমরাজনা মহাকপু পুরগা কম্মগী (থবক্কী) ফত্তবা অমদি অফবা মহয়শিং চারিবা অশিবা মী

মখল মখলশিংবু য়েংহল্লম্মী ঃ

১) মীবু খোংবান মথক্তা হীপহল্লগা মীশিংনা মহাক্কী মথক্তা নেৎলগা খোংবান অদু লাল্লম্মী। মদুদা মহাক্লা কপ্লা কপ্লা খাঙলম্মী। মদুগী চৈরাক অদুদি মহাক্লা তাইবংদা লৈরিঙৈদা মীয়াম্না চৎনরিবা থোং শীদোক্লগা শীং ওইনা মৈ থারুবগীনি।

২) মী অমগী মকোক্তা উপাম্বী অমা হৌরগা মহাক্লা ঙক নারে, পুবা ঙমদ্রে হায়দুনা কপ্ল-কপ্লগা ব্রানা খাঙলি। মদুদি মহাক্লা তাইবংদা লৈরিঙৈদা মীগী মকোক্তা পকপা নাপীবু নাপী পক্লে হায়না তাকপীখিদবগী মহাক্লা চৈরাক ফংজবনি।

৩) মফম অমদনা অমুক মকোক্তা মচি অনী পাল্লগা মীরক্তা তিনবা য়াদনা অশিবা মী অমনা কপ্ল-কপ্লদুনা লৈরম্মী। মদুদি মহাক্লা তাইবংদা লৈরিঙৈদা মীগী ষণ নত্রগা ইরোই হুরাল্লুবগীদমক্তা শিরগা যম-লৈবাক্তা ফংলিবা চৈরাক মখল অমনি।

৪) মী অমবু লংজা অমসুং উমাইবীশিংনা মহাক্কী মতুংদা পাইশিল-পাইশিল্লগা হন্না হন্না চীক্লম্মী। মদুগী চৈরাক অদুনা মহাক্লা শিদ্রিঙৈদা মীগী মপোৎ হুরাল্লুবগীনি।

৫) মী অমনা থাং পাযদুনা মশাদু হাগজৈ হাগজৈ হায়রগা মশানা মশাবু থাংনা লেল্ল-লেল্লগা হাগজবা খোৎলম্মী। মদুনা মহাক্লা শিদ্রিঙৈদা মীগী পান হুরাল্লুবগীনি।

৬) মী অমগী হকচাঙদগী মীয়াম্না শদোং মচেৎ মচেৎ থাংনা য়াল্লগা ফক্তুনা লৈরম্বদুসু ত্রিংটৈমনা উরম্মী। মদুনা মহাক্লা তাইবং সংসারদা হিংলিঙৈদা মীঙোন্দা থাংনা য়াল্লুবগীনি।

৭) মফম অমদনা অমুক মী অমদি মশাগী উনশা লোইনা খোক্তোক্লগা লেঙবা ঙমদবমখৈ য়াম্না ব্রানা অনাবা খাঙদুনা লৈরম্মী। মদুনা মহাক্লা তাইবংদা লৈরিঙৈদা মীগী য়ুম কূপ্লবা ই হুরাল্লুবগী চৈরাকনি।

৮) অতোপ্পা মফম অমদনা অমুক মী অমবু মহাক্কী তুক্কচরবা মথী অমসুং মনপশিংবু লেক্ল-লেক্লগা চাহল্লম্মী। মদুদি মহাক্লা তাইবংদা মী অমা ওইনা হিংদুনা লৈরিঙৈদা মীনম্বা নত্রেগা চীন্থীবা ব্রা ঙাওখিবগী ফল অমা ওইনা দণ্ডি ফংলিবনি।

৯) মী অমনা অমুক মঙক্তা নুঙজাও অমা য়াল্লগা পুবা ঙমদবমখৈ ব্রানা লৈরম্মী। মদুনা মহাক্লা তাইবংদা হিংদুনা লৈরিঙৈদা মীনা অচুম্বা অমসুং অফবা পাওতাকশিং পীবিবদা লৌখিদবগী ফল অমা ওইনা ফংলিবা চৈরাক্লি।

১০) মৈনা ড্রুঙ, ড্রুঙ চাক্লবা মৈখু কাবা নরক কোম অমদা মী অমনা ফ্রঙ্, ফ্রঙ চোংদুনা য়াম্না ব্রানা মৈশা খাঙদুনা লৈরম্মী। মদুনা মহাক্লা শিদ্রিঙৈদা মী হাৎলম্বগী নত্তুগা মশা মথন্তা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজখিবগী চৈরাক্লি।

১১) মফম অমদনা অমুক নুপী ময়াম অমনা শবৌ মতুশিং (য়েত্তুমগুম্বা) পায়রগা নুপা অমদা ঈ থোকপমখৈ থিল্লম্মী। মদুনা নুপা অদুনা হিংলিঙৈদা নুপীশিংদা ফত্তবা লমচৎ চৎখিবগীনি।

১২) মফম অমদনা অমুক নুপী অমবু মফি-মরোল অমতা য়াওহন্দবমখৈ মশম লোইনা ফোইদৎলগা নুপা ময়াম্না কোয়চিং-চিংদুনা পুরম্মী। মদুদি নুপী অদুনা তাইবংদা লৈরিঙৈদা ওক্তবী ওইখিবগীনি।

১৩) মফম অমদনা অমুক মী অমনা মকোক্তা ঈশিং পুন অমা পুরগা "ঈশিং খৌরাংলে, ঈশিং খৌরাংলে, ঈশিং খজিক্তা থকচগে" হায়দুনা কপ্ল-কপ্লগা খৌগংননা লাউরি। মদুনা মহাক্লা তাইবংদা লৈরিঙৈদা মীঙোন্দা ঈশিং পীথকখিদবগী চৈরাকনি।

১৪) অরোইবদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈবা মফম অমা হ্রিংটৈমনা য়েংলম্মী। মফম অদুদা লৈরিবা অশিবা মীশিং অদুদি নুংঙাইবদা হায়নীংঙাই লৈতমবখৈ নুংঙাইনা লৈরম্মী। মখোয়দুদি মখোয়না তাইবংদা

> লৈরিঙৈদা মীঙোন্দা পীজ-পীথক নীংথিনা তৌরম্বা, দান তৌরম্বা অমদি অতোপ্পা মীশিংগী য়াইফনবা থবকশিং তৌরম্বা ঙাক্তনি।

অদুমহায়না যমরাজনা হ্রিংটেমবু যম লৈবাক্তা ফত্তবা কম্মগী তৌরিবা দণ্ডিশিং অমদি অফবা কম্মগী অফবা ফলবু য়েংহল্লগা হায়রকখি ঃ “ হ্রিংটেম, নহাক মীরল্লেন্দা থুনা হল্লো। করিমতা ৱাগনু নহাক। নহাক্কী নুপী অসিসু নহাক্কী য়ুমদা শোয়দনা লাক্কনি। অদুগনে নহাক্না মফম অসিদা উখিবা পূম্নমক মালেমদা লৈরিবা মীশিংদা মখোয়গী বুদ্ধি-লৌশিং ওইনবা তমলুচো।” যমরাজনা তোকপদু কৌরগা হ্রিংটেমবু ময়ুমদা থিলহনখি।

হ্রিংটেমনা ময়ুম য়ৌবল্লগা মহাক্কী খুলগী খুঞ্জাশিংদা খমনুং লৈবাক্তা তৌহৌবশিং অদুগী পাউ অদু তল্লম্মী। খুঞ্জাশিংনা মহাক্কী পাউদম-ৱাশিং অদু তাবদগীদি লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক্তা মশা মশাগী ওইজবা থাদোক্লদুনা লম্বী শেন্বা, থোংশাবা, মীয়ামগী পোথাফম শেন্বা, উ-থাবনচিংবা তৌরকখি, অদুগা মখোয়না খমনুং লৈবাক্তা তৌহৌই হাযবিবা দণ্ডিশিং অদুবু কিবদগী ফত্তবা লমচৎ-শাজৎ অমতা চৎনৱকখিদে। খমনুং লৈবাক্কী দণ্ডিশিংবু কিববদি ঈশ্বর ফংগনি হায়বা ৱাখল্লোন্দুদা মখোয়না হিংবা হৌবকখি।

হ্রিংটেমদি মহাক্কী শিগ্রবা নুপী অদুনা অশি-লৈবাক্তগী মহাক্কী মনাক্তা লাক্কনি হায়বগী আশাদা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। নোংমদি মহাক্কী নুপী অদুনা মহাক্কী ময়ুমরোমদা লাকপদু মহাক্না য়াম্না থাপ্না উরম্মী। মহাক্কী নুপী অদুনা মহাক্কী মনাক্তা অসুম অসুম চঙশিল্লকপগী মতুংইন্না মহাক অসুম অসুম পীকশিল্লক্লম্মী। মহাক্কী থোঙ্গাল য়ৌরকপদদি মহাক্কী নুপী অদু পীকমনখিদুনা মশক উবা ফংখিদ্রে। অদুদগীদি মহাক্কী নুপী অদুনা হয়িংখোই ওল্লগা মহাক্কী মনাকোঙ তম্না ঙঙ্দুনা পাইশিল্লকখি। মদুদা হ্রিংটেমনা শাউদুনা হয়িংখোইদু মখুৎনা কম্থরুবদা মখুত্তা চীক্লক্তুনা হূ কারগা য়াম্না চাউনা পোমখি, অদুগা মদুনা লাইজৌরক্তুনা মতম খর লৈরম্লগা মহাক শিখি। মহাক্না শিরবা মতুংদদি মহাক্কী নুপীগা খমনুং লৈবাক্তা য়াম্না নুংঙাইনা লৈখি।

## চ) উটীলনা লোংল-লোংলগা শিবা

থায়না থায়না মমাংঙৈদা উচিশিংনা লম্বী অমা শেম্বগী থৌরাং তৌরম্মী। মখোয়না লম্বী অদু শেম্বগী অকনবা পাউজেল অমা উচি অমসুং উটীলশিংদা পীরম্মী। মতম অদুদা অতনবা উটীলশিংনদি লম্বী শেম্বগী থবক অদু শুবা য়াওরোই হায়না হায়রকখি। উচিশিংনা ফনা কন্না হায়জরবফাওবদা উতীলশিংনা শুকয়া য়াখিদে। উটীলশিংনা ব্রাশক্লগা হায়রকখি ঃ "ঐখোয় লম্বী শেম্বা য়াওরোই। নখোয়না শেম্বা লম্বী অদুদসু ঐখোয়না শুকচৎ-চৎপীরোই। ঐখোয়না মদুদা হেক চৎপদা ঐখোয় শিজগে।" মখোয়না ব্রাশকখিবা অদুগী মতুংইন্না উটীলশিংনা লম্বীদা হেক চৎপদা লোংল-লোংলগা শিবনি।

## ছ) মোতে কোপু মচিন্মনাও

থায়না থায়না মমাংঙৈদা অনাল লুখ্রাবী অমগী মশক-মতৌ য়াম্না ফজরবী মচানুপী অমখক লৈরম্মী। মমা লুখ্রাবী অদুনা মচানুপী অদুবু "কখিনু" "কখিনু" হায়না কৌদুনা য়াম্না লুনা তৌজরম্মী। লুখ্রাবীগী মচানুপী ওইজরবসু মহাকপু মশক ফজবদগী মীনসু, লাইনসু অমদি হিংচাবনসু পাম্লম্মী। লুখ্রাবী মমা-মচানা পান খর থারম্মী, অদুবু নুমিৎ খুদিংগী লমওক্লা লাক্ল-লাক্লগা পান অদু চাথোকপীরম্মী। লমওক অদু হাৎননবা লুখ্রাবী অদুনা অকন-অকনবা পাখঙ ময়াম অমা কৌরগা লমওক অদু হাৎপা ঙম্বা মীদা মহাক্কী মচানুপী পীগনি হায়দুনা ব্রাশক্লম্মী। লৈশাবী অদুবু পামলবসু লমওক অদু কিবদগী পাখঙ অমতা লমওক হাৎকে হায়না চোংথোরকখিদে।

হিংচাবা অমনা লৈশাবী অদু পাম্বদগী কৈ ওল্লগা লুখ্রাবী মমা-মচাগী পামলৌ অদুদা চৎলগা পান মরক্তা লমওক হাৎনবা লুমদুনা লৈখি। লমওকনা পান চাবা হেক লাকপদা হিংচাবনা ওনবা কৈ অদুনা লমওক অদু হাৎখি; অদুগা অশিবা লমওক অদু পুরগা লুখ্রাবী অদুগী ময়ুমদা লাক্লম্মী অদুগা লুখ্রাবী

অদুদা হায়রকখি ঃ "হৌজিক্তি লমওক হাৎলবনিনা নচানুপীদু ঐঙোন্দা পীরো।" মদুদা লুখ্রবী অদুনা য়াম্না কিনা খুল্লকখি ঃ " হৌজিকমক্তি ঐহাক্কী ইচানুপী অসি চাউদ্রি, ময়ুম পানবা য়াদ্রি; ইনা মপাল শাৎলকপা মতমদা ই মপাল চিল্লগা লাকউ, অদুগা ঐগী ইচানুপী পীগে।" লুখ্রবী অদুগী ৱা তাবদা হিংচাবা অদুনা য়াম্না হরাওনা ময়ুমদা হল্লকখি, অদুগা মহাক্না ই পাম্বীশিং অদু থুনা মপাল শাৎলক্লবা মতোল থদৎলম্মী। থুনা শাৎলকপা ইগী মপাল অদু চিল্লগা হিংচাবা অদুনা লুখ্রাবী অদুগী ময়ুমদা অমুক লাক্লগা মচানুপীদু পীরো হায়রকখি। মদুদা লুখ্রাবী অদুনা মচানুপী নারে হয়েং নুঙনা মপাল শারক্লগা মপাল অদু চিল্লগা অমুক লাকউ, মদুদদি মচানুপী শোয়দনা পীবগে হায়দুনা হিংচাবা অদুদা হাযবকখি। হিংচাবা অদুনা "নুঙনা মপাল শাবা হৌনদে" হায়রগা য়াম্না শাউনা লুখ্রাবীগী য়ুমগী থোঙজাও নমখায়বগা মহাক্কী মচানুপী অদুবু শোবো শোরো লাক্তুনা চিংলগা পুখি। মমানা মচানুপীবু হিংচাবনা পুখ্রে হায়না কন্না লাউজরক্লবসু কনামতনা হিংচাবা অদুবু কিবদগী চোংথোকপীরকখিদে।

লুখ্রাবী অদুনা মচানুপী কায়নবগী মৈচাক্না খাঙবা ঙমদদুনা অহিং-নুংথিল চুপ্পা কপ্তুনা লেনখি। মহাক্না খুলগী খুঞ্জাশিংদা হায়জবকখি ঃ "শা পোলাং অমা চাবা অমদি য়ু খরুং অমা থকপা ঙম্বা কনা কনা লৈবগে থোকপীরকউ। ঐহাক্না হৌজিক শা পোলাং অমা অমসুং য়ু খরুং অমা থৌরাং তৌদুনা থমজরে। চাবীরবো, থকপীররো অদুগা ঐগী ইচানুপী পুখিবা হিংচাবা অদুবু হাৎপীয়ু। হিংচাবা অদুবু হাৎপা ঙম্বা নুপা অদুদা ঐগী ইচানুপী "খিনু" পীজগে।" কনামতা হিংচাববু কিদুনা চোংথোকপীরকখিদে। লুখ্রাবী অদুনা য়োং ময়ামগী মফমদা চৎলগা হিংচাবা অদু হাৎপীয়ু হায়না হায়জবম্মী। মদুদা য়োংশিং অদুনা হিংচাবা অদু হাৎপা ঙম্বগী শক্তি লৈজদে হায়না হায়রকখি। অদুম অদুম ওইনমক য়োংশিং অদুগী মরক্তগী জ্ঞান য়াম্না তারবা য়োং হনুবা অমনা ৱাখল মুন্না তৌরগা হায়রকখি ঃ " ইবেম্মা, করিমতা ৱাগনু। খুল অসিগী চীদাইদা মোতে অমসুং কোপু হায়না কৌবা অথৌবা মচিম্মনাও অনীখক লৈবনি। ময়াম্বা অহল মোতেদি খর পঙবনি অদুগা মনাওনুপা

কোপুদি মথৌনা মরৌশিং য়াম্না লৈবনি। অথৌবা কোপুনদি হিংচাবা অদুবু য়াম্না লায়না হাৎপা ঙমগনি।" য়োং হনুবা অদুগী নুংশিহৈবগী ৱাহৈশিংদু তারগা লুখ্রাবী অদু মথৱায় য়াম্না নুংঙাইজখি।

লুখ্রাবী অদুনা মোতে অমসুং কোপুগী মনাক্তা চৎলগা হিংচাবা অদু হাৎপীয়ু মচানুপী পীগে হায়জরুবদা কোপুনা য়াখি। কোপুনা লুখ্রাবী অদুগী য়ু খরুং অদু থল্ল-থল্লগা পোলাংদা য়াওবা শা লোইনমক চাথোকখি। লুখ্রাবী অদুনা য়োং ময়ামদসু হিংচাবা হাৎপদা মতেং পাংবীয়ু হায়জরুবদা য়োংশিংনা য়াবীখি। মোতে, কোপু অমদি য়োং ময়াম অদু হিংচাবা হাৎপা চৎলম্মী। য়োং ময়াম অদুনা লম্বীদা অদুম হিংচাবা হাৎপা লাকপা মতমদা হিংচাববু কিবদগী অমনা কোক চীক্লে, অমনা খোঙ নারে অদুগা অমনা পূক নারেনচিংবা কয়া হায়জিন্নদুনা লোইনা লৈহৌখি। হৌজিক হৌজিক অনালশিংনা কিগনবা অমদি অতনবা মীশিংবু কোপুগী মতুংইনবা য়োংশিংগুমলে হায়দুনা প্রমাণ তৌনরি।

অনালশিংগীদি মচানুপা অহল অহলবু **"মোতে"** হায়না কৌই। অনীশুবা মচানুপাবুনা **"কোপু"** হায়না কৌই। অহল হায়বসিমক্তবু খর পঙই অমদি কিগল্লি। ৱারীসিদা য়াওরিবা কোপুগী ময়াম্বা মোতেসু খর চৎলগা হিংচাবা কিবদগী মশা ঙমদ্রে চৎপা ঙল্লরোই হায়না হায়রকখি। কিগনবা ময়াম্বা অদুবু চীংদোন্দা হৌবা উজাও অমগী মথক্তা শগাই শারগা লৈহল্লম্মী। মঙোন্দা থাংশাং অমসু পীরম্মী। উজাও অদুগী মনাক্তা কোম মচা অমা টৌবিরগা ঈশিং পীক-থন্না ময়াম্বগীদমক্তা কোপুনা থম্বীরম্মী অদুগা কোম অদুগী মনাক্তা ইঙেল্লে পাম্বী অমা থারম্মী। কোপুনা চৎলমদাইদা ময়াম্বদা হায়রকখি ঃ " তাদা, ঐনা হল্লক্ত্রিবফাওবা মফম অসিদা লৈবীরম্মু। ঐনা পীরম্বা থাংশাং অসিনা কোহিলং কারক্লবা, কোমগী ঈশিং অসিনা কংলক্লবা, অদুগা ইঙেল্লেগী মনানা কংশিল্লক্লবদি ননাও ঐহাকসে শিরবনি হায়না লৌরো; অদুগা নথৱায় হিংননবা য়ুমদা চেনবীয়ু। অদুবু ননাওনা হিংলিবমখৈদি করিমতা ৱাবীগনু।" ৱাফম অদু ময়াম্বদা হায়রল্লগা কোপুনা চুং, তানচিংবা পায়দুনা হিংচাবা হাৎপা চৎখিরম্মী।

কোপুনা হিংচাবগী ময়ুম য়ৌরকপদা হিংচাবা অদুদি মচীঞ্জাক থিবা চৎথোকখিরম্মী। লুখ্রাবীগী মচানুপী খিনুনা শুমাংদা ফি শাদুনা লৈরম্মী। কোপুনা লোন্না লাংথ্রৈ মনা অমা মহাক্না শারিবা ফি অদুগী মথক্তা থাদরম্মী। মহাক্না মপাম লমদমদগী লাংথ্রৈ মাল্লি খন্দুনা লৌখৎলগা মনম নম্লম্মী। মতম অদুমক্তদা কোপুনা মঙোন্দা হায়রকখি ঃ "নপাম লমদমদগী ঐহাক্না পুরকপা লাংথ্রৈনি। হিংচাবা অদু হাৎলগা নহাকপু পুরকউ হায়দুনা নমানা ঐঙোন্দা শা পোলাং অমা পীজরগা অমদি য়ু খরুং অমা পীথক্লগা থারকপনি।" কোপুগী ৱা অদু তাবদা লুখ্রাবীগী মচানুপী অদুনা পাখত্তুনা হায়বকখি ঃ "ইবুং! নহাক অসে ঐহাক্না য়াম্না নুংশিজে। মরম অদুনা নহাক মফম অসিদা কুইনা লৈরগনু। হিংচাবগী মচীঞ্জাক ওইখিবা তারে। চেনখ্রো, হিংচাবা হল্লকপা মতম ওইবে। ইবুং, মহাক্কী মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি। মহাক্কী মখুৎনা নুঙজাওফাওবা থুদেকপা ঙম্মি। মখুৎনা শুম্বল অমা পায়বগা চোংবদা য়ুমজাও অনী লান্না চোংবা ঙম্মি।" মহাক্কী ৱা অদু তাবদা কোপুনা শাউদুনা মনাক্তা তাদুনা লৈরম্বা খ্বাইদগী চাউবা নুঙ অমা খুনগৎলগা থুদেক্লম্মী, অদুগা মখুত্তা শুম্বল অমা পায়রগসু য়ুমজাও মরি লান্না চোংলম্মী। লুখ্রাবীগী মচানুপী খিনুনা মদু উবদা কোপুনা হিংচাবা অদু হাৎপা ঙম্লগনি খন্দুনা নুংঙাইজখি। মতম অদুমক্তদা হিংচাবা অদুনা ঙুং, ঙুং ঙংদুনা পাইবক্লম্মী। খিনুনা কোপুবু ইমুংগী ফমথক্তা লোৎখি। হিংচাবা অদুনা মানা চানবা অশিবা মী অনীগা খিনুনা চানবা অশিবা শজি অমগা পুরক্লম্মী।

হিংচাবা অদুনা য়ুম হেক য়ৌরকপদা মীনম নম্মী কদাইদনো হংলকপদা খিনুনা য়াম্না শিংনা মহাকসু মীনি মহাক্কী মনম ওইরমগনি হায়না হেক্তা খুল্লকখি। হিংচাবা অদুদি মহাক্কী খিনুনবু হায়রবদি চুল্লমগনি হায়না হেক্তা খনখি। মহাক্না অশিবা মী অনীগী হকচাঙশিং অদু মৈদা কাবক কাবক লৌথোক্লগা চারম্মী। খিনুনা শজি অদু থোংলগা চানা চানা কোপুগী চানবা হায়দুনা শজি মতূম অমা চাক্না য়োমশিল্লগা লোন্না ফমথক্তা লংখৎখি। কোপুনা মদু চাখি। হিংচাবা অদুনা খিনুদা করিগী চাক লংখৎখ্রিবনো হায়না হংলকপা মতমদা খিনুনা উচিনা চানবনি হায়না খুল্লকখি। অদুদগীদি হিংচাবা অদুনসু

মহাক্কা চারগা লেম্বা মীগী মখোঙ অমসুং মখুৎকী শরূ অশাংবশিংদু উচিশিংনা চানবা হায়দুনা খিনুনা তৌখিবদৌনা ফমথক্তা লংখৎখি। শরূ অচৌবা অমনা কোপুগী মরাইবক্তা পান্দুনা ঈ থোকখি। ঈ অদু মখাদা তপ্ তপ্ তারকপদা হিংচাবা অদুনা খিনুদা করিনো তারক্লিবদুবো হায়না হংলকখি। মদুদা খিনুনা খুল্লকখি ঃ “ ঐনা ঙসি তুম্বা ময়াম অমা ঈশিংদা চামথোক্লগা ফমথক্তা থাঙ্গত্তুনা থমখিবনি। তুম্বাশিং অদুদগী ঈশিং তারকপা ওইরমগনি।” হিংচাবা অদুদি খিনুনা হায়বমখৈ চুম্বোইদা নীংখি।

মখোয়না চাবা থকপা লোইরগা হিংচাবা অদুদি খো খো নাখোক্তুনা তূমথখি। খিনুসু হিংচাবা অদুগী মনাক্তা হীপখি। অহিংদা হিংচাবা অদুনা ইশি-শিনা তূপ্লিঙৈদা কোপুগা খিনুগা মপান্দা থোক্লকখি। কাপোন অমগী মথক্তা ফি কূপশিল্লগা খিনু শাদুনা হিংচাবা অদুগী মনাক্তা থল্লম্মী। হীংচাবা অদুনা হৌগৎলক্লগা থোঙ হাংদোকপা ঙমদনবা হায়দুনা থোঙ অদু মপান্দা য়াম্না চেৎনা পুন্সিল্লম্মী। কোপুনা নুঙ মকূপ খরদা মন্ত্র শোল্লগা হিংচাবা অদুগী যুমগী অকোয়বদা চাইথোকপদা খুদক্তা শা-তিংখৎশিংনা পন শাদুনা যুম অদু কোয়শিনখি।

কোপুনা মহাক্কী খুৎলায়শিংদু পায়রগা খিনুগা লোয়ননা খিনুগী মপাম য়ৌনবা চেল্লকখি। অদুবু লম্বীদা খিনুনা কোপুদা লংদূম অমা পুরকপা কাউরম্লে হায়রকখি। কোপুনা লংদূম অদু লৌবা চৎলগুমসি হিংচাবা অদু হৌগৎলম্লগনি হায়না হায়রবসু খিনুনা য়াবা কৌবা লৈখিদে। মরম অদুদগী কোপুনা হিংচাবা অদুগী ময়ুমদা চৎলগা য়ুমথক কাদুনা য়ুমগী য়াংলেন হোগায়রগা মখুন মচা অমা হুৎলম্মী অদুগা মাগী তাদু ইমুংদা থিংজিন্দুনা লংদূম অদু লৌখৎলগা পুদুনা লাক্লম্মী। অতিয়াদা থোক্লিবা থাজনা হিংচাবা অদুদা লাউথরকখি ঃ “ওঃ হিংচাবা! নহাক্কা হিপমিন্নরম্বা খিনু অদুদি মী অমনা পুশ্রে, হৌগৎলো।” নোংদোন থাজগী ৱাদু তাবদা হিংচাবা অদুনা মহাক্কী মনাক্তা লৈরিবা ফিনা কূপ্লিবা কাপোন অদুদা নানবদা খিনু লৈরি খন্দুনা অমুক তূমথখি।

নোংদোন থাজনা অমুক হন্না লাউথরকখি ঃ "হে হিংচাবা অপঙবা! নহাক্কী নুপী খিনু অদু তাইবং মী অমনা পুখ্রবনিনে!" হিংচাবা অদুনা ইফিং ফিংনা হৌগৎলক্লগা কাপোন্দা কুপ্লিবা ফি অদু হাংদোক্তুনা য়েংলুবদদি খিনু লৈরমখিদ্রে। হিংচাবা অদুনা শাউদুনা ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংলকখি। মহাক্না থোঙ হাংদোক্কে হোৎনরুই ঙমখিদে। মমৈথংদা মহাক্না কোপুনা হুত্তোক্লম্বা যুমগী য়াংলেন অহোবা অদু উরকখি। মহাক্না শুম্বল অমা লংখত্তুনা য়াংলেন হোগায়রগা মপান্দা থোরকখি, অদুগা শা-তিংখংশিং অদু থুদেক্লগা কোপুনা খিনু পুদুনা চেনখিবা মায়কৈবোমদা মনম-নম্লগা তান্নরকখি।

কোপুনা নুঙ মকৃপশিংদা মন্ত্র শোল্ল- শোল্লগা হিংচাবা লাক্কদবা লম্বীদা চাইবদা শা-তিংখংশিংনা লম্বী হেক্তা থিংখি। হিংচাবা অদুনা শা-তিংখংশিংগী শম্বল অদুবু থুদেক্লবা লাক্লরিঙৈদা মখোয় অনীনা কন্না কন্না চেল্লকখি, অদুবু লাইবথীবদি কোপুগী চাইনবা নুঙকৃপশিং লোইশিল্লকখি। মমৈথংদদি হিংচাবনা কোপু ফাখি। মখোয় অনী নুমিৎ তাববফাওবা কন্না ফুনখি, নম্নখি। অদুদগীদি মখোয় অনীমক ব্রামনখ্রদুনা লম্বীগী নাকন-নাকন্দা ব্রাম্থবগা তানখি। খিনুনা ঈশিং লৌরুবগা কোপুগী মকোক্তা চাইদুনা হিংগৎলক্লবা ফনা হোৎনরুরবসু হিংগৎপা কৌবা লৈখিদ্রে। খিনুনা থম্মোয় শোক্লা হিক্লা-হিক্লা কপ্লকখি। মদু উবদা অতিয়াদা থোক্লিবা থাজনা লাউথরকখিঃ "হে খিনু, কপকনু। ব্রাম্থদুনা তাবিবা অনীদুগী মবক্তগী নহাক্না হিংগৎহন্নীংবা নুপা অদুগী মথক্তা অশংবা উনা অমা থৎলগা থম্মু, অদুগা শিহন্নীংবা নুপা অদুগী মথক্তনা লৈবাক্তগী অকংবা উনা অমা খুল্লগা থম্মু।" নোংদোন থাজগী ব্রাদু তারবা মতুংদা খিনুনা অশংবা উনা অমা থৎলগা কোপুগী মথক্তা থম্বদা কোপু হিংগৎলকখি, অদুগা হিংচাবা অদুগী মথক্তনা অকংবা উনা অমা থম্বদগীদি হিংচাবা অদু শিখি। নোংঙাল্লগা কোপুগা খিনুগা অনীনা মোতেনা লৈহৌবা চীংদোল অদুদা কাখৎলকখি। কোপুনা মশক মতৌ য়াম্না ফজরবী নুপী অমা মাগী নুপী ওইনা পুরকপা অদুদা মোতেনা হরাউদুনা মনাও কোপুবু কোনবীরম্মী। মখোয় অহুম্না নুংঙাইনা মযুমলোমদা লাকখি।

মখোয়না অসুম অসুম ময়ুমলোমদা লাকপা মতমদা কোপুদি হিংচাবগা ফুন-নম্নরুবদগী ব্রাদুনা চৎপা ঙমশিল্লকখিদে। চীংয়াগী থেল অমদা ঙাইহাক পোখাবদগী কোপুদু তৃমথখিরম্মী। অদুদগীদি খিনু অমসুং মোতেসু তৃমথখিরম্মী। লাই ময়াম্না খিনুবু ফাগনি ঙাঙনবদু তাহৌদুনা উমাইবী অমনা মখোয় অহুম্বু মাশানা ফুর-ফুরগা হৌদোক্লবা লাক্লখি। মোতেগা খিনুগবুদি হৌদোকখি, অদুগা কোপুবুদি হৌদোকপা ঙমখিদে। লাইয়াম্না লাক্লগা মোতেবু ফুদৎলম্লগা খিনুবু পুদুনা চৎখি। খিনুনা মানা পুরকখিবা লংদূমদুগী লং মচিন অমা কোপুগী মখোঙদা পৃক্সিল্লম্লগা লংদূম অদু পায়দুনা লাইয়ামগী মতুং ইনখি। লাইয়াম্না খিনুবু মালেম লৈখাদা পুথখি।

কোপুনা তৃম্বা হৌগৎলকপদদি মহাক্কী ময়াম্বা মোতে অদু ব্রাম্বদুনা লৈরম্মী অদুগা খিনুনা লৈরমখিদ্রে। কোপুনা ময়াম্ববু ঈশিং চাইরগা জ্ঞান তাহনখি। মখোয়না, খিনুনা তিংলম্বা লং অদুগী মতুংইন্না, লাক্লগা খিনুবু থিরকখি। লং অদু শুরুং অমগী মনুংদা চঙখিরম্মী। মহাক্না উমংদুদা ফংবা উরী ময়াম অমা য়াল্লগা থৌরী অশাংবা অমা শেন্লম্মী, অদুগা থৌরী অদুগী মতোন অমনা চাউরবা উজাউ অমদা পূল্লম্মী অদুগা অতোপ্পা মতোন অদুদনা নুঙজাউ অমা কিশিল্লগা শুরুং মনুংদা থাদখি। মহাক্না থৌরী অদুদা য়াল্ল-য়াল্লগা শুরুং মনুংদা কুমথখি।

কোপুনা শুরুং মনুং অদুদা অসুম অসুম কুমথরকপদা লাইয়াম্না লৈবা খুন্থক্তা য়ৌরকখি, অদুগা মহাক্কী নুপী খিনু পীয়ু কদাইদা লৈবগে হায়না লাউরকখি। কনামতনা খিনুগী লৈফম তাকখিদে। মদুদা মহাক্না চুং পায়রগা খিনু পীদ্রবদি লাইয়াম্বু হাৎকনি হায়দুনা খৌশারকখি। মদুদা নুংশিংনা মতেং পাংদুনা লাইয়ামগী য়ুম অয়াম্বা থুদোকখি। খুন্থক্কী লাইয়াম পূম্নমক কিনখি, অদুবু খুনখাগী লাইশিংনদি "খিনু পীখিগনু" হায়না লাউরক্লম্মী। কোপুনা খুনখাদা কুমথরগা য়াম্না শাউনা খৌশারুবদদি খুনখাগী লাইশিংনা অমুক "খিনু পীখ্রো," "খিনু পীখ্রো" হায়না লাউনরকখি। অসুম্না খিনু পীখিগনু অদুগা অমুক খিনু পীখো হায়দুনা মঙোন্দা লাইয়াম্না করেম্নরকপদুদা কোপুনা শাউদুনা

ময়া ক্রক ক্রক চীক্লগা খুম্থক খুনখা অনীমক থুংনবা চেল্লগা খৌশাবদা লাইয়াম্না কিদুনা খিনু পীরল্লগা চেনখিরম্মী।

অদুদগীদি কোপুনা খিনু পুরগা শুরুং মনুংদা য়াম্থরিবা থৌরী অদুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। অহানবদা খিনুবু হান্না থৌরীদুদা য়াল্লগা কাখৎহনখি। শুরুং চঙফম মপান্দা মোতেনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক্লা খিনুবু খুজেং পায়রগা চিংখৎখি। খিনুদি হিংচাবনসু, লাইনসু অর্মদি মীনসু পাম্বা নুপীনিনা মোতেনা খিনুবু মাগী নুপী ওইনা লৌরগে হায়না চপ য়ুংনা নীংখি। মরম অদুনা মহাক্লা মনাওনুপা কোপুদু মালেমথক্তা কারক্তনবা হায়দুনা থৌরী অদু থাংশাংনা ককথৎলম্মী। মোতেনা খিনুবু পুরগা ময়ুম তান্না লাকখি অদুগা মখোয় অনী লৌন-লৈনদুনা নুংঙাইনা পানখি।

কোপুদি মালেম লৈখাদগী কাখৎলকপা ঙমখিদ্রে। মহাক্লা লৈখাদা লাইনুপী অমা লৌদুনা লৈরগা মচানুপা অনী পোকখি। মচানুপা অনীদু পোক্লল্লগা মমা অদুদি শিখি। অঙাং অনী অদু চেন-চোংবা ঙল্লকখি। কোপুনা মচানুপা অনী অদু থারগা মপুবোক্তগী হৈনৌ মরূ অমা নিহল্লম্মী অদুগা শুরুং অদুগী মনাক্তা থারম্মী। হৈনৌ পাম্বী অদুনা চাউরক্লবা মতমদা মহাক্লা হৈনৌ পাম্বী অদুদা অসুম অসুম কাখৎলক্লগা শুরুংগী মপান য়ৌরকখি। মফম অদুদা হেক য়ৌরকপগা ময়াম্বনা থৌরী ককখিবা অমসুং খিনুবু মহাক্লা মহাক্কী নুপী ওইনা লৌখিবগী পাউ অদু **তোকপনা** মঙোন্দা শীং-নান্না তল্লম্মী। চাহোং-য়ুহোংবগী কুম্মৈ অমা তৌবগী মখোল অমসু তারম্মী। মদুসু মোতে-খিনু মতৈ-মনাওনা খুলগী মীয়াম কৌরগা তৌবনি হায়নসু **তোকপনা** কোপুদা তল্লম্মী। কোপুনা মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইতনা **তোকপদা** হায়জরকখিঃ “ইতাও! চানবীদুনা ইতাওনা চাহোং-য়ুহোংবগী কুম্মৈ তৌরিবা মফম অদুদগী য়েন অমা ফারো, অদুগা য়েন অদুগী মতুশিং অদু ফোইর-ফোইরগা লম্বীদা চাই-চাইদুনা মফম অসিফাওবা লাকপীয়ু। মতুংদা ঐহাক্লা য়েন-মতুশিং অদু য়েংল-য়েংলগা কুম্মৈ মফম অদু য়ৌনবা চৎকে।”

মতাও কোপুনা হায়বা মতুংইন্না তোকপনা চাহোং-য়ুহোংবগী কুম্মে তৌরিবা মফম অদুদগী য়েন অমা ফারগা য়েন-মতুশিং অদু লম্বীদা চাইর-চাইরদুনা কোপুগী মনাক তান্না লাক্লম্মী। কোপুনা য়েন-মতুশিং তারিবা অদুগী মতুংইন্না চৎলগা কুম্মে মফম অদুদা য়ৌরকখি। কুম্মে মফম অদুদা মোতেগা খিনুগা ফম্মিন্নদুনা য়ু লান্নরগা থকমিন্নরম্মী, শা লান্নরগা চামিন্নরম্মী। কোপুনা ময়াম্বা মোতেবু মালেম লৈখাদগী তম্লকপা মহৈ অমা তম্বীগে হায়দুনা কৌথোক্লম্মী। কোপুনা য়েরূম অমা মখুবাক্তা থল্লগা ময়াম্বদা য়েরূম অদুগী ময়ায়দা তেন্না লেংঙু হায়রকখি। কোপুনা হায়বদুমক মোতেনা তৌখি। মোতেনা অমুক য়েরূম অমা মখুবাক্তা থল্লগা কোপুদা য়েরূম অদুগী ময়ায়দা তেন্না লেংঙু হায়বর্কখি। কোপুনা শাউমনখিদুনা য়েরূমদা তেন্না কাপ্পগী মহুত্তা ময়াম্বগী মথবাক্তা কাপখি। মোতে শিখি। মমৈথংদা কোপুগা খিনুগা লৌন-লৈনদুনা নুংঙাইনা পানখি।

## জ) তুংদা ওইরক্কদবা ব্রা খঙদোকপা

থায়না মমাংঙৈদা মশক য়াম্না ফজরবা পাখঙ অমা লৈরম্মী। মহাক্লা মহাক্কী তুংদা ওইরক্কদবা পূন্সি অদু করিবু ওইরগবা হায়না খন্থবা হৌরকখি। মরম অদুনা মহাক্লা তুংদা ওইরক্কদবা ব্রা খঙদোকপা ঙম্বা মাইবী অমদা চৎলম্মী। মাইবী অদুনা মঙোন্দা হায়রকখি ঃ “নহাক্কী লিলনা চীক্লগা শিগনি।” পাখঙ অদুনা মদু তাবদা মথব্রায় য়াম্না নুংঙাইখিরমদে। মতুংদা মহাক্লা অমুক অতোপ্পা মাইবী অমদা চৎলগা মহাক্কী তুংগী লাইবক অদু করিবু ওইরগদগে হায়না হংজখি। অনীশুবা মাইবী অদুনা মহাক্তি উদগী তারগা শিগনি হায়না অমুক হাযরকখি। পাখঙ অদুনা অহুমশুবা ওইনা অতোপ্পা মাইবী অমদা অমুক মহাক্কী তুংদা ওইরক্কদবা লাইবক্তু করিনো হায়না হংজরম্মী। মদুদা মাইবী অদুনা খুম্লকখি ঃ “নহাক্তি ঈশিংদা তারগা শিয়ু হায়না তমখ্রে। নঙোন্দা তম্লকপা লাইবক্তু নহাক্লা খেত্তোকপা ঙম্লরোই।”

মাইবী অহুমগী তোঙান-তোঙানবা ব্রাফমশিং অদুবু খস্থরুবদা পাখঙ অদুনা নোক্লীংলকখি। মখোয়না হায়বীবা শিগদবা খুৎশি মওংশিং অদু অমগা অমগা মান্নদবা মরমনা মহাক্লা মখোয়গী ব্রাশিংদু শুকথা-থাজরমখিদে।

নোংমদি মহাক্লা উপাম্বী য়াম্না হৌবা উমং অমদা শা-তানবা চৎলম্মী। উমং অদুদা অরুবা লোক অমা লৈরম্মী। লোক অদুগী মপান্দা অমুনবা উহৈ পানবা "থিহ্রি" হায়না কৌবা হৈ-পাম্বী অচৌবা অমা হৌবম্মী। মহাক্লা উহৈ হেক্কে হায়দুনা উহৈ-পাম্বী অদু কাখৎলুবদা উথক্তা লৈরম্বা লিল অমনা মহাকপু চীক্লম্মী, অদুদগীদি মহাক্লা উথক্তগী ঈশিংদা তারক্লুনা খাংঙুথক্তা পূক্সি লোমখি।

## ঝ) অঙ্তুং পাহা

থায়না মমাংঙৈদা খুল অমদা ঙা-ফাবা যাম্না হৈবা নুপা অমা লৈবম্মী। নোংমদি মহাক্লা ঙা অচৌবা অমা ফারম্মী। মহাক্লা অচৌবা ঙা অদু খ্বাইদগী অচৌবা লাই অমদা কৎকে হাযদুনা থৌরাং তৌজবম্মী। মহাক্লা ব্রাখল অসুম তৌরকপদা "নুমিৎ" হায়বা লাই অদুনা খ্বাইদগী অচৌবা লাই ওইরমগনি হায়না খল্লকখি। মরম অদুনা মহাক্লা অচৌবা ঙা অদু পুরগা "নুমিৎ" হায়বা লাই অদুদা কৎচগে হায়দুনা চৎলম্মী, অদুগা হায়জরকখি ঃ "হে নুমিৎ কৌবা লাই! ইবুংঙো নহাক্কী নঙালনা মালেম অসিবু ঙালহল্লী। মালেমসিদা ঐখোয়না উজবদা ইবুংঙোগুম্বা অচৌবা লাই অমতা লৈতে। মরম অদুনা ঐহাক্লা অচৌবা ঙা অসি ইবুংঙোদা কচ্চরি।" নুমিৎনা ঙা-ফাবা নুপা অদুদা হায়রকখি ঃ "ঐহাক্লা মালেমসিদা মঙাল পী হায়বদুমদি চুম্মি, অদুবু ঐবু ঙম্বা লৈচিল লৈরি। লৈচিলনা ঐহাকপু মরক মরক্তা হেক হেক খুমজিল্লী। মরম অদুনা নহাক্কী অচৌবা ঙা অদু লৈচিন্দা কৎলুচো।" নুপা অদুনা লৈচিলদা অমুক চৎলগা অচৌবা ঙা অদু কৎকে তৌরুবদা লৈচিলনা মঙোন্দা হায়রকখিঃ "চুম্মি, ঐহাক্লা নুমিৎপু মরক-মরক্তা হেক হেক খুমজিল্লী, অদুবু ঐবু ঙম্বা নুংশিৎ লৈরি। নুংশিৎনা ঐবু হেক হেক হুমদোকই। মরম অদুনা

নহাক্কী ঙা অদু নুংশিৎতা কৎলুচো।" মহাক্না নুংশিৎকী মনাক্তা চৎলগা ঙা অদু কৎচগে তৌরুবদা নুংশিৎনা অমুক মঙোন্দা হায়রকখি ঃ "ঐঙোন্দা নহাক্কী ঙা অদু কৎকনু। ঐনা নুঙদূমবু হুমদোকপা ঙমদে। নুঙদূমনা ঐবু ঙম্মি। মরম অদুনা নুঙদূমদা চৎলগা নহাক্কী ঙা অদু কৎলুচো।" মহাক্না নুঙদূমদা চৎলগা নুংশিৎনা হায়রকপা ব্রা অদুমক তল্লম্মী অদুগা মহাক্কী ঙা অদু কচচগে তৌরুবদা নুঙদূমনা মঙোন্দা হায়রকখিঃ "চুম্মি নহাক্না হায়রিবদো। নুংশিৎনা ঐহাকপু হুমদোকপা ঙমদে। অদুবু অঙ্তুং হায়না কৌবা পাহা (উচেক) অদুনা ঐগী ইথক্তা হেক হেক মথী ফাইজিল্লি। মরম অদুনা মহাক্না ঐবু ঙম্মি। নহাক্কী ঙা অদু পাহা (উচেক) অদুদা কৎলুচো।"

ঙা-ফাবা নুপা অদুনা ঙা অদু অঙ্তুং পাহাদা কৎলুবদদি মহাক্কী মচীঞ্জাক ওইবনিনা মহাক্না হরাও-হরাওনা লৌশিনখি। মতুংদদি উচেক অদুনা ঙা-ফাবা নুপা অদুদা মতেং য়াম্না পাংখি।

## এও) হূইনা থা উমবা

থায়না মমাংঙৈদা মচিন্মনাও মঙাখক লৈরম্মী। মখোয় মঙাগী মনুংদা রালঙমনা খ্বাইদগী অতোনবনি অমসুং মপাঙ্গল শোঞ্জরবসু খ্বাইদগী অশিংবনি। নোংমগী নুমিৎ অমদা মখোয় মচিন্মনাও মঙানা শাতানবা চৎলম্মী। মখোয়না শজি অমা ফারম্মী অদুগা শজি অদুবু রালঙমদা থোংউ হায়না শিন্নরম্লগা ময়াম্বা মরি অদুনা অরাপ্পা মফমদা শাতানবা চৎখিরম্মী। রালঙমনা শজি অদু মতূপ মতূপ কক্লবা শদল ওইনবা উতূপ থিরকপদা থিবা ফংখিদে। মহাক্না উপাম্বী অমগী অচৌবা মরা অমদা শজি অদু মতূপ মতূপ কককে হায়দুনা থম্বদা অশিবা শজি অদু হিংগৎলগা চেনখিরম্মী। ময়াম্বশিংনা লাক্লগা শজি থোংলমদবগী চৈরগনি খল্লুবদা রালঙমনা থব্রায় য়াম্না ব্রাজরম্মী। মহাক্না অতোপ্পা শজি অমা ফাগে হায়না কন্না হোৎনরুবদসু ফাবা ঙমখিদে। মহাক্না ব্রামনখিদুনা তৌফম খঙদবমখৈ উপাম্বী অদুগী মনাক্তা ফমদুনা লৈবদগী তুমথোকখিরম্মী।

নুমিৎ তারমদাইদা ময়াম্বা মরি অদুনা শা অমমম পুরগা লাক্লম্মী। বালঙমনা শজি-শাগী য়েনশাং পুথোরকপা ঙমখিদবা অদুদা ময়াম্বশিং অদুনা য়াম্না শাউখি। মহাক্লা ময়াম্বশিংদা শজি অদু হিংগৎলগা চেনখ্রে হায়না হন্না হন্না নোল্লুক্লা হায়জরবা ফাওবদা মখোয়না থাজবকৌবদা লৈখিদ্রে। মখোয়না মনাওনুপা রালঙমদা হায়রকখি ঃ "অশিবা শজিনবু হিংগৎলগা চেনখিবা হৌনদে, নহাক্লা নবুক ফত্তদুনা নতোমতা শজিদু থোংলগা নথীবোং পীক থন্না ঐখোয়গী খাক্তনা চাথোকখিবনি, অদুগা উখাদা ইশি-শিবমখৈ তূমদুনা লৈথোকখিবনি।" মৈ হৌনা শাউরবা ময়াম্বা মরি অদুনা বালঙমগী খোঙ অনী অদু খুজেংদা ককথৎলগা হুন্দোক্তনা থম্বীরম্মী অদুগা মখোয়দি মখোয়না ফারকপা শাশিং অদু পুরগা ময়ুমদা হনখি।

রালঙমদি উমং অদুদা অনাবা চৈনা খাঙদুনা কপ্ল-কপ্লগা অহিং অমা লেনখি। নোংঙাল্লগা মহাক্লা অশিবা শজিনা হিংগৎলগা চেনখিবদুগী মরমদু নীংশিংলকখি। মহাক্লা জ্ঞান অমা লাক্তনা মহাক্কী ককথৎলবা খোঙদোন অনী অদু পায়রগা উপ্রাক্লা শীত্তনা উপাম্বী তম্না চঙশিল্লম্মী, অদুগা মখোঙ অনী অদু উপাম্বী অদুগী উরা অমদা থাংগৎলগা মহাক্লা মহাক্কী ককথৎলবা খোঙদোন অনী অদু শর্মজিল্লম্মী। মখোঙশিং অদুনা উপাম্বীদুগী উরাদু হেক শোক্লুবদগীদি মহাক্লা অনাবা করিমতা ফাওদবমখৈ হান্নগী মতৌগুম্না হৌগৎলগা চৎপা ঙম্লকখি। মহাক্লা য়াম্না হরাওনা উপাম্বী অদুবু চেৎনা কোঞ্জখি। উপাম্বী অদু অচম্বা উপাম্বী নত্তে খঙলদুনা রালঙমনা উকু খর খোল্লগা মফিদা য়োমদুনা পুরকখি।

মহাক্লা ময়ুমলোমদা অসুম লাকপদা লম্বীদা হূই অমা শিদুনা লৈরম্মী। মহাক্লা অশিবা হূই অদুগী মথক্তা মহাক্লা পুরকপা উকু অমা লৌথোক্লগা থম্বদদি অশিবা হূই অদু হিংগৎলকখি। হূই অদুনা মহাকপু হন্না হন্না লেকপা হৌরকখি। রালঙমনা হূই অদুবু নুংশিদুনা নানবিরম্মী। মতুংদদি মহাক্লা হূই অদুগী মপু ওইখি। মহাক্লা হূইদুগা অসুম লাকপদা খুল অমগী খুল্লাকপগী মশক-মতৌ য়াম্না ফজরবী মচানুপী অমা শিরে হায়দুনা মীয়াম্না কপ্নরম্বগী

থৌদোক অমা থেংনখি। মহাক্না কপ্তুনা লৈরিবা খুল্লাকপা অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রকখি ঃ “ইপা খুল্লাকপা! অমুক্তা কল্লীহৈনু। ঐহাক্না নচানুপী অসি হিংগৎহনবা ঙম্বা অমুক্তা য়েংজগে। ঐহাক্না নচানুপীসে হিংগৎহনবা ঙম্লবদি ইপানা ঐঙোন্দা করি পীবা ঙমগনি?” খুল্লাকপা অদুনা খুম্লকখি ঃ “ইবুংঙো! ইচানুপীসিদা হিংগৎহনবীয়ু। ইচানুপীনা হিংদবু হিংগৎলক্লবদি নঙোন্দা ইচানুপীসে শা-ষণ, ওকনচিংবা অওং-অউন ময়াম অমা তম্লগা পীগনি। নখোয় অনীনা লৈনবা ফজরবা য়ুম অমসু শাবীগনি।” রালঙমনা মীয়ামদু ইমুংদা চঙহনখ্রগা মহাক্না পুরকপা উকু অমা অশিবা লৈশাবী অদুগী মথক্তা থল্লম্মী। লৈশাবী অদু খুদক্তা তৃম্লুবদগী হৌগৎলকপদৌনা ফুক হৌগৎলকখি। রালঙমনা ইমুংদা চঙহনখিবা খুল্লাকপনচিংবা মীয়াম অদুবু কৌথোক্লম্মী। শিরুরবী মচানুপী অদুনা হিংলিঙৈগী মতৌগুম্না শুমাংদা লৈরম্বদু উবদা খুল্লাকপা অদুনা য়াম্না নুংঙাইরম্মী। মহাক্না হরাওমনখিদুনা রালঙমবু কোল্লগা থাঙ্গভুনা উরু উরু লৈরম্মী। মহাক্না মচানুপীবু অওং-অউন মতীক-চানা তম্বীদুনা রালঙমদা লুহোংবিখি। মখোয় অনীনা নুংঙাইনা লৈনবা ফজরবা য়ুম অমসু শাবীখি।

মতম খর লৈরগা রালঙমগী নুপী অদু মীরোল্লকখি। নোংমদি রালঙমনা পামলৌ উবা চৎখ্রিঙৈদা মহাক্কী নুপীনা শগাই মথক্তা উতোং অমা লৈবা থেংনরম্মী। উতোং অদুগী মনুংদা উকু খর কোকফাই কাদুনা লৈরম্মী। মহাক্না কোকফাই কারবা উকুশিং অদু নুংশাদা ফৌদোক্লম্মী। মপু নীংলবা রালঙমগী হূই অদুনা উকুশিং অদুবু শেন্নরমই। নুমিৎনা উকুশিং অদু লৌননবা মালেমদা কুমথরকখি। হূইদুনা নুমিৎ লাকপা উবদা কন্না কন্না খোংলম্মী। হূইনা মপান্দা কন্না কন্না খোংলিবদু কনা লাকপগে য়েংগে হায়দুনা রালঙমগী নুপীনা মপান থোরক্নুনা য়েংবদা কনামতা লাকপা উখিদে।মহাক্না ইমুংদা অমুক চঙখি। মহাক্না ইমুংদা হেক চঙখিবগা নুমিৎনা উকুশিং অদু লৌগে তৌরম্মী। মদুদা হূই অদুনা অমুক কন্না কন্না খোংলম্মী। নুপীদুনা অমুক থোরক্নুনা য়েংবদসু মপান্দা কনামতা লৈরমখিদে। হূইনা তত্তনা খোংবদু তানীংদদুনা মহাক্না হূই অদুবু থুম্মোক অমনা কূপশিন্দুনা থল্লম্মী। হূইনা উদ্রিঙৈ মতম অদুদা নুমিৎনা উকুশিং অদু

খোল্লগা স্বর্গদা পুখৎখি। রালঙমগী নুপীনা মপান থোক্লকপদা নুমিৎনা উকুশিং পুখৎখিবদু লাপ্লপনা উহৌখি।

মহাক্কী নুপানা পামলৌদগী হল্লকপা মতমদা নুমিৎনা উকুশিং অদু স্বর্গদা পুখৎপ্রে হায়দুনা মহাক্কী নুপীনা হায়রকখি। মদুদা রালঙমনা য়াম্না শাউরম্মী। মহাক্না শা, উচেক, তীল-কাঙনচিংবা পূম্নমক কৌরগা শিদ-নাদ-য়াই পাম্বীগী উকুশিং অদু নুমিৎতগী মহাক্না লৌরুগে ময়াম্না অমুক্তা মতেং পাংবীয়ু হায়দুনা মখোযদা হায়জখি। মখোয়নসু রালঙমনা হায়জবদু হরাও-হরাওনা য়াবীখি। লৈনুংদা লৈবা লৈশৌদদি পীকমল্লি কান্নবোই হায়দুনা মহাক্না কবিমতা হায়বীরমখিদে। মদুদা লৈশৌনা য়াম্না ৱাবৌখি। রালঙমনা স্বর্গদা কানবা শাংলবা কৈরাক অমা মতম য়াম্না চঙনা শাখি। নোংমগী অঙনবা অযুক অমদা মহাক্না চাকয়োম পুরগা মহাক্কী হূইগা লোয়ননা স্বর্গ য়ৌনবা কৈরাক অদুদা কাখৎলম্মী। হূই অদুনদি মহাক্কী মমাং থানা কাখৎখিদুনা স্বর্গ য়ৌখি, অদুগা রালঙমদি মানা কাখৎলিবা কৈরাক অদুগী মখোঙদা লৈশৌনা শাউদুনা চিকথৎখিবদগী কৈরাক তুথরক্তুনা হিংচাবা ময়াম্না খুল্লিংদুনা লৈবা খুল অমদা তাশিনখি। মহাক্কী হূই অদুদি নুমিৎকী মনাক্তা চঙবা ঙমদদুনা থাদা লৈখি। মালেমদা লৈখ্রবা মহাক্কী নুংশিরবা মপু রালঙম্বু হেক হেক নীংশিংলকপা মতমদা হূই অদুনা শাউরগা থাবু উমশিনগে হায়না হোৎনরকখি। মরম অদুদগী চন্দ্রগ্রহণ তৌবা মতমদা থাবু উমগে লাক্লরিবা হূই অদু রালঙমগী হূইনি হায়না থাজনরি।

## ট) রাপা

থায়না মমাংঙৈদা "হাটুং" হায়না কৌবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক্কী মচননুপী অমা লৈরম্মী। মখোয়গী মমা-মপা অনীমক শিখিরম্মী। হিংচাবা অমনা হাটুংবু হাৎকে হায়দুনা থৌরাং অমা তৌরকখি। মহাক্না হাটুংবু নমদুনা ঙা-ফাবা চৎসি হায়দুনা পুরম্মী। মখোয়না ঙা য়াম্না ফারম্মী। হিংচাবা অদুনা হাটুংদা ঙা পেন্না পীজরগা তূম্মু হায়দুনা থেমলম্মী। হাটুংনা তূমশিন্নরম্মী অদুগা হিংচাবা অদুনা তূম্লিঙৈদা মহাক্না চেল্লগা মীয়াম মরক অমদা

চঙশিন্দুনা তূম্লন্মী। হিংচাবা অদুনা মহাকপু চাগে হায়দুনা অহিংদা হৌগৎলকপা মতমদদি মহাক লৈরমখিদ্রে। মহাক্লা অহিং অদুদা হাটুংবু কোয়থি - থিরকখি। মমৈথংদা হিংচাবা অদুনা মীয়াম তূল্লিবা মফম অদুদা চঙলগা ঙা মনম নম্বা হাটুংগী খুৎ থিরকপদা ফংদুনা মহাকপু চিংথোক্লগা চাখি।

হাটুংগী মচন-নুপীনা মবুং শিখিবগী মথরায় য়াম্না নুংঙাইতনা লৈরম্মী। মরম অদুনা মহাক্লা শা-ঙা অমদি য়ু থোংলগা খুঞ্জাশিংবু চাক খাংখি। মহাক্লা খুঞ্জাশিংদা অসুম্না হায়জখিঃ "ঐগী ইবুং হাৎলগা চাখিবা হিংচাবা অদুবু হাৎপা ঙম্বা মীদা মনা য়াম্না চাউনা পীগনি।" মনা অদু ফংনীংবদগী খুলগী নুপামখৈনা হিংচাবা অদুদা তেল কাপ্লগা হাৎননবা হোৎনবদা ঙমখিদে। মতম অদুদা মী য়াম্না পীকপা লুখ্রাবী মচা রাপানা মমাদা হায়জরকখি ঃ "ইমা! ঐহাক্লা হিংচাবা অদু তেল কাপ্লগা হাৎলুগে। ইমাগী অয়াবা অমা পীবিয়ু।" মমা লুখ্রাবী অদুনা হায়রকখি ঃ "মপাঙ্গল কল্ল-কল্লবা অমদি তেল-কাপ্পা হৈর-হৈরবা নুপা মযাম অমনা হাৎপা ঙমদ্রবা হিংচাবা অদুবু নপাঙ্গল শোল্লবা লুখ্রাবী মচা নহাক্লা করম্না হাৎকদৌরিবনো? ফরে, ইচানবু হিংচাবা অদু হাৎকে হায়রবদি হাৎলুরো। নমানা বর পীরি।" মমাগী বর ফংজরবা রাপানা হিংচাবা অদুবু তেলনা কাপ্লগা হাৎখি। মবুং হাটুং হাৎখিবা অদুগী লমল খুম্বীখিবগীদমক্তা মচন-নুপী অদুনা রাপাদা লৈখি। অদুদগীদি খুল অদুগী নুপামখৈনা মঙোন্দা কল্লক-মিহৌবগী মীৎয়েংনা য়েংবা হৌরকখি।

নোংমা খুল অদুগী নুপা খরনা রাপাবু শা-তানবা পুরম্মী অদুগা মহাকপু শবৌ মখুন্দা চঙহল্লগা হাৎননবা ফত্ত-লৌশিং তৌরকখি। মখোয়না রাপাদা হায়রকখি ঃ "রাপা! ঐখোয়দি মী চাউবনিনা শবৌগী মখুন্দা চঙবা চনদ্রে। মরম অদুনা নহাক্তী পীকপনিনা শবৌ মখুন্দা চঙবা চনগনি। নহাক্লা অমুক্তা চঙবীয়ু অদুগা শা ফাসি।" লৌনম ব্রাহে খরদু হায়রগা মখোয়না রাপাবু নমদুনা শবৌ মখুন্দুদা চঙহনখি, অদুগা মখুল চঙফম অদুদা মোরোক মৈ থারগা মৈখু য়াম্না খুহল্লবা মতুংদা মখুল অদু মেনশিনখি। রাপাবু শবৌগী মখুল মনুংদা শিজরসনু হায়না হুন্দোক্লমলগা নুপাশিং অদুনা ময়ুম ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা

রাপাগী নুপীনা মপুরোইবদি কদায়দা লৈহৌরে হায়দুনা হংজখি। মদুদা মখোয়না লক্লবগা লোয়ননা খুন্নকখি ঃ "নহাক্কী নুপা অদুদি শা য়াম্না ফাদুনা পুবা ঙমদ্রগা লৈহৌই, য়াম্না তপ্না তপ্না লাক্কনি, ইবেম্মা!" কল্লক-মিহৌ চাউবা মখোয়না করেম্নরকপদু উবদা রাপাগী নুপীগী থম্মোয়দা মপুরোইবা শিরম্লগনি হায়না চিংনবা অমা পোক্লকখি। নুপাশিং অদুনা রাপা শিথ্রবনি হায়না লৌরগা মহাক্কী নুপী অদুবু অমনসু অমনসু লৌগনি হায়দুনা মুন্নরম্মী।

রাপানা শবৌ মখুল অদুদা অসুম অসুম চঙশিনখিবদা শবৌ মমা-মচানা মোইথাপ নাইদুনা লৈবদু উরম্মী। মহাক্লা শবৌ মমা-মচাদা লম্বী থোকফম কদাইদা লৈবগে তাকপীয়ু হায়দুনা হায়জরম্মী। শবৌ মমানদি মচানুপী অদুদা থোকফম অদু তাকথোকখিনু হায়না হাযরম্মী অদুবু মচানুপীনদি অঙাং ওইরির্বনিনা মোইথাপ নাইবদা শীজিন্নরিবা চৈতেক অদুনা খজিকখক্তং থিন্দুনা থোকফম অদু তাকখি। অদুদগীদি রাপানা শবৌ মমা-মচা অনীদুবু হাৎলগা পুরদুনা থোকফম মখুল অদুদা থোরকখি, অদুগা মহাক্লা "শা ফারে" "শা ফারে" হায়দুনা লাউর-লাউবগা লাক্লম্মী। শিখ্রে হায়না লৌনরুরবা রাপানা থোরকপা অদুদা মীয়াম্না ঙক্লরম্মী। মহাক্কী নুপীনা তূম্লিঙৈদা মঙদা চৎপগুম্না মপুবোইববু ওকপা চৎলম্মী। রাপানা মহাকপু ব্রাহনখিবা ময়াম অদুগী ব্রাবীশিং অদু মহাক্কী নুপীদা লীর-লীরগা শা অনী অদু পুদুনা ময়ুম য়ৌরকখি।

শা-তানবা চৎমিন্নখিবা নুপা ময়াম অদুনা লাক্লগা মখোয়সু শা-তানবা য়াওখিবনি হায়রগা শবৌগী য়েৎতুম মানবা মতুশিং অমদি শাগী মতূমশিং লোইনমক রাপা মতৈ-মনাওগী করিমতা খাকপীরমদনা পুবিখি। মদুফাওবনসু নুপাশিংদুগী অপেনবা ওইখিদে। রাপাবু তুরেল মথক্তা থৌরী অমা তিংলগা মদুগী মথক্তা চৎহল্লগা অমুক হল্লকপা য়াদনবা থৌরী অদু মখোয়না ককথৎলম্মী। রাপাদু হল্লকপসু য়াদা অদুগা তুরেলগী ঈয়ায়দা তারবসু শিগদবা ফীভম অমদা থৌরীদু পায়রগা য়ান্দুনা তৌফম খঙদনা লৈরম্মী। উপায় লৈত্রবা মতম অদুদা মহাক্লা হেলোই তরেৎ লাকপা উরম্মী।

হেলোইশিং অদুনা মখল মখাগী ফজ-ফজরবা ফিশিং শেৎলম্মী, অদুগা লীক-কোণ, খুজিনচিংবা জাৎ জাৎ শীরম্মী। মদু উবদা রাপানা হায়রকখি ঃ "লৈশাবীশিং! থৌরী হাইদুনা শান্নসি লাও। য়াম্না নুংঙাই লাও। নখোয়সু থৌরীশিং তিংলগা শান্নরলাও। নখোয়না লাকপা মতমদা নফি-নরোল অমদি লীক কোণশিং অমতা য়াওরক্কনু। তুরেল মপান্দা অদুম থন্নম্মু।" হেলোইশিং অদুনা তুরেল মথক্তা থৌরীশিং তিংলম্মী অদুগা মখোয়গী মফি-মরোলশিং অমদি লীক-কোণশিং অদু তুরেল মপান্দা থন্নন্নগা লাক্লম্মী। রাপানা মখোয়গী থৌরী অদুদা কারগা তুরেল মপান্দা লাক্লম্মী, অদুগা মখোয়গী ফিশিং অদু শেৎচিল্লগা অমদি লীক কোণশিং অদু শীজিল্লগা "য়াম্না ফজদ্রা য়েংউ" হায়দুনা মখোয়দা লক্লরম্মী। অদুদগীদি মহাক্লা মখোয়গী থৌরীশিং অদু ককথৎলন্নগা ময়ুমদা হল্লকখি। মহাক্লা মহাক্কী ব্রারী অদু মহাক্কী নুপীদা লীরগা মখোয় অনী কপমিন্নরম্মী।

মথংগী নুমিৎতা খুল অদুগী নুপাশিং অদুনা রাপাগী নুপী অদু লৌগদবগী মহাক্কী ময়ুমদা লাকপা মতমদা মখোয় মতৈ-মনাও অনীগী য়ুম অদুদা ফজ-ফজরবা ফি, লীক-কোণ ময়াম অমা লৈরম্বদু উবদা য়াম্না ঙক্লম্মী। মখোয়না রাপাদা হংলকখি ঃ "নখোয়গী য়ুমদা মমল য়াম্ল-য়াম্লবা পোৎ জাৎ জাৎ লৈরিবসি কদায়দগী ফংলকপনো?" মদুদা রাপানা খুম্লকখি ঃ "নখোয়না ঐবু হল্লক্তনবা হায়দুনা থৌরী ককথৎখিবদগী উপায় লৈতদুনা ঐনা তুরেলগী ঈশিং মনুংদা চোংথখিবদদি ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা ইপা-ইপু, মরী-মতা ময়াম অমা ঈশিং মনুং অদুদা খুল অমা শেমদুনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈরম্মী। মফম অদুদা সনা-লুপা, মণি-মুক্তা অমসুং মমল য়াম্ল-য়াম্লবা পোৎ ময়াম অমা লৈহৌই। ঐদি মী পীকপনিনা য়াম্না পুরকপা ঙমখিদে।"

ব্রাফম অদু হেক তাবদা মিহৌচাউবা খুলগী নুপাশিং অদুনা রাপাদা হায়জরকখি ঃ "মফম অদুদা ঐখোয়বুসু পুবিয়ু। ঐখোয়না মফম অদুদা চৎলুরগা ইয়ুম-ইয়ুমদা লৈহেন্ননা হল্লকপা ঙমগদ্রা?" রাপানা খুম্লকখিঃ

"নখোয়না য়াম্না থুনা য়ুমদা হল্লক্কে হায়রবদি নখোয়গী খ্বাঙশিংদা পুন অমমম য়াল্লগা চৎলু।" মিহৌচাউবা নুপাশিং অদুনা পুন অমমম য়াল্লগা ঈশিং মনুংদগী রাপানা হায়বা মমল য়াম্ল-য়াম্লবা পোৎশিং অদু লৌরুনবা তুরেন্দুদা লাক্লম্মী, অদুগা তুরেলদুগী ঈশিং য়াম্না লুবা মফম অমদা চোংথখি। মখোয়না ঈশিং মনুংদগী ফাওগৎলকপা ঙমদদুনা ঈরাক্লরগা শিখি।

রাপানা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদদি ঈশিং মনুংদা শিখ্রবা নুপাশিংদুগী নুপীশিংনা মখোয়গী নুপাশিংদু কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়দুনা রাপাদা হংলকখি। রাপাগী পাউখুমদগী মখোয়না মখোয়গী নুপাশিং অদু শিখ্রে হায়না খঙলকপদগীদি মখোয় পূম্নমক হিক্লা হিক্লা কপলকখি। মখোয় পূম্নমক লুখ্রাবী ঙাক্তা ওইখি। খুল অদুদা বাপা নত্তনা ময়ুম পানবা য়াবা নুপা অমতা লৈরমখিদে। মরম অদুনা নুপীশিং অদুনা মখোয়বু মহাক্কী নুপীশিং ওইনা লৌরো হায়রকখি। রাপাবু য়ু পীথক্তুনা ঙাওহল্লগা মখোয়না মুন্নরম্মী। মমৈথংদদি লুখ্রাবীশিং অদুনা শাউরক্তুনা রাপানা হাৎখিবা শবৌশিংগী মতুশিং অদুনা মঙোন্দা থিল্-থিল্লগা মহাকপু অহিংদা হাৎখি। অঙাং নুপামচাশিংনা চাওরক্লিবফাওবদি খুল অদুদা লুখ্রাবী ঙাক্তা ঙাইখি। ▯

## Bibliography


1. Anal No by L. Thumthung Anal, President, Anal Customary Laws (1982).
2. Anal No, Published by Anal Naga Taangpi, Chandel, Manipur (2000).
3. Thuwmkhu - Christian Kho (C. 1851-2002) by Pdt. L. Thumthung, Chandel Christian Village (2002).
4. Anal : A Transborder Tribe of Manipur published by Mittal Publications, Delhi, Gangmumei Kabui (1985).
5. The Anals of Manipur, by Capt. Rajendra Singh, The Garhwal Rifles, Soul Printers, Delhi (1981).
6. Chinggi Wari by Roel Thoma Moyon (1952).
7. Account of the valley of Munnipore and of the hill tribes by Major Mc Cullock.
8. The Naga Tribes of Manipur, B.R. Publishing Corporation, Delhi, by Hudson, T.C. (1974).
9. Manuscripts written by the hand of Sri L. Thumthung Anal. Chandel Christian.
10. Manuscripts of

    i) Anal Naga Taangpi

    ii) Sri Th. Lukhu Anal, Retd. Z.E.O., Chandel.

    iii) Sri Samuel Khumlo, Ex-Khullakpa, Chandel Hnatham.




